ISA-034
Meeteigi Shaktam Manghangumsi
Written by I S Akoijam
Published by Athokpam Ingocha Singh Thoubal Ningombam, in 2011 and valued of Rs 90 00 per copy



অহানবা ফোংবা : ২০১১
কোপি মশীং : ১,০০০
মমল : লুপা ৯০/-
অফোঙবা : অথোকপম ইঙোচা সিংহ
থৌবাল নিংঙোম্বম
মখুম : থৌবাল ইবোচৌবা

লাইবিক ফংফম : ১) অইবা
২) অথোকপম ইঙোচা সিংহ
থৌবাল নিংঙোম্বম

MA

নম্ফমঃ কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নব বোড, ইম্ফাল

# পুখোকচবগী ৱারোল

শ্রী আই এস খকোইজমনা ইবিবা "মাতৈগী শক্তম মাঙহনগুমসি" হায়বা লাইরিক অসি হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরদা থোক্লিবা চাং অমসু, তমগা ওইবা ৱাৱিনি।

পিক্লবা লৈবাক অমদা চাং অমসুং তম হায়না য়বপ অনী থোক্লা থাযদোক্লুনা অচৌবা পল অমনা খাদুনা থম্নগুম্লে। অমনা অমবু য়েক্লবগুম্না খলহল্লে। মাগী মাগী মীচং খোম্নদুনা অকনবা ঈবাং শাগৎনবগুম তৌনি। অদন্ পুবাবাগী ৱাবিশিং অমদি খবিবা লাইবিকশিংদা চাং অমদি তমদা খুন্দাবিবা চা মা অমদি তম্মীশিং কবম্না হৌবকপা, কবি মনি থোক্লবা অমদি কনঙ্গা খুন্দাবকখিবনো হায়বদু মযেক শেংনা অইবনা লাইবিক অসিদা ইবি।

চাউববা ইন্দিয়াগী খতে ষ্টেটশিংদা ফুরুপ মশী, য়াম্না লৈবনসু মাগা মাগী ফুরুপকী ৱাখল্লোন থাদোক্লদুনা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগা চাংদম্নবা য়ানা চাওখৎলবা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনাবি।

ঐখোয়গী লমদমসিদা খুন্দাবিবা চীংমী অমদি তম্মীশিংনা মমা অমগা মচানি, হৌবকফম মান্নে, কুচু মান্নে হায়বসি কাওনদনা, শান্তি লৈনা লৈবা লৈবাক অমা ওইববদি চাওখৎপরোমদা চঙ্গশিনবা ভুমগনি হায়না অইবনা থাজৈ।

লোইননা ওমদা লৌবনা মীতৈশিংনা নোংচুপলোমগী চংনবী মতৌ তমদুনা থংবা মপুংগী ওইবা চংনবগী মাঙশিল্লকপা অমদি হেংদোবকপা অসিদা মপুংগী শংকম মাঙহনগুমাস হায়না অইবনা লাইবিক অসিদা ফোঙদোক্লি।

পুরেম্ববদা অসিগুম্লবা তাঞ্জা অসিদা অইবগী লাইবিক অসি তুংদা লাকুদবা মীবোল অমদি তৌজিক্কী মণিপুবগী মীযামদা অচৌবা কান্নবা পীবা লাইবিক অমান। মতুং তাবদসু অইবনা অসিগুম্বা লাইবিক কয়া অমগা ইবিদুনা সমাজদা কান্নবা পীবা ঙম্বা ওইবসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবি।

পুথোকচবিবা

অথোকপম ইঙোচা সিংহ

থৌবাল নিংথোম্বম

# অহৈবদগী

লাইনিংথৌ শিদবগী মমি পাতম লৌবগা ওইনকখিবা মিতম অদুদগা মী ওইবকখিবনি। মিতমদগী মীতম লাকখি। মমৈথংদা মীতমদগী অসুম থৈথনবক্না মচু হাযনখি। মীতৈ হাযবদি অহানবা হৌবকখিবা মী হাযবনি। মীতৈদি লাইগা অদুম শম্নবকখিবনি। লাইগা মীতৈগা শম্নদুনা নুংশিনা পাল্লম্মী।

মীতৈগী শক্তম ওাকপা হাযবা অসিনা মীতৈনা হিংবগী মমলনি, অদুগা মীতৈগী অশেঙবা শক্তম্ন মৃৎতনখিবা হাযবা অসিনা ঐখোয মীতৈগী অচৌবা ইবাল অমা ওইগনি। মবম অদুনা মীতৈ ঐখোযগী শক্তমবু হাযবদি মীহৈরোলদগী অতোপ্পগী শম্নদনা লোযনবক্লবা যেক, লাইনাং লৈচৎ, চৎনবোল, থাজনবা, হৈনবোল, চাওখৎলোলনচিংবা কযাবু মাংখিদনবা অমসুং ফগৎহন্নবা হোৎনবা তাই। ঐখোযনা মীপাল তাংদুনা ইখোঙনা লেপ্লা ঙমদবমখে হিংলবদি মীতৈগী শক্তম মাংখিবতা নত্তনা পৃক্নিগী অশেঙবা মহাও অদুসু ফংবা ঙম্লোই।

মীতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম শন্দোক্লকখিবদা অমনা অমবু ইথোক্লখিবগী চৎনবী অমা লৈখি। অশেং-অমাং খাযবা, অনেম অৱাং নাইবা অমসুং শোক্ল শম্নবা যাদবগী চৎনবী অদুবু মীতৈ লৈবাক্তা পুশিল্লকখিবদগী বাংনা লৈবমখিবা মচিন্মনাও ওইবগী অমসুং চাং তম অপৃনবগী ওইবা নুংশিনবগী চৎনবোল অদুবু

থুগায়খি। অদুদগীদি তমথীববা খুন্নাই-লোলগী তুক্কচববা শক্তম অমা লাকখি। মসি মীতৈ ঐখোযগীদমক লাইবক থীবনি। মসিবু মৃখৎলগা মীতৈ লৈচৎকী ঈচিন ইনাও ওইবগী নুংশি চান্নবা মতৌ অদু শাগৎনবা হোৎনবসি।

যেলহৌঙৌদগী লৈমিন্নবকখিবা অমদি হিংমিন্নবকখিবা কংলৈচাশিংগী পাবা পুবী অমগনি। অদুবু হৌজিক্তি কংলৈচাশিং ওইবিবা চীংমী তন্মীসে মচিন্মনাওনি হাযবা ফাওবা কাউথোক্লবক্তুনা মপা-মপু মশক খঙদবা শা-ষণগুম ওইবক্কদৌবে। মসি লাইবক থীবনি। মীতৈগী চৎনবী, নাৎ, লাইনীং-লাইশোলনচিংবা শিথবকখিবদগী মীতৈগী শক্তম মচেৎ-মচেৎ কাযখিবগুম তৌবক্কে। মীতৈগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা মীতৈসু চীংমীনি অদুগা চীংমীসু মীতৈনি হাযবসি খক কাউবোইদবনি। মীতৈগী পুৱাবী, লীচৎ, চৎনবোল ইবোল, ইযেক্লচিংবগী মশকপু মাঙহনগুমসি। শম্না হাযববদা মীতৈগী শক্তম মাঙহনগুমসি।

শ্রী অথোকপম ইঙোচা সিংহ, থৌবাল নিংঙোম্বমনা লাইবিক অসিবু ফোংদোকপীবগীদমক্তা অদুগা কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নব বোড, ইম্ফালনা লাইবিক অসিবু নম্বীবগীদমক্তা ঐহাক্না পূকচেল শেংনা মখোযগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উচ্চবি। ঈশ্বরনা মখোযবু থৌজালবীসনু।

অশোয-অঙাম তাকপীবকউ চুমথোকচগে।

থৌবাল

আইঃএসঃ অকোইজম

MA

# য়াওরিবশিং

মীতৈগী শক্তম মাঙহনগুমসি/১
কংলৈপাক অমসুং কংলৈচাশিং/১২
কংলৈপাক্কী ওইবন্মী করো তম্পাক/২১
চাংমী-তম্মীগী মবী চংনহগুর্মসি/২৬
অথোইবা লাইফম কংলা/৩৫
লাইনিংথৌ খল্লাংবা/৪৪
চাংমী তম্মীগী সভ্যতা/৫৪
খোংজোম লান্দা পাউনা ব্রজবাসী/৬০
মীতৈ/৬৭
মেবা হৌ (হাও) চোংবা/৭২
কংলাশা মমাঙদা অত্তৌবা মকোক তাবা/৮০
চীংদা মীতৈ খুল/৮৯
মীতোপ চঙলকপা থিংহৌসি/৯৪
শাজবু নোংমা পানবদা চৈবাওসি/১০১
মীতৈ নুপী/১০৭
নাগালেন্দ অমসুং নাগালিম/১১৩
নাগা নেশন হাযবা অমা লৈবক্লা?/১২৪

# মীতৈগী শক্তম মাঙহনগুমসি

মালেম অসিদা লৈবা মাওইবা জাতিগী ফকপ ফকপক্কী ওইবা লম লমদগী চৎনাবোলশি লৈঙে। অদুম হায়না মীতৈগাসু মশাগা ওইবা চৎনবোল, লোল, ময়েক, থিজেৎ, লাইনীং লাইশোল, থাজবা, হৈনবোলনচিংবা লৈরে। মীতৈগা অপনবা খুন্নাইগী ওইবা পুরাবীসু লৈরে। মবম অদুদগী মীতৈশিংগা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎখি, অদুগা মশাগী চৎনবোল, হৈনবোল অমসু লমচৎ শাজৎনা মশাগী অশেঙবা শক্তম তাকপা ঙমজবনি। মীতৈগী অনিবা পুয়া লিশিং মরিদগী হেন্না লৈখি হায়বাসিনা মীতৈসে তোঙানবা শক্তম অমা লৈরে হায়বা উৎলে।

যেলহৌখীংঙদগী হৌদুনা মীতৈগী চৎনবোল কয়া অমা চৎনবকাখ্র চৎনবোলশিং অসিগী মনুংদগী য়াম্না ফজবা শক্তক কয়াসু যাওই। খুদম অমা ওইনা হায়বদা মীতৈশিংনা যুম অমা শাবদা লাইনিংথৌগী থৎম অমা অমসু লৈমরেলগী খুৎম অমা থম্মে। মসি মীতৈশিংগী চৎনবোলশিংগী মনুংদা যাম্না ফজত্রবনি অমদি অতৈ কাঙলুপশিংনা তমজনীংঙাই ওইবা অমনি।

ঐখোয়গী যুম যুমদা লাইগী লৈফম থম্বগী কান্নবা লৈ। যুমদগী থাপু নংত্রগা তোপু লাইগী খুৎম লৈত্রবদি মফম অদু তান্না ইতৎ তঙনা চৎপা তম্লকপা য়াই অদুগা লাই লৈ হায়বা ফাওবা কাউবকপা য়াই। নোংমগী তৌগদনা

লাইগী থৌগলশিংবু কাউবা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গীদমক্তদি য়াম্না লাইৎকে থীবনি। এখোয়না লৈবিবা য়ুম অদুদা লাইগী খূভম কন্দুনা লৈববদি য়ুম অদুদা লৈববা মীওই পুম্নমক্না লাইবু কাউথোকপা হায়বদু লৈফম থোক্তে। নোংমগী থৌগাদবা লাইগী সেবা অদু য়ুমদা অদুম কাযদনা তৌবা যাবে। মবম অদুনা লাই লৈ হায়না থাজবিবা মীশিংনা লাই নীংজবদা মশাগী লৈজবিবা য়ুম মনুংদা লাইগী খূভম থম্না হায়বা মীতৈগী চৎনবোল অসি য়াম্না ফবনি।

য়ুমগী য়ুময়াদা মৈফম শেমদুনা ফুঙ্গা থমনৈ। ফুঙ্গাদা লেবা লাইনা মকবে হায়বগা ফুঙ্গা লাইক হায়না কৌনবি। অদুগা ইমোইনু অহোংবীগী খূভম যানবি। থক অহুমগী শক্তম লান্থুনা মখোঙ অহুম পানবা যোৎশবী থমদুনা শেম্না ফুঙ্গাদা মৈ থৌবগা চেঙ থোইদিং, হৈ লৈ কত্তুনা খাম্বী মৈবু ঈডাৎনৈ।

মীতৈগা লাইনিংথৌ, লৈমবেল, পাখঙবা অসিনচিংবা লাইশিংগী মফমদা ঈচাৎ থৌনি তৌবদা মৈ চঙবা পোৎচৈ কৎনদে। অদুবু থৌজিক্তি কংলৈচাশিংনা মবমদি খত্তদনা কৎনীংবমখৈ পঙকৎ কৎনবি। ময়াংগী মতুংইন্দুনা তল কৎশনবসু য়াওনবি। ময়াংগী লাইদি হোটেলগী অহাও অথুম লোইনমক চাই হায্রজিন্দুনা পঙকত্তা কৎনবি। হৈ মচেৎ, লৈ মচেৎ শেগায়বগা নৎত্রগা খায়দোক্লগা মীতৈগী অথোইবা লাইশিংদা কৎপা য়াদে। অদুবু বামোনগীদি মপৃমদগী মচেৎ খায়দোক্লগা কৎপা যাই। মীতৈগীদি ঘী থাউ তৈবা ধূপনচিংবা পোৎশিং থাবা য়াদে। মদুগী মহুত্তা উচান্না মৈবা কৎকনি অদুগা মেক্রুক্লা নুংশিবা মনম লাংগনি, তৰ্কি থাবা য়াদে। বামোন্না লাই পুবগা লৈকায়গী উৎসবনচিংবগী থৌরমশিং চৎপা যাই। অসিগুম্নসি মীতৈগীদি য়াদে।

মীতৈ নুপী নৎত্রগা হাও নুপীনা পোকখিবা বামোনশিংনা মীতৈগী মখূৎ চাদবা অসি নোক্লীংই। বামোন খুন্থোক্লকপদা বামোনশিংনা মাগী মাগী নুপী লোয়নবকপদি খজিক্তনি, অয়াম্বদি মশা মশাগী নুপী য়াওনবকখিদে। মখোয়না মীতৈ নুপী অমসুং হাও নুপী লৌবগা চাদা নাউদাখিবনি। মীতৈ অমসুং হাও নুপীশিংবু তোঙান্না উহন্দুনা অনেম্না থাক্তা থম্বগী চৎনবী অদু হৌদোকখি। মদুনা কংলৈ নুপীশিংগী অশেঙবা শক্তম্ মকশিলহনখি।

MA

খাউ অমদা মযাং লৈবাক্কী লৈবাক মচেৎনা তাদুনা শেম্না চন্দণ খব হাপ্লগা লৈকায খুদীংদা চন্দণ য়োল্লগা চন্দণ শেলখায় তৌবন্মী। মদু অমাং অশেং খায়বা নংত্রগা শোক্ক-শম্নবা যাদবা কন্না চংনবিগুে মতম্নি। চন্দণ থিংনবগী পথাপ অসিবু খঙবা মীশিংনা তৌবদি কাযদে। চন্দয়া লাইবক, নাতোণ, খৌবী, লেংবাননচিংবদা খূদম য়াওনা নংত্রগা য়াওদনা তৈশিল্লি। অদুবু কবিসু খঙদবা হনু নহা, নুপী অঙাং অযাম্বনা মীনা তৌনৈ হাযদুনা পঙতৌদা তৌনৈ। মসিগী চংনবী অসিন' কবি ব্রাহ্মস্তোক পুবিবা? কবিগীদমক চন্দণ থিল্লিবনো হংবদ' অযাম্বনা অচুম্না পাউখুম পীবা গুল্লোই। মীতৈশিংদি অদুম হায়না তৌবমখিদে। লাইবক্তা, মাযগী শকক্তা, পাতোন্দা লৈপাক লৈশানা লাইনীং মশক তাক্রবান হাযদুনা মবম খঙদনা পঙতৈ ঠৈশিনবা চৌনদে। মকওইবা লাইফমশিংগী নংত্রগা মঈালেল, লৈমবেল, পাখঙবগী ফম্নাল ফানখোঙগী লৈশানা লাইবক ময়ায়দা চপ চানা নম্না যাই, অতৌদি যাদে।

কাছাড়দা পোর্কাখিবা ফুলোনা লমজিংদুনা 'অপোকপা মকপ' কৌবা লুপ অমা শেমখি। মহাকপু নিংথৌনা অমসুং ব্রহ্মসভানা নমহৎপা ওমখিদে। মহাক্কা ব্রহ্মসভাগী মকোক ওইবমখিবা অতোম্বাপুগা মীতৈ লাইনীং লীচংকী মতাংদা যেংনখি। মদুদা চন্দণ থিনবগী ঈবম্না মক ওইখি। য়েংনবা অদুদা অতোম্বাপ মায়থীখি। নিংথৌনসু মঙোন্দা পৃক্লিং থৌগৎপগী ব্রাহ্ম খর্বদি হাযখীখি।

মীতৈ পঙথদুনা নাকবদগী খবা খবা ফগৎলক্লে। মাযন' অসিগী লাযেংদি ঐখোয ইশাগী লোল, ময়েক, চংনবী, লাইনীং-লাইশোলনচিংবা যোকপৎলগা মীতৈগী অশেঙবা শক্তমদু অমুক শাগৎপা তাবনি। মীতৈগী অশেঙবা শক্তম অদু অমুক শাগৎনবগীদমক্তা মখাগী মকওইবা চংনগদবা থৌদাং খব পীজবিং

১) অঙাং পোকপগী ঈপান থাবা অমসুং য়ুম শেংবদা ইমালোলগী ব্রাবোলনা অমসুং লাইবোলনা তৌফম থোকপা পুম্নমক পাঙথোক্কনি। লুহোংবা, শিবনচিংবা অতৈ থৌবমশিং পাঙথোকপদসু মীতৈলোন্না পাঙথোক্কনি।

২) অঙাংগী মমিং থোনবদা মীতৈগী মিং থোনগদবনি। ময়াংগা মখোয়গী অঙাংশিংগী মিংবু মীতৈগী মিংদা থোন্দে। ময়াংগী নংত্রগা অতোপ্পা

মুক্দপকী ওইবা মিং থোনবা হায়বসি য়াম্না ঈকাইনীংঙাইনি। পামহৈববু গোপালদাসনা লাইমিং লৌবীদুনা হিন্দু ধর্ম চংহনখি। গোপালদাসনা লাইমিং লৌবিখি হায়দুনা পামহৈববু গোপাল সিংহ হায়না কৌখি। মদুদগীদি মীতৈশিংগী মামংশিংবুসু ময়াংগী মিংশিংদা থোন্নবা হৌখি। নুপাগী মিংগী মমৈদা 'সিংহ' অদুগা নুপীগী মিংগী মমৈদা 'দেবী' তাবা মীতৈগী নত্তে। মদু লৌথোকপনা চুমগনি। য়ুম্লাক নংত্রগা য়েকসলাই হাপ্লদগী হেন্না অতোপ্পা অমা হাপলোইদবনি। মিংনা ঐখোয়গী শক্তমবু তাক্কদবনি।

৩) ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী লৈবক্কবা চংনবী, পুযা, লাইনীং-লাইশোল, চাংউলোল, ব্রাংউলোল, চাওখৎলোলনচিংবা পুম্নমক থিজিনগদবনি অমসুং নৈনগদবনি। অদুম্না তৌবগা মালেমদা মীতৈগী শক্তমবু মযেক শেংনা খঙহনগদবনি।

৪) পামহৈবনা মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা সিলেটতগী লম্বোইবা শাদুনা লাকখিবা শান্তিদাসনা মফম অসিদা মযাং লাইনীং চংনহনখি। পামহৈবনা বামার্ন্দী ধর্ম হেক লৌখিবগা মীযান মচা শান্তিদাসনা মীতৈবু ময়াংগী লাইনীংদা পুশিনখি। শান্তিদাসনা নিংথৌ পামহৈববু মীতৈগী লাইনীং লাইশোল থাদোকহল্লগা হিন্দু ধর্ম চংহনখ্রবা মতুংদা মীতৈগী য়েক-সলাই তরেৎপু গোত্রগী মিংদা হোংদোকখি। মঙাং সলাইবু সাণ্ডিলা গোত্রদা, অঙোম সলাইবু গৌতম নংএগা কৌসিক গোত্রদা, লুৱাং সলাইবু কাস্যপ গোত্রদা, খুমন সলাইবু মধুগল্য গোত্রদা, খা-ঙানবা সলাইবু নৈমিস গোত্রদা অদুগা সবাং-লৈশাংথেম সলাইবু ভরদ্বাজ গোত্রদা হোংদোকখি। অকনবা শনি শান্তিদাসনা য়েংখিবদগী মীতৈগী লাইনীং শিথবকখি। মীতৈগী সনামহী, পাখঙবা, অপোকপনচিংবা নীংবগী অকবা লাইনীংবু মাঙহন্নবা হোৎনখি। ইপা-ইপুনা চংনবমখিবা লাইনীং থাদোকফদে। মদুবু থাদোকপদি মীগী মনাই ওইবনি। মসি খঙনা চংকদবনি।

মাইচৌ খোংনাংথাবনা অসুম্না তাকপীখি,"ইলম লাইদি মীবাযবগনি, মীলম লাইবু নীংগনি। য়েকপু গোত্রদা গুনশিনখিবনা অপোকপী পলেম অমসুং

MA

অপোকপা পদ্মৌবু কাউথোকখিবদগী মীগী মমা-মপাবু মমা মপামক ওইববোই খল্লক্কনি।" 'মীগী মমাদা ইমা কৌবনি, মীগী মপাদা ইপা কৌবনি' হায়বদি ইমালোল নত্তবনা ইমালোল ইপাযেক নত্তবনা ইয়েক শাবনি হায়বনি। হৌজিক্তি ঐখোয় মীতোপশিংগী চৎনবীদা লূপখিদুনা মীগী ময়েক অমসুং মবোলদা তাংজবে। ঐখোয়না মীতৈ ময়েক অমসুং মীতৈলোলবু নুংশিগদবনি। মহৈ তম্ফমশঙশিং, লোয়শঙশিং, কৈথেলশিং, সাইনবোর্দনচিংবা পূম্নমক্তা মীতৈ ময়েক থাগদবনি। ঐখোয়গী ইয়েক মীবাযফদে। ইয়েক মীবায়বদি অপোকপা ইপাবু মীবায়বনি অদুগা ইমালোল মীবায়বনা অপোকপী ইমাবু মীবাযবনি। মীতৈলোল অমসুং মীতৈ ময়েকনা হিংলগা মীতৈ হিংগদবনি। লাইবকফবদি শান্তিদাসনা মীতৈ ময়েকপু শিবে হায়না থন্নস্দু হৌজিক্তি হিংগৎপা কৌবক্নে।

মীতৈনা শিবগা মথৌ মঙম পাঙথোকপদা নৎত্রগা অতোপ্পা ধর্মগা মবী লৈনবা থৌবমশিং পাঙথোকপদা ময়াংলোল শীজিন্নৈ অদুগা মদুগী অর্থদি খঙদনা ঐখোয মাযাম্না পঙতাদা মতানৈ। শিবগা মবী লৈনদবা অর্থসু খঙদবা ময়াম অমা তাবগা নোংগা লম্বী ওইবা যাগদ্রা? য়াবোই, মদু তৌবোইদবনি।

৫) তূমদুনা লৈবিবা জ্ঞানবু য়াকাইহন্দুনা মাঙথবক্লিবা মীতৈগী শক্তম্বু কন্নবা লাক্লগদবনি। হীবম পূম্নমক তন্নুবা অমসুং হৈকবা য়াই। মদুদগী ফংলকপা মঙাল অদুবু মীতৈগী শক্তম্বু মাঙখিগদবদগী কন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নগদবনি।

৬) কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী মিংদা য়েক-সলাই খঙনব' ব্রাতপ অমা হাপকে হায়ববদি মিংগী মমাঙদা হাপকদবনি।

৭) নোংচুপকী অকাম্বা ফিজেৎ শেৎফদে। মপানগী ফিজেৎ চাকচা তন্নুবদগী ঐখোয়গী নাৎকী ওইবা শক্তম কায়বক্নে। নুপীশিংনা ফিজেৎ ফিকায শেৎলকপদগী নুপী ওইবীগী ঈকাই-হঙ্গোইবা লৈবকখিদ্রে। মদুনা ফত্ত নুংদা কয়া থোকহল্লকই। মদুদি অফবগী খুদম নত্তে। লৈবাক মাঙ-তাক্নে হায়বগী খুদমনি।

মীগী ফিজেৎ কা-হেন্না পাম্বা নৎত্রগা তম্বা ফত্তে। অতোপ্পা মীগী নাৎকী ফিজেৎপু ঐগীনি হায়বা য়াবা নত্তে। মাগী মাগী চৎনবীগী মতুংইন্না চাকচা-ফিজেৎ খায়দোক্লিবনি। মকওইনা খুন্নাই অমগী মশক্তী নুপীগী ফিজেৎনা

তাকই। ফনেক শেৎপনা মীতৈ নুপীনি, শাড়ী শেৎলগনা ময়াং নুপীনি, সালবার শেৎলগনা পঞ্জাবীনি, মমায-মকোক খুর্মাজল্লগনা মুসলিম নুপীনি, মিনি স্কার্ট নৎত্রগা খোঙ্গ্রাও শেৎপীনা মেমনি হায়বর্নাচিংবা অসিনি। নুপীশিংনা ঈবাং পুদা ফিজেৎ শেৎপগী হৈনবী লৈবকপা অসি অফবা নত্তে। মমাঙউেদদি খোঙতেন ফাওবা উহন্দনা কুপশিন্দুনা ফিজেৎ শেৎনবন্মী, অদুবু ঙসিদি ফি-শেত্রবগা মান্নবা ফিজেৎ-ফিকায়, থুংদ-নমদবা অমদি ঈকায় হঙ্গোইবা মফমশিং হাংদোক্লুনা শেৎপা ফিজেৎশিং শীজিন্নবা চৎনবক্লি। মদুনা মবম ওইবগা ওক্তবা অমসুং ওক্তবীগী ঈবাং লৈবকই। অসিগুম্লবা ওক্তবা অমসুং ওক্তবীগী তুক্তচববা শাক্তংশিং অসি লৈহল্লোই হায়ববদি নুপীশিংগী মথৌ তাই। মীতৈ নুপীদি ফনেক শেৎকদবনি।

ঐ'খায়গী' পাবা পুবাগা ফিজেৎ চাকচাবু মীবাযবা চুমদে। নুপীশিংনা মাতৌ তমদুনা সলবাব, খোঙ্গ্রাওনচিংবা শেত্তুনা অমসুং নাতে চাদবা ফুবিৎ লাওনা লমজাউ শেংডোক্তনা থোক্লুবক্লি। অদুমকপু মখোয়না ঐখোযগী ধর্ম কর্মচিংবা লাইগী ওইবা থৌবম কয়াদদি নাৎকা চৎনবীগী মতুংইন্না ফিবোল শেৎলি অমসুং ইল্লি। মসিফাওবদি থাগৎনগাই ওই। অদুবু মীতৈ নুপাশিংদি মকওইনা নহাবোলশিংদি ইপা-ইপুশিংনা শেৎন ইন্নবম্বা পুম্বা হুন্দোক্লম্লগা মগানচিংবগা মতৌ তম্লগা ধর্ম কর্মনচিংবা লাইগী ওইবা থৌবমশিংদা পাইজমা, কুর্তানচিংবা শেৎলকপা অমসুং ঙক্তা অশাংবা ফিচেৎ অমা যানশিল্লক্লিবা অসি ঐখোয়গী নৎপু থৌওইাববক্রবনি হায়জনীংই। ফিজেৎ চাকচানা জাতি অমগী শক্তম তাক্লবনি হায়বসি কাউফম থোক্তে।

৮) লাইনিংথৌ, লৈমরেল, ইবুধৌ পাখঙবর্নাচিংবা মীতৈগী মকওইবা লাইশিংদা মৈ চঙবা পোৎ কৎপা য়াদ্রবসু কৈথেল লাইবেম্বীদদি কৎপা য়াই। ধূপ, বাত্তিগী মঙ্গুত্তা উচান মৈবা কৎকনি।

৯) লাইগী থৌবমশিং পাঙথোকপদা নুমিৎ অফবা, থাবান অফবা, ৎৎনদবা, তীনচা-লাইচা অফবা য়েংনা অমদি ঈ-খুদেং লাই-খুদেং তাদবা মতমদা পাঙথোক্কদবনি।

১০) অরেম্বদা মতম মাঙহন্দুনা কান্নদবদা হোটেলদা, থোংথক্তা, উখোঙ ৱাখোঙদা ৱাবেম শূবগী নৎত্রগা ৱাকায় ঙাঙবগী হৈনবী থাদোক্কদবনি। মসি হৌজিক য়াম্না চৎনবিবসি অফবা থৃদম নত্তে। মসি মীতৈগী অশেঙবা শক্তম নত্তে থাদোক্কদবনি।

১১) অফবা ৱাখল খনবগী, অফবা ৱাঙাঙ ঙাঙবগী অমসুং অফবা থবক তৌবগী হৈনবী থম্বা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। অদু ওইববদি মীতৈগী অফবা শক্তম অমা উৎপা ঙমগনি।

১২) যু, গঞ্জা, চুরুট, বিড়ী, জবদানচিংবা হুকচাঙদা অমসুং পৃক্লিংদা শোক্কদবা ময়াইকাবা পম্নমক অসি শীজিন্নবোইদবনি।

১৩) খেন্নবা কয়াগী মবক্তা মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবগা মীতৈগী অপূনবা অমসুং অশেঙবা শক্তমবু শাগৎনবা হোৎনসি। অচেঙবা যেংদুনা মীতৈগী অপূনবা শক্তমবু থুগায়নবা লৈবিবশিং অদুবু থৌনা ফনা থেংননবা হোৎনগদবনি। অপূনবনা অকনবনি, মচেৎ তাবনা অশোনবনি। অশোনবা শরুক অদুবু কনখৎনবা হোৎনবনা ঐখোয়গী মকওইবা থৌদাংনি।

১৪) মীতৈ লৈবাকপু মীতৈলোন্দা মমিং থোনগদবনি। ঐখোয়গী পুয়াদা য়ুম্ফম ওইবা শেংলবা মমিং 'কংলৈপাক' অসিবু পামহৈবগী হাক্তক্তা 'মণিপুর' হায়না ওম্লোক্লগা কৌখি। ময়াংনা থোঞ্জিল্লম্ব 'মণিপুর' হায়বা মিং অসি অচুম্বা নত্তে, য়ুম্ফম য়াওদবনি। 'মণিপুর' হায়বা অসিনা মীতৈ লৈবাকপু মশক তাকপা ঙমদে। মসিদি ময়াংলোন্নি, ঐখোয়গী মীতৈলোল নত্তে। মদুগীসু মথক্তা 'মণিপুর' হায়বা অসিদি কলিঙ্গদেশকী (ওবিষ্যাগী) মনুংদা লৈবতা নওনা সমুদ্র মপান অমদি মহেন্দ্র পর্বতকা থাদোক্লবা য়াদে। মদুবু যেক সলাই তবেৎকী কংলৈপাক অসিদা পুশিল্লকপা হায়বসি মথোং শুক্রবগী থর্বাক্লি। কংলৈপাকপু মণিপুরনা নর্মশিন্দুনা থম্বা অসি কুইবে, ঐখোয়বু অনম অহ' চুহল্লে। হৌজিক্কী মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈবাক নত্তে হায়বা খঙলে। মদুবু খঙনা খঙনা ঐখোয়না ভুমিন্না লৈথোকপদি চুমদে। ঐখোয়গী কংলৈপাক্তা লল্লানবা মচু 'মণিপুর'না থাজিন্দুনা থন্নিবসি তৈথোকপা ঙম্নবা লাক্লসি।

১৫) মপানর্গী মীনা ঐখোযগী মীতৈ খুন্নাইবু কনবীবগদবা নত্তে। ঐখোযগী খুন্নাই অসি মাঙজখ্রসনু হাযর্বদি খঙদ্রে। অদুবু মদু ঐখোয় কনানসু পামফম থোক্তে। মীতৈগী মীশীংদি যামদে, অদুবু মপান লমগী মতৌ তম্বনা হেন্না চাওখৎলে খঙখিদুনা ঐখোযগী খুন্নাইগী শক্তমদা অহোংবা কয়া লাকপ্রে। মদুনা মখম ওইবগা ঐখোয়না নাংকী ওইবা মতৌবু মাঙহনখিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈবে। মসি ঐখোয়গী লাইবকথীবনি। মীশীং য়ামজদবা ঐখোয়দি ঐখোযগী অপীকপা খুন্নাইবু কনহৌবা ঙম্বা হোৎনফম থোকই।

১৬) মীতৈগী শক্তম শাকপা হাযবা অসি মীতৈনা হিংবগী মমলনি। মমল অসি খঙনা হিংবনু মীতৈবু নুংশিবা নৎত্রগা নীংবা হাযনা খঙনগনি। ইমাবু শোল্লে হাযদুনা ইমা নত্তে হায়বা যাবোই। অশোনবা ইমাবু কনহনবা হায়বা অসি মচাশিংগী মথৌনি। মখম অদুনা কাযথবক্লিবা মীতৈগী শক্তম অসি নীংথিনা শেমগৎসি।

১৭) মীতৈ মচাশিংনা মীতৈলোল ঙাক্তা শীজিন্নবা ঙম্বা লাক্লগদবনি। মদুদ অথীবা কাবমত্রা ওইদে। মীবোল পূবগা শীজিন্নবদি অখঙ অহৈ শাবনি, ইমা লোলবু মশক খঙদবনি। মখম অদুনা মীতৈ মশেল ব্রা-ঙাঙনবদা মীবোল পাম্বা মীশক ওইগদ্রাস। মীবোলনা ইবোলদগী হোল্লি হাযনা খনবগী হৈনবী থাদোক্কদবনি, মখমদ্দ ইমাদি ইমানি হন্দোকপা যাদে। মীতৈনা 'ইমা' হায়না মমাদা কৌগদবনি, 'মাম্ম' হাযনা কৌবগা ফজগদবা নত্তে। মীতৈনা মীতৈলোলবু থৌওইদবা হৌনদে। মখম অদুনা মীতৈলোলবু চাওখৎহনবা হাযবা অসি মীতৈ ঐখোযগী মকওইবা থৌদাংনি।

মীতৈলোলগী ব্রাহ্ম ব্রাত্রাশিং অসি তোযনা তোয়না শীজিন্নদ্রবদি মূৎখিবা তাবনি। তোয়না তোযনা শীজিন্নবনা হেন্না থৌবা, লংবা অমসুং ফগৎলকপা তাবনি। মীতৈগী অশেঙবা শক্তম তাকপদা অথোইবা মচাক অমা ওইবিবা মীতৈলোল অমসুং মীতৈময়েক অসি লংহনবা, থৌহনবা অমদি ফগৎহনবা তাবনি। ঐখোয়গী থৌদাংদি মীতৈলোলবু অব্রাংবা থাক্তা থাঙ্কৎপনি অমসুং ঈনাক খুলহনবনি। ইমালোলবু খঙনা খঙনা ঈকাইবা পীবদি ইশানা ইশাবু খঙনা

খগুনা ঈকাইবা পীজবনি। মসিবু খগুদ্রবদি অরাবগী মশাক্ক। মবম অদুনা ঐখোয়না ইমালোল মীতৈলোলবু ঈকাইখুম্লসি।

১৮) মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী বেঙ্গলগী বৈশাখ (শজিবু) থাদা চৈবাওবা থা হোংদোকখি, অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগী জনুৱারিগী অহানবা নুমিৎতা চহী হৌবগী থৌবম হোংদোকখি। লাল্ল খগুনা খগুনা ওম্লোকপা ভমদনা চৌজিক ফাওবা লৈবি। পুন্নমক অসি থৌনা ফনা থেংনবগা ঐখোযগী ওইবা অচুম্বা শক্তম অদু ভাক্কবা হোৎনর্বসি ঐখোযগী থৌদাংনি। থৌদাং অসি হনবা লৈতনা পাঙথোকফম থোকই।

১৯) মীতৈগী লৈশাবীশিংনা সাই ককপা অমাদি ফনেক খোইখা শেৎপা, অদুগা মৌশিংনা সাই খোমগৎপা অমদি ফনেক্লা ফিদোল চিংখৎপা চৎনবম্মী। মদুনা লৈশাবীনি অমসুং মৌনি হায়বা খগুনবম্মী। অসুম্লা লৈশাবী ওইবীগী ফজবা অমদি মৌ ওইবীগী ফজবা মফজা অনী লৈবম্মী। হৌজিক্ক চৎনবী অসি চৎনবা উখিদবদগী নুপীশিংসে কনানা লৈশাবীনো কনানা মৌনো হায়বা খগুবা ভমলক্লে। মীতৈ নুপীগী তোপতোম্লা শক্তম অদু মাঙখিনসে মাঙহনীংখিদ্রেদা।

মীতৈগী শক্তম ভাক্লা হিংনবগী অহানবা যাওলদি নাউবেম ফুলোনা (ফুরৈল্লনা) লুচিংলগা শেমখিবা কাছাড়গী 'অপোকপা মক্কপ'না ওইখি। 'অপোকপা মক্কপ'কী মাশা অমা ওইনা মীতৈ লৈবাক্তা 'মীতৈ মক্কপ' হায়বা অমা লিংখৎখি। মীতৈগী শক্তম কল্লবগীদমক্তা লৃপশিং লিংখৎলক্কিবা মীতৈশিংদুবু মাংই, শোক্ক-শম্নবা য়াদে হায়দুনা মীয়ামদা খগুহল্লকখি। অদুদগীদি মতম ইকুই কুইদনা মীতৈ খুন্নাইগী অমসুং শেল থুমগী ফীভম ফগৎহন্নবগী রাখল্লোল যাওবা ঈহৌ অমসু হিজম ইবাবতকী লমজিং মখাদা হৌবকখি। মহাক্লা নিংথৌগী সৃপ্লম লৈভাক-পথাপপু য়ানীংখিদে। মহাক্কী মতমদা চীং অমসুং তমগী ওইনা সনামহী অমসুং পাখগুবা লাইনীং হিংহন্নবা রাখল পোকখি।

হিজম ইবাবতনা অকোগুবা লম্বীদা চগুশিন্দুনা মহাক্কী ঈহৌ অদু মপৃংফানবা কল্লা হোৎনখি। অদুবু মদুনা অওনবা অদু পুবকপা ভন্নবোই হায়বদু

খঙলকপদগা অরোনবা, খূৎলায় য়াওবা, অথৌবা মওঙগী ওইবা ঈহৌ অমা শাগৎপা পার্মখি। মদুগী ব্রাখল্লোল অদুনা লমজিংদুনা মহাক্রা চাইনাদা চৎনবা খোঙশানখি। লাইবকথীবদগী বমগী তাংবো খুলদা ইবাবতকী পূক্কিগী খোঙচৎ লোইখি।

মণিপুরনা (কংলৈপাক) ইন্দিয়াদা তিনখ্রবা মতুংদসু ইন্দিয়ানা মীতৈশিংবু তোঙানবা মীৎযেং অমদা য়েংলগা নমথদুনা থম্বগুম তৌবকখি। মীতৈগী মফমদদি হাও, পাংঙলনচিংবগী মবক্তা খেন্নবা থর্মখিদবনি। অদুবু হিন্দুগী চৎনবোলশিং অদুনা মীতৈবু অনম অহা চূহনখি। মীতৈগী মমি শান্নবা চৎনবোল অসিবু অচুম্বনা হিংগৎহনবা দবকাব ওইবে।

মীতৈনা মীতৈ অমা ওইনা মশাবু খঙজবা ঙমজদে। মশানা মশাবু মীতৈ ওইদবা ওইনা লৌজবগা লেমজবগী শাজৎ চৎপদি অচুম্বা ওইবোই। ব্রাহোংনা মতু মমান ফোযদভুনা ক্রাক ওল্লে হায়না লৌজবগুম্বনি। মীতৈনা লাইবিক য়াম্না তৈজববসু মীতৈগী শক্তমবু খঙজদে অমসুং ঙাকচবা ঙমজদে। অহৈবা অমসুং অখঙবা অনীগী মতীক ময়াই পূন্না য়াওববা মীশক অদুবু মায়চৌ হায়না খঙনৈ। লাইবিক লাইগু খঙলবা মীশিংনা মীতৈগী অচুম্বা নৎব্রগা অশেঙবা শক্তম অদু পুবক্রবা লাক্রগদবনি।

মীগী মখা থাবা পাম্মজবা কয়ানা মীতোপকী মবোল ঙাঙলগা অমসুং ইবগা চাওখৎপোই খঞ্জে অদুগা মশাগী মমালোল অমসুং ময়েকপু হম্বনা থম্বগী মমি তাই। অসুম্না তৌবর্বদি অতোপ্পনা ঐখোয়বু হম্বনা য়েংবা তাবনি। বঙ্গালীশিংনা মখোয়গী লোল অমসুং ময়েকপু হেন্না মকওইনা লৌই, য়োকখৎলি অমসুং শক্ দাকই। মবম অদুনা মখোযবু কিনা তৌনৈ। লোল, ময়েক, চৎনবী, লাইনীং-লাইশোলনচিংবা পূম্নমক্কী ওইনা মীগী মপাল তাংলবা ফুকপুবু কনানা উদীৎপীগদগে৷

মীতৈগী শক্তম্ব মাঙহনখিদনবা লূপ খব হৌজিক্তি চোংথোক্রক্রে। ইশানা ইশাগী শক্তম্ব ঙাক্না চৎপা হায়বা অসি পোকপদগী লোয়নবক্রবা হকনি। ইশাগী হকপু মাঙহঞ্জবা হায়বা অসি ইশাবু মীনাই ওইহনবনি। ঐখোয়গী খাইদগী য়াম্না

হিংবগী ইবল্দি মীনাই ওইদনা ইশাগী ইখোঙনা লেপচদুনা নীংতম্না হিংর্বনি। মতম খবদি মসিগী অচুম্বগী মঙাল অসিবু অপাইবা লৈচীল্লনা খুমজিন্দুনা লৈকবে, অদুবু হৌজিক্তি পাবে হন্নবগী মতম অদু লাক্কে। অচুম্বগী মঙাললনা থোবক্কবা মতমদা মীতৈগী অশেঙবা শক্তম অদু থোবক্কনি।

ইনাং হুন্দোক্লগা মীগী মনাংপু ঐগীনি হায়না চংলিবা মখোয় অদুদি মপানাং-মপুনাং মাঙহনবনি। মখোযগী পুক্সিদি মাযথীববনি। উতাংবীগী পুক্সিবু নুংঙাইবনি হায়না লৌগদ্রা' মীহৌবোলদগী লৈবক্কবা মীতৈগী অশেঙবা শক্তমবু মাঙহনবা চুমদে। হৌজিক্কী মীতৈগী অমকপা শক্তম অসি শেংদোক্লসি। 'ফজবা' হাযবা অসিদি শেমগংপা হৈবগা অদুম ফজবনি। শেমগংশীদ্রবা অদুদি মশানা অদুম শোথহৈবা তাবনি।

মালেম অসিদা মীতৈগী অশেঙবা শক্তম অমা অদুম লৈজবম্বনি। মসিবু মাঙহন্নবা হোৎনবক্লিবশিং অদুবু হনবা লৈতনা থেংনগদবনি। মীতৈ ঐখোয়না ঐখোয ইশাগী নাং, চংনবী, লাইনীং লাইশোল, লোল, ময়েক, য়েক, চাওখৎলোললনচিংববু কৈদৌনুংদসু হম্বনা য়েংলোইদবনি, যোকখৎকদবনি অমসুং শেমগংকদবনি। কনানসু লাক্লগা শেমগংশীবগদবা নত্তে। মবম অদুনা মীতৈ ঐখোযনা মীতৈগী শক্তম মাঙহনগুমসি।

# কংলৈপাক অমসুং কংলৈচাশিং

লাইনিংথৌ হৈয়ুম শিদবনা হয়িচক (সত্যযুগ) হৌবকপদা থা-থৱান্নিচাক্লচিংবা শেম্না লোইবগা মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা তাইবঙপাল শেম্নবা লাইযামদা থৌদাখি। মতম অদুদা লাইযাম্না মবোল অহুম্মক্তা হায়বদি লৈথক, লৈখা অমসুং মালেমদা লৈবম্মী। লাইনিংথৌনা লৈবোল-নোংলোন শেম্নকখিবগা মীওইবা খুন্নাই হৌগৎলকখিবগা য়াম্না নকশিন্ননা মবী লৈনৈ। মীওইবা লৈবা যাবক্লবা অকোযবদা লৈফম থোকপা ঈশিংগুম্বা মচাকশিং লৈবকখি। ঈশিং ফংলবদা মহৌশা ওইবকখি। ঙা অমসুং পাম্বীশিং থোরকখি। মীতৈগী পুয়াগী মতুংইন্না খুন্নাই হৌবকপগী চত্থরকপা অসিদা ঙা, হঙোই অমসুং য়োংনচিংবা কয়া অমা মথং মথং ওইখি। মীনা অবোইবা খুৎশেমদা লাকখি। মসিমসু হায়নৈ, ''মকদগী ইহান হান্না হৌবদি উহল হায়বা উপাম্বী মচাদুনি, মরূমদগী ওনবা জীবনা মোংবা হাযবা অপীকপা উচেক অদুনি, অদুগা মমাগী নাউয়োমদগী পোকপদা অহানবনা 'মী' কৌই।'' মহৌশাগী ঈচেলদা লাইনিংথৌ শিদবনা সনামহীদা পাউতাক পীখিবগী মতুংইন্না শিদবগী মীংনহাদা তাহনখিবা তাইবঙ মীগী মমিদু তমদুনা তাইবঙ মী শেমখি।



ইবুংঙো[illegible]ক্রা মালেম শেম্নকপা মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদি ঈশিংনা পূমথূম থূম্লম্মী। চীংদনা হান্না ঈশিং কংবা হৌখি। চীংদনা হান্না ঈশিং

কংখিবা মবমনা চীংদনা হান্না লৈবাক শেম্বা লোইখি হায়বগীদমক্তা চীংবু লোইবী চীং হায়না কৌখি। লাইয়াম্ খুন্দা অহানবা অৱাং কৌব্রুদা খুন্দাদুনা লৈবক্রবফাওবদা তম্পাক অসিদি ঈশিং কংবা কৌবা লৈখিদে। কৌব্রু চীংশাং অসি মীগা লাইগা শম্নবিঙৈদগী অহানবা খুন্দাবকপা মফমনি। মফম অসিবু লাইগী মফর্মনি হায়বগীদমক লাইফমনি হায়না লৌর্নবি। অৱাংবা চীং অসিদা ঈপা-ইপুশিংনা খুন্দাবম্বগী শঙ্গায়-যুম্ফম অচৌবা অমসুং মচা, লৈমলোক, সবাইথেল, নূং-শুম্বল, পাম্বোইবী ঈকোন, লাই-হবাওবা ইহান হান্না হৌদোকখিফম হবাওথেলনচিংবা খুভম মযাম অমা লৈবি।

যেলহৌঙৈদদি মীনা শা মখল অমগুম্না ফি শেৎকনি অর্মদি যুম শাগনি খঙদবমখৈ লৈখুন্দা লৈবম্মী হাযর্নবি। লৈখুন্দা লৈবম্মী হাযবা নত্তে। চীংশিংগী মবক্তা উমং ৱামং ওইনা লৈবা, মঙাল নীংথিনা ফংদবা অদুগুম্বা শকখ্রবা লোকচপ নৎত্রগা শুকংদা লৈবম্মী হাযবর্নি।

তম্পাক্তগী ঈশিং চিংথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদর্দি কংলৈচাশিংনা চীংদদা লৈবম্মী হাযদুনা আর্কিওলোজিষ্টশিংনা যাম্না মবীক চুম্না প্রমাণগা লোযননা তাকই। মখোয়না লৈবমখিবা শুকংশিংদি চান্দেলগী শুংবুং শুকং, উখ্রুলগী খাংখুই শুকং, হৌজিক্কী মবিংশিংনা লৈবিবা অবিবা মচি খুল, তমেংলোংগী থাবোলনচিংবশিংনি। শুকংশিং অদুদগী ফংবা অবিবা পোৎশিং অদু হৌজিক হৌজিক মণিপুরগী আর্কিওজোজি লোয়শঙদা থম্নি।

কংলৈপাক্কী চীং খর্বদি ফুট নীশিং তবাদগী তবানীথোই খব হেনবা ফাওবা ৱাংই। তম্পাক্তা সমুদ্রগী ঈমাযদগী ফুট ২৬০০ ৱাংই। তম্পাক অসিগী ঈশিং চিংথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদদি কংলৈচাশিংনা অহানবা ওইনা চীংদা পূম্না লৈমিন্নবম্মী। অহানবদা চীংগী অমসুং তম্মী হায়না অনীথোক্তা খায়দোক্রমখিদে।

কংলৈপাক অসি ঈশিং থুমদুনা লৈবম্মী হাযবগী মতীকচাবা প্রমাণদা খৃঃ ১৯৫২-১৯৫৩দা সমুদ্রদা লৈবা 'কটল-ফিশ' হায়না কৌবা ঙা মখল অমগী শক্দ পোলাং কংলৈপাক্কী অৱাংথংবা মাযকৈদা ফংখি। ৱাফম অমনা অমুক তমেংলোং লম্বী ককপদা কৌব্রু চীংগী ফুট ৬০০ বোম ৱাংবা মফমদা ফংখিবা

ফোসিল (লৈনুংদা লৈবা শক্ত-শয়াং) অদুদগীসু খুদম অতোপ্পা অমা ফংখি। ডাঃ হোবানা হায়বমখি মদুদি ফোসিল অদু চহী লাখ ৪০০ বোম শুববা সমুদ্রগী ঙাগী শকনা চাংথক্তা লৈবল্লিবা অসিনদি চহী লাখ ৪০০ গী মমাঙদদি কংলৈবাক অসি ঈশিং থুম্লম্মী হায়বা তাকই।

পুযাগী মতুংইন্না লাইনিংথৌনা হুত্তংঙা ওইনা খোইয়ুম লাঙওন তৌবগা চীংবু হুত্তোক্লুনা তম্পাক্তা লৈবমখিবা ঈশিং-ঈপাক অদুবু চিংথোকখি হায়বি। ঈশিং চিংথোকফম অদুবু চীংনুংহুৎ হায়না ঙসিফাওবা খঙনবি। অসুম্না চীংনুংহুত্তা ঈশিং চিংথোকখিবনা মবম ওইবগা ঈশিং অদু কংলকখি। খ্বাইদগী হান্না কংখিবা মফম অদুবু 'কংলা' হায়না থোনখি। কংবা হানখিবা মফম অদুদা ঐখোয়গী লাইওইশুবা অহল লমনশিংনা ঈম-কৈ শাখি। ঈম (য়ুম) কৈ শাখিবা মফম অদুবু ঈমফম হায়না খঙনখি। ইমফমদগী লোল হৈথখিদুনা মমৈথংদা 'ইম্ফাল' হায়না খঙনখি।

তম্পাক্তা লৈবমখিবা ঈশিংনা অসুম অসুম কংথখিবগ' লোয়ননা অকংবা লমগী শকক অদু অসুম-অসুম পাকথোবকখি। অদুদগীদি লৈবোল-নোংলোল কয়াং ওবামবিগী লাইফমশিং শেমলকখি। তম্পাক্কী অকংবা লমগা হান্না কংদুনা লৈপ্তবা চীংগী লমগা শম্নখিদুনা হেন্না পাক্লা কোনশিনখিবা লম অদুবু 'কংলৈবাক' হায়না কৌখি (ব্রাঃথিঃসঃঅঃলাঃ ২৭)। কংলৈপাক হায়বা মিং অসি পুয়াদা য়ুম্ফম ওইবা' অশেঙবা মিং ওইখি।

কংলৈপাক অসিগী কংলাদা লাইনিংথৌ শিদবা অমদি লৈমবেল শিদবী অনীমক্লা লৈববা মতুংদা ইবুধৌ পাখঙবা পোকখি। লাইনিংথৌগী থম্মোয়দগী ওদুনা পুথোকখিবী (১) নুজা ইপেম্মা লাইপোক হুইমুলৈ পুকসিখোমপী, (২) হুইমু লৈমা, (৩) লোইখুমলৈ মন্নাই খোংঙাইলেনপী, (৪) লাইয়েক পীথেং লৈমা, (৫) লৈমা উলুম খাউচাউতোনবী, (৬) লৈথম তালি লৈমা অমসুং (৭) নোংহাইনু লিক্সী লৈমা হায়বী লাইনুবা তবেংখক পাখঙবনা পান্নবগা মপাবি তবেংখক পোকখি। মখোয় অদুদি : (১) মঙাং, (২) লুৱাং, (৩) খুমন, (৪) অঙোম, (৫) মোইবাং, (৬) খা-ঙানবা অমসুং চেংলৈ (সবাং লৈশাংথেম)।

MA

মমা তবেৎ অদুনা ঈচেল তরেৎ ফাংখি। মপারি তরেৎ অদুবু ঈগা ঈগা মৌনরে হায়দুনা মখোয় খুদীংগী য়েক অমমম্ লৈহনখি। য়েক-সলাইশিং অসি অরিবা নিংথৌশিংগী শাগে ঙাক্তনি। ঈচেল তবেৎ ফাংনা চেন্থখিদুনা কংলৈচাশিংগী য়েক সলাই তরেৎ লৈখিবনা মরম ওইরগা পাখঙববু ইবুধৌ পাখঙবা হায়না কৌনবিবনি।

লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনদুনা শগোল-কাঙজৈনচিংবা শান্নদুনা নুংঙাইনা মতম কুইনা লৈমিন্নরম্মী। অদুবু তাইবঙ মীনদি মীশীং অসুম অসুম হেনগৎলকখি, অদুগা লাইদি মশীং হেনগৎখিদে। তাইবঙ মীশিংনা মীশীং হেনগৎলকপগা লোয়ননা ওইদবা ঙাওবা, হুবান-লান্না তৌবা, মশাগী ওইজবা খিবনচিংবা তোযনা তৌনবকপদগী লাইয়াম্না হৈনবক্লদুনা তুমিন্না শাথৃপখি।

ইং শোক ৩৩দা ইবুধৌ নোংদা লাইবেল পাখঙবনা কংলাদা অসুপ্না নিংথৌবেল ওইনা পানখি। ইবুংঙো মহাক্না লাইশিংগী মর্মোন অদুগা তাইবঙ মীগীনা পুকোক্লি। ইবুংঙো মহাক্কী মপাবি তবেৎ অদুনা সলাই তবেৎ ওইশ্রবা মতুংদা মখোযবু কংলামেন তোংহল্লগা মঙাংনা ইম্ফাল কংলৈ কংলাদা, লুৱাংনা লুৱাংশঙফম মকুইবী চীং কংলাদা, খুমননা ফেন্তা লৈকোয়বুং থৌবাল কংলাদা, অঙোম্না নোংমাইচীং কংলাদা (কোংবাতুবেলগী ঈৱাংমদা), মোইবাংনা লৈকোয়পৃং কংলাদা, খাঙানবনা শঙ্গায় ইমফম (ৱাংজিং) কংলাদা অদুগা সবাং লৈশাংথেমনা লৈশাংখোং (ৱাঙ্গোই) কংলাদা নিংথৌশিং ওইনা কংলৈ তবেৎ থোক্লা খায়দোক্লগা পালহনখি। মখোয় তরেৎকী মচা-মশুশিং যামখৎলক্লবা মতমদা মপাবি অহল-অহলনা চীংদা কাখিদুনা চীংদোল মাপল থুংনা খুন্দাখি। মখোয়না লোইবী চীং কাবা মতমদা হৌ-হৌ হায়বা ঈৱাই-ঈথিল লাউদুনা কাখিবা মবমনা মখোয়বু হৌ (হাও) হায়না খঙনখি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি চীংমী তম্মী অনীমকসে মচিন্ননাওনি, অমতনি অমসুং কংলৈচাশিংনি।

কংলৈপাক অসিদি চীংলোল মাপলনা থম্বালগী লৈনাশিংগুম কোয়শিল্লগা ময়ায়দনা থমচেৎকুম্না তম্পাক্লা লৈবা ফজম্রবা লৈবাক অর্মনি। মফম অসি তাইবঙ মপু লাইনিংথৌ অমসুং খোইয়ুম লাইশিংগী খোঙদাফমনি অমসুং শান্নফম্নি। নোংমাইচীং, থাংজিং, মার্জিংনচিংবা চীংশাংশিংদা লৈরিবা লাইফমশিং

অসি খোইয়ুম লাইশিংগী খুভমশিংনি। অঙৈং-অশা খায়বা লৈবাক অসি অথৌবা কয়াগী খোঙদাফম তাববা অমদি ইন্দিয়াগী মীওই ক্রোব-ক্রোবগী থৱায় কন্নরবা লানবনগুম্বা লৈবাক্নি।

কংলৈচাশিংগী মনুংদা চীংমীনা ময়াম্বনি অদুগা তম্মীনা মনাওনি। মপাঙ্গল শোনবা মনাওনা তম্পাক্তা লৈহল্লগা ময়াম্বনা চীংদা লৈখি। অতিয়াদা লৈচিন-নোংফাই থাংদ্রবা মেবা থাদা মেবা ৱা য়ুংদুনা মেবাগী থাউমৈ ৱাংনা থাল্লিবসিমক্না তম্পাক্তা লৈহৌবা মনাওনা অনা-অয়েক য়াওদনা অমদি মহৈ-মবোং মরাঙ-কাযনা লোক্তুনা তম্পাক্তা নুংঙাইনা পাল্লি হায়বগী খৃদম অমা ওইনা চীংদা লৈখিবা ময়াম্বদা খঙহনখিবনি, অদুগা চীংদা লৈখিবা ময়াম্বনসু চীংদা লম্মৈ থাবগা নুংঙাইনা পাল্লি হাযবগী খৃদম ওইনা তম্পাক্তা লৈবিবা মনাওদা খঙহনখিবনি হায়নবি।

কংলৈচাশিং অসি মচম্মনাওনি। অহলনা চীংথক্তা অদুগা অতোনবনা তম্পাক্তা লৈনখিবা মবমনা চথোক-চৎশিন তৌনবদা য়াম্না খুদোংচানবমখিদে। মবম অদুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখঙবগী হাক্তক্তগী চীংবুবোই তম্বুবোই পূন্না যাম্নসু শাদবা য়াম্নসু ঈংদবা মেবা থাগী তবানী পানবদগী তবামঙানি পানবা ফাওব' চীং-তম অনীগী "হৌ (হাও) চোংবা" হায়বা মকওইবা কুম্মৈ অমা পাঙথোকপা হৌখি। কুম্মৈ অসিবু মৈদিংঙু ইবেঙবা সনা হাক্তক্তা অমুক্তা হেন্না মপূং-মবৈ ফাহনখি। অহল্লুপ পানা, নহাকপ পানা, লাইফম পানা অমসুং খাবম পানা মাৱগী তা খৌছাবগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। নূং-লংবা, শূক-লংবা, লমজেল তান্নবা, মৃক্না শান্নবা, অকম্বা থাঙ্গৎনবা, হবাও-তবাম্না চা-থকপা, জগোইশাবনচিংবা কয়ানা থৌবম অদুবু মপূং ফাহল্লম্মী। চীং অমসুং তম অনীমক্তগী লাকপা মী পূম্নমক্না নিংথৌদা মাগী মাগী ওমজবা খুদোলপোং কৎলি অদুগা নিংথৌনসু মখোয়দা মাগী মাগী মতীকচাবা পোংশিং পী। মসিগী কুম্মৈ অসিদি চীংবুবোই তম্বুবোই কয়া তিল্লগা অমত্ত ওইবগী, পু-ত্তিবগী, মচিম্নাও ওইবগী অমসুং নুংশি-চান্নবগী খৃদম অমনি। মীতৈ নিংথৌশিংনা পূম্নমক্কী হৈন-হৈনবা চীঙাকশিং পীদুনা চীংমী অমসুং তম্মী অনীমকপু য়াম্না হবাওনা চামিন-থকমিন্নহল্লম্মী।

অথেঙবা মতমদদি মশানগী অকনবা ঈথিল ফুজিল্লকখিবদগী মেবা-হৌ (হাও) চোংবগী কুম্মৌ-থৌবম অসি তপ্পা তপ্পা মমি শাল্লকখি। ওকেন্দ্রজিৎ মহাবাজগী মতমদা অমুক হিংগৎলকখি। মৈদিংগু লৈশেম্বা সনাজাওবা মতমদগী কুম্মৌ অসি মপুং-মবে ফাবা হৌবকখি। হৌজিক্তি থৌবম অসিবু চীংলেম্মা পাঙথোকপা ঙম্লক্লে। মসিনা চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অমা পুরকপদা মতেঙ অমা ওইবসনু।

কংলৈচাশিংগী খুন্নাইদা শোক্ল-শম্নবা য়াদবগী অমসুং খুন্নাইগী অথিংবগী চৎনবোল লৈবমখিদে। য়েকপু থোক্লম্রবদি চাবৌনবসু অদুম য়াবম্মী। কংলৈচাশিংগী মনুংদা চামিন-থকমিন্নবা য়াদবগী অথিংবা অদুসু লৈবমখিদে; অদুগা মীওইবগী নুংশিবগী পৃকচেলসু চেল্লম্মী। অদুবু মীতৈ বামোন অমগী মফমদদি চীংমী অমসুং মীতৈ পাংগুলশিংগা শোক্ল-শম্নবা য়াবমখিদে। চীংমীশিংসু ইচিন-ইনাওনি অদুগা মীতৈ পাংগুলশিংসু মীতৈ নিংঙোলগী মচাশিংনি, মীতৈলোল লোল্লি, মীতৈগী ফিজেৎ শেংলি অমসুং মীতৈগা চামিন-থকমিন্নে।

তম্মীশিংনা হিন্দু অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ওইখিবদগী চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও ওইবগী নুংশিনবা মবী অদু কোমথোকপা হৌবকখি। চীংমী-তম্মী লৌন-লৈনবা য়াবম্নদু য়াবকখিদে, মাংই হায়জিন্দুনা কংলৈপাক অসিদা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবকখিবা কাঙলূপশিংগী মবক্তা য়েংথীননবা শীনখিবা অদু ঐখোয়গীদমক লাইবক য়াম্না থীবনি। চীংমী অমসুং তম্মী হায়দুনা লৈফমনা খায়খিবতনি। চীংমীনা তম্মী ওইনীংবা মতমদা তমগী য়ুম্লাক লৌবগা তম্মী (মীতৈ) ওইনা অদুম লৈনখি অদুগা তম্মীনসু চীংদা কাবগা চীংমী ওইনা লৈনখিবসু যাম্না য়াওখি। চীংমী পাখঙনা তমগী লৈশাবী অদুগা তমগী পাখঙনসু চীংগী নুপী লৌনবম্মী। মদুগীদমক কবিমতা অথিংবা লৈবমখিদে।

মীচমশিংদি থম্বু থমখো, মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী নিংঙোলশিং লৌনখি। ইং সোক ৯৮৪দগী ১০৬৪ ফাওবদা পানখিবা লাইবেল মৈদিংঙুনা উম্মুল নিংথৌগী মচানুপীবু লৌবগা লৈমবেল ওইহনখি। অদুগা চীংমী-তম্মী পোং লান্নদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নখি। মৈদিংঙু লোইয়াম্বা, লোইতোংবা, ইবানথাবা,

সুবোম্না, সবানবনচিংবনা চীংমী নিংঙোলশিং লৌখি। ইং সোক ১৩৫৯দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ তাবুংবনসু উখ্রুল নিংথৌগী মচানুপী লাবা লাশাংনু লৌবগা মহাকপু লৈমবেল ওইহনখি। লাবা লাশাংনু হায়রিবী লৈমবেল অসি লাইগী মগুণ চেনবীনি। মবম অদুনা মহাক্না নোংপোক ইরৈমা ওইনা শাইওন্দুনা মাঙখি, অদুগা হৌজিকফাওবা ইবৈমা লাইবেম্বী হায়দুনা লাৎনরি। ইং শোক ১৬৬৬ তগী ১৬৯৭ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ পাইখোম্বনসু মবাম খুল্লাকপগী মচানুপী ইঙাল্লৈ লৌদুনা চরাইরোংবা পোকখি। চরাই রোংবগী লৈমা মবিগী মনুংদগী চীংমী নিংঙোল নুংথিলচাইবীনা পামহৈবা পোকখি। অসুম্না মীতৈ নিংথৌ কয়ানা চীংমী নিংঙোলশিং লৌখি।

যেলহৌঙেদগী লৈমিন্নবকপা অমসুং হিংমিন্নবকপা কংলৈচাশিংগী পাবী-পুবী অমতনি, ঈ-মবী অমতনি। অহানবদদি চীংমী-তম্মী হায়বগী খ্বাফম লৈবমখিদবনি। মাঙলমচত্তদি কংলৈচাশিং অসি মান্ন-মান্নবা লীপুন্না পুন্দুনা লৈমন্নবকখি, অদুবু মখোযগী মনুংদগী খবনা হিন্দু ধর্মগী, খবনা খৃষ্টিয়ান ধর্মগী অদুগ' খব অমনা হান্নগী অবিবা ধর্মগী তোঙান-তোঙানবা মহাওশিং য়েংনখিবদগী মমাঙঙৈণী অমতা ওইবম্বগী শক্তমদু মাঙথখ্রে। ঐখোযনা হৌজিক হৌজিক তোঙান-তোঙ'নবা ফীভমশিংদা লৈনববসু ঐখোয়গী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈচেল চেলহল্লগা অমতা ওইবগী মতৌদু লৈহনবা ফগনি। নৎত্রবদি কংলৈপাক অসি কংলৈচাশিংগী ওইবক্তবা যাই।

হৌজিক কংলৈপাক্কী ফীভম অসি অকবা মতাং অমতা লাকখ্রে। মীশীং হেনগৎপগী অকবা মতাং অমা লৈবে। মীতৈগী মীশীংগা মীতোপকী মীশীংগা যাম্না খেন্নখ্রে। মীতৈগী মীশীং হেনগৎপগী চাংদি নেম্মি, অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্কী য়াওন-ঈবাং অসিদা মী কয়া শিবি। মী মশীংবুদি মহৌশানা হেনগৎফম থোকই, অদুবু মপান লমদগী লোম্না নৎত্রগা ফোঙনা ঈশিং-ঈচাউগুম চঙশিল্লক্লিবা অসিদি অশুকপগী মশক ওইরি। মসি য়াম্না লুবা মতাংনি। হৌজিক জিবিগী মীশীংগী ১০০গী মনুংদা ৬০দি মীতোপ ওইখ্রে। জিবি হায়বা লম অসি ইবমদমনি হায়বা মমিংতা মঙাইবে, মীতোপকী খুত্তা তাখ্রে। অদুগা ঙসিমক

ম্যাম্মাবগী অবাকান্দগী মুসলমান কয়ামুক লাক্নুনা মোরেদা খুন্দাররি।

ত্রিপুরাদা ইং শোক ২০০১গী মীকোক থীবদা যেলহৌ মীনা লাখ তরেৎলোম ওইবা মতমদা মীতোপকী মীশীংনা লাখ কুনমঙাবোম ওইখিদুনা লমদম অদু মপান্দগী চঙলকখিবা মীশিংগী মখূত্তা তাপ্তি। নোংমদি ত্রিপুরাগী য়েলহৌ মীশিংগী অৱাবা ফীভম অদু ঐখোয়গী কংলৈচাশিংদা তাবক্লোই হায়বা লৈতে। মবম পুম্নমক অসিদগী কংলৈচাশিংবু মীতোপাশিংগী খয়াওগী কন্নবা কংলৈপাক্তা ইন্নর পার্মিট সিষ্টেম চৎনহনবা তঙাইফদে।

অরিবা মতমদদি কংলৈপাক (মণিপুর) অসি য়াম্না পাকচাউরম্মী হায়দুনা পেমববতোন রিপোর্ট, ১৮৩৫দা অসুম্না ইবি -

.... ...... "I shall now proceed to describe generally the territory of Muneepoor (Kangleipak) through which lie the routes leading from districts of Sylhet and Cachar to the Ningthee river, and central portion of the northern provinces of Ava . .

... The territories of Muneepoor have fluctuated at various times with the fortunes of their princes, frequently extending for three or four days' journey east beyond the Ningthee or Khyendwen river, and west to plains of Cachar."

ওক্টোবর ১৮, ১৯৪৮ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনসু মখাগী অসুম্না লাউথোকখিঃ

.. "Read her political history from 24 A.D. She had her dominion over a wide area extending as far as the southern portion of China in the north, the gold mines in the Sibasagar valley, the river Chindwin in the east and south and Chandrapore (Cachar) in the west..."

হৌজিক্তি কংলৈপাক অসি য়াম্না পাক-চাউরম্মী হায়বা খঙলে। নোংপোক মায়কৈরোমদা চিনা অমসুং বর্মগী শরুক খবা য়াওরম্মী। বর্মগী মনুংদা

চিন্দুইন তুবেলগী নোংপোকথংবদা লৈবা লম খবসু কংলৈপাক্কী মনুংদা চল্লম্মী। করো তম্পাক অসিসু কংলৈপাক্কী ওইবম্মী। খারোমদা কংলৈপাক্কী লম অসি সমুদ্র মপানফাওবা শন্দোক্লম্মী। অবাংলোমদা ডিমাপুবগী ব্রাংমদসু কংলৈপাক্কী লম লৈবম্মী, অদুগা নোংচুপলোমদনা কাছাডগী মনুংচনবা চন্দ্রপুব হায়বা লমদগীসু হেন্দোক্লা লৈবম্মী। মসি পুম্নমক অসি কংলৈচাশিংনা হায়বদি চীংমী তম্মীনা পুল্লগা ওইহনখিবনি।

অদুবু, ইপা-ইপুনা থম্লীবমখিবা পাকচাউববা কংলৈবাক অদু মচেং মচেং শেগায়বগা চংখিদুনা লম মচেং অমতা গুইহৌবে। অদুগা লৈহৌবিবা লম মচেং অসিসু চীংবুবোই তম্বুবোই মচিন্নাও যেংথীনবদগী তোঙায় তানখিদুনা মচেং মচা মচা থোক্লা কায়বকপা যাবগী অকিবা লৈ। হৌজিক্তি কংলৈপাক্কী কংলৈচা নাগাশিংনা তোখায় তাবগে হায়না চোংথোবক্লে। কুকিশিংনসু ষ্টেট তানবগী ঈবাং হৌবক্লি। চীংগী জিলাশিংদা নাগা অমসুং কুকিনা পায়বিবা লম (চাগী হিংদা)ঃ

| লিজাগী মিং | নাগা | কুকি |
|---|---|---|
| ১) চুবাচান্দপুব | লৈতে | ১০০% |
| ২) চান্দেল | ২৫% | ৭৫% |
| ৩) সেনাপতি | ৭৫% | ২৫% |
| ৪) সদব হিলস | ১০% | ৯০% |
| ৫) তমেংলোং | ৬৫% | ৩৫% |
| ৬) উখ্রুল | ৭০% | ৩০% |

তোখায় তানীংবগী মঙ অদুনা মঙফাওনম্লবদি চফু কায়বগা কাক্লা হবাওবা হায়বদু থোক্কনি। মবম অদুনা ঐখোয় ব্রাবৌনবগুমসি। হৌজিক্তি মমাঙঙৈগী মতমদসু নত্তে। লানখিবা অমদি শোয়খিবা কয়াবু চুমথোক্লবসি অদুগা পুমকাউ-কাউথোকখিনবা লাক্লবসি। লাই হাক্তক্তগী ঐখোয় চীংমী অমসুং তম্মী অনীমক অমতা ওইনা হিংমিন্নবকপনি। ঐখোয় ইশেল শকখঙ-মায়খঙনবগা অমদি ধমগী অখূবা মীংয়েং থম্লদ্রগা অমনা অমবু য়েংথীবা তৌনবগুমসি, অদুগা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবসি। ঐখোয়দা শীংনবক্লিবশিং অসি পুন্না থেংনমিন্নবসি। কংলৈপাকপু কংলৈচাশিংনা কনদ্রবদি কনানা লাকুনা কনবীবদগে?

MA

## কংলৈপাক্কী ওইরম্মি কবোতম্পাক

মমাঙণ্ডৈগী মতমদদি কংলৈপাক অসি য়াম্না পাকচাউবম্মী। কিযাম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) অপব বর্মাগী নিংথৌ খোখোম্বনা কবো তম্পাক অসি কংলৈপাক্কী নিংথৌদা পীবকখি। অপব বর্মাগী নিংথৌবু পোং নিংথৌ হায়না খঙনবম্মী। 'পোং' হায়বদি বর্মাগী অরাং থংবা শরুক্তা লৈবা 'শান' জাৎকী কাঙবুনি। মখোয়গী কোনুংনা 'মোগোং' হাযবা মফম অদুদা ওইবম্মী। মীতৈনা 'মোংগোং' হায়বা কোনুং অদুবু 'পোং' হায়না কৌখি।

পোং নিংথৌ চৌফা খোখোম্বগা মীতৈ নিংথৌ কিয়াম্বগা মখোয় অনীগী রাশকুবা অমা লৈখি। মখোয় অনীনা খোঙকনমেল্লে পাম্বীশিং ফৃক্তুনা য়েন্নবগা থানসি অদুগা মখোয়না খুমু হুনবা মতমদা উনবগা কিয়াং নিংথৌ চাউশেংবদা লান্দাসি অদুগা ঈনা তুবেল চেলহনসি হায়দুনা রাশকুখি।

লৈবাক অনীগী হন্না-নুংশিং থেন্নবগী মতুংইন্না মেল্লে পাম্বীশিং অদুগী খুমু হুনবগী মতম অদু থেন্নখি। পোং লৈবাক্তদি উন তাদবা মবমদগী লমতা থাদা খোঙকন মেল্লে অদু খুমু হুন্দুনা শাৎখি, অদুগা মীতৈ লৈবাক্তদি শাৎখিদে। মবম অদুনা নিংথৌ কিয়াম্বনদি খোঙকনমেল্লে অদু শাৎপা ঙাইদুনা লৈবম্মী। পোং নিংথৌনদি মীতৈ নিংথৌ মচীন য়াম্না থী হায়দুনা অঙকপা ফংনা শাউখি, অদুগা পোংগী ঈতোন কায়বগী লাইচং অদু মীতৈ লৈবাক্তা থারকখি। মীতৈমখৈ তুবা

তুনা ঈতোন ফাযনখি। শজিবু থা যৌবকপদদি মীতৈ লৈবাক্তা থাখিবা খোঙকন মেইল্লে অদুসু শাংপা হৌবকখি। ব্রাশক্রখিবা অদুগী মতুংইন্না মীতৈশিংনা কিয়াংদা লান্দানবা পোং নিংথৌ উনবা চংলম্মী। মীতৈ নিংথৌ লান্দ্রে হায়বা খঙলবা মতুংদা পোং নিংথৌনা ঈতোন ফায়বা ফনব' হীদাক 'পোং হৈতোন (পুংদোন)' কীবকখি।

পোং নিংথৌ খোখোম্বগা মীতৈ নিংথৌ কিযাম্বগা মান্নবগা নিংথি তুবেল লান্দনা কিয়াং খমপাংতা লান্দাখি, অদুগা মাযপাকখি। মদুদা হবাওদুনা নিংথৌ অনীমক তাংবল অমত্তদা ফম্মিন্নবগা লৈখি, চমিন থকমিন্নখি, ঙাপ্রুম থূপলেং পুখোংকনা চামিন্নখি, চাক তোক্লগা ক্বা লান্নদুনা চামিন্নখি, মখোয়না জয তৌবকখিবা লমশিং অদু যেন্নখি। শমশোক মমাংগুদা লৈবা লমনা পোংগী লম অদুগা মনীংদা লৈবা লম্বা মীতৈগী লম ওইখি। নিংথি তুবেম্না মহৌশাগী ঙমখৈ ওইখি। মমাঙইঙগী মতমদদি নিংথি তুবেলদগী হেন্দোক্লনা নুমিৎ হুমনি-মবিবোম খোঙনা চংশিনবা ফাওবা কংলৈপাক্কী লম ওইবমখি। অদুম হায়না তৌদুনা অপব বর্মা ফাগুবা মীতৈগী শক তাক্লনা নোংপোক থোঙ হাংখি।

বর্মা লৈবাকপু মীতৈনা আৱা হায়না কৌখিবগী মবমদি ব্রহ্মদেশকী কোনুং ওইবমখিবা 'আভা' হায়বা মফম অদুগী মমিং লৌবগা 'আভা'দগী 'আৱা' হায়না লোইহূখিবান। অৱাথবী হাযবা অসিসু আৱাদগী পুবকখিবনি হাযদুনা অৱাথবী কৌখিবনি হায়নবি। খৃঃ ১৭৫৮দাদি আৱা নিংথৌ আলাউপায়ানা লাল ঙমখিদুনা মীতৈ কয়ামুক আৱাদা পুখি, অদুগা মখোযগী মবক্তা তিনখি।

মোইবাং নিংথৌ খেলৈনুংনাং তেলহৈবনা মহাক্কী মমাক ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদগী লম ময়াম অমা পীযু হায়বখি। মদুদা ভাগ্যচন্দ্রনা মহাক্কী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা খেলৈনুংনাংদা হায়খি, "মাম্মা! লৈবাক্কী নমাক্কী নত্তে, মীয়ামগীনি।" মদুদা যাম্না শাউবদুনা খেলৈনুংনাংনা আৱা নেক্লনা কংলৈপাক্তা লান্দাখি। আৱাশিংদি ঈশিংদা হৈনদবা মবমনা অবোং তুরেল অমসুং ৱাংজিং তুবেলগী ঈশিং অদু পল শাদুনা মৌখংহল্লগা আৱাশিংদা ঈশিং ঈপাক অদু উৎননবা হোংনখি। ফৌদেলদগী তেম্থাফাওবা ফুট তবাবোম ৱাংবা 'মোইবাং

পল্লি' অদু অহিং অমদা থোনখিবনি। পল্লি থোনবদা খেলৈনুংনাং তেলহৈবগী মনাওনুপা চন্দ্রমনিনা মীতৈ নিংথৌগী মীচঙ চঙদুনা মহাক্না লমজিংলগা থোনখি। মোইবাংনা লমজিংলগা থোনখি হায়বগীদমক পল্লি অদুবু 'মোইবাং পল্লি' হায়না থোনখি। মীতৈ নিংথৌগী মীচঙ চঙলুই হায়বগীদমক্তা মনাওনুপা চন্দ্রমনিবু খেলৈনুংনাং তেলহৈবনা হাংখি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মবিশুবা মচানুপা মারজিংনা কবো নিংথৌ থাদোফায়াগী মতেং লৌবগা ময়াম্নুং চৌরজিংপু (১৮০৩ ১৮১৩) তাম্বোক্নুনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না কবো নিংথৌগী মখাপোন্না পানখি। কবো নিংথৌ থাদোফায়ানা শিখিবা মতুংদা মহাক্কী মশুনুপা থাগিদৌনা নিংথৌ ওইবা তাখি। মহাক্কী ফম কাবা নুমিৎতা মারজিংপু লাকপীয়ু হায়দুনা থার্তন তৌবর্কখি, অদুবু মারজিংনা চোক্নী হাযদুনা থার্তন অদু লৌখিদে। মতাং অদুদা মূক্রবগী মওওদা মারজিংনা কবো তম্পাক্তগী চীংশু উ ময়াম অমা যালহন্‌খি। মদুনা থাগিদৌগী অচাকপা মৈদা থী হৈজিনবগুম থোকখি। মবম অদুনা মহাক্না মহাক্কী সেনাপতি থান্দুলাবু লাশ্মী লিশিং লিশিং পুহল্লগা কংলৈপাক্তা লান্দাহনখি। নিংথৌ মারজিংনা খাওবা ওল্লক্তদুনা কাছাড তান্না চেনখি। কংলৈপাক্কী মীয়ামসু চেন্নখি। মতম অদুদগী কংলৈপাক খুন্তাক-লানশিবা হায়বদু ওইখি।

কবোনা কংলৈপাক্কী অহল-লমন, নুপী অঙাং ময়াম অমা হাংখি। খবনা ফাদুনা মখূবাক্তা য়াইবীনা লেংলগা কবো তান্না পুখি। অশোন অনাশিংবু ইমুংদা হোইজিল্লগা মোবোক শংবায় শংবায় মৈ থাদুনা হাংখি। অঙাংশিংবু লৈবাক্তা হাইহৎলগা হাংখি। মাইবা, মায়চৌ, মশক ফজবী নুপী, কাঙজৈ হৈবা মী, শগোল তোংবা হৈবা মী, অমদি অতোপ-অতোপ্পা অখন্নবা মীতৈ কয়া অমবুনা কবো তান্না পুখি, অদুগা মখোয়বু বর্মাগী কোনুং কয়াদা লৈহন্‌খি। মখোয়গী চাবোল শুবোলশিং শন্দোকখিদুনা বর্মদা কংলৈ (মণিপুরী) খুল কয়ামুক লৈখি। কবোনা কংলৈপাক্তা লৈবমখিবা চহী তরেৎনি। মদুবু চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়দুনা ঐখোয়না খঙনরি।

ভাগ্যচন্দ্রগী মচা অতোনবা গম্ভীরসিংহনা বৃটিশকী মতেং লৌরগা

কংলৈপাকপু ইনৌ নৌনা শেমগৎখি। মী লাক্ক মরি-মঙা লৈরমখিবা কংলৈপাকপু মী লিশিং খবত্তমক লৈহৌবা মফম অমা ওইহনখি। কবোগা কংলৈপাক্তা য়েংথীনাবিবসি কবম্না নুংশিনবক্কদগে হায়না খন্নরকখি। মহৈথংদা কংলৈপাক্কী ওইদুনা লৈবর্কখিবা কবো তম্পাক অসি বর্মদা পীরবদি য়েংথীনবদু কোক্কান হায়নাখ। বৃটিশ ওফিসারশিংনা কংলৈপাক্তা লাক্কুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজদা কবো তম্পাক অসি বর্মাদা শান্দোকখ্রসি অদুগা মখোয়দগী থাদা অশেঙবা 'শিকো' ৫০০ কাঙ্গৎ লৌবসি অদুগা মদুগী সহী তৌরো হায়খি। সহী তৌদবা যাদবা মতাং লাকখিবদগী' সহী তৌখি অদুগা মদুদগী নীংবকায়দুনা থম্মোয়গী লায়না পোক্ককখি অদুগা শিখি।

মসিগী মতাংদা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা ওকটোবব ১৮, ১৯৪৮ দা মখাগী অসুম্না লাউথোকখি ঃ

" Read the Treaty of Yandaboo, dated the 9th January, 1834, ratified between Maharaja Gambhir Singh and the company. This Treaty left for us a good heritage, namely the Kabaw valley of 7000 squire miles for which we get from Burma Rs. 6,270 as annual tribute which according the spirit to the terms of the Agreement, will cease when the area is riverted to our State Maharaja Gambhir Singh died of disappointment for this loss of territory under duress "

কংলৈপাকনসু আরানসু কবো তম্পাকপু তান্নখিবগী মবমদি মফম অদুদা মমল যাম্নবা চীংগু-উ অমসুং অতোপ-অতোপ্পা অগুকপা ফংলবা মহৌশাগী পোথোক কয়ামুক লৈ। ফজববা 'থোইবী শাৎ' হায়না খগুনবা পাৎ অদুসু লৈ।

নিংথি তুরেলদগীনা হৌজিক্কী কংলৈপাক্কী গুমথৈ অসিফাওবদা লৈবিবা লম অসি কবো তম্পাক্কি, বর্গ মাইল ৭০০০নি। বর্মা সবকারনা তাং ০৯/০১/১৮৩৪ ইংদগী কংলৈপাক্কী (মণিপুরগী) সবকাবদা থা খুদীংগী লম্বানগী খাজনা ওইনা শিকো লুপা ৫০০ পীরমখি। অদুবু তাং ১৫/১০/১৯৪৯ ইংদা

ইন্দিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টব নেহৰু অমসুং বর্মাগী প্রাইম মিনিষ্টব য়ু ন্যু অনীনা ল্যাকুনা কংলৈপাক্কী লমবু বর্মা সবকাবদা পীথোকখি। খুদোল ওইনা পীবকখিবা খুদোলবু অমুক হনহনখি। থা থাগী পীবমখিবা লম্বানগী থাজনা শিকো লুপা ৫০০ অদুসু পীখিদ্রে। অদুম তৌবগা কংলৈপাক্কী ওইবমখিবা কবোতম্পাক অদু চৎখি।

# চীংমী-তম্মীগী মরী তৎহনগুমসি

ঐখোয়গী নুংশিববী ইমা লৈবাক কংলৈপাক অসিদি চীংলোন মাপললনা কোয়শিল্লগা লৈবা ফজত্রবা লৈবাক অমনি। কংলৈপাক হাযবা মিং অসিদি চীংমী তম্মী অনীনা হৌবকপগী ৱাফমগা মবী যাম্না লৈনৈ। কংলৈপাক্কী মহুত্তা মণিপুর হায়না মিং থোনখিবা অসিদি খাণ্ডুথক্কীনি। চীংমী-তম্মী অনীমক মীহৌবোলদগী হৌদুনা কংলৈপাক্কী লৈহাওদা চাউমিন্নবকপনি, অদুগা লাই হাক্তক্কগীসু ঐখোয়সে ঈ মবী অমতনি হাযবা অসি যাম্না চুন্নবা ৱাফমনি। ঐখোয় ঈশেল শকখণ্ড মাযখণ্ডনবগা লোযনন' ঐখোয়গী হৌবকফম্দু নীংথিনা খণ্ডজবা অদুগা অমনা অমবু মতেং পাংনবা দবকাব ওই।

টিঃ সিঃ হদসননা মীতৈদি চীংমীদগী চাদা-নাউদাখিবনি হায়না ফনা শেংনা হাযবিখি। মসিগী মতাংদদি ঐখোয়গী থাযনগী অহল-লমনশিংনা অদুম মবীক চুম্না প্রমাণগা লোয়নন্না তাকপীবম্মী। মীতৈগী খুন্নুং খুঙ্ঙোক মীহৌবোলনা লীথূন অমা পীবি। মদুদি কংলৈপাক্কী চীংমী-তম্মী অসি মচিন্মনাওনি অদুগা মখোয়গী হৌবকফমসু অমতনি। মমা মপা অনীখক্কী মচা তবেং পোকখি। মখোয় অদুদি থাঙ্গাবা, চক্কাবা, কবুইক, সল্লম্বা, তবাউবা, খবম্বা অমসুং পোইবৈতোননি। মচিন্মনাও তবেং অদুগী ইতোন তোনবা মনাও পোইবৈতোন্না তমদা অদুগা ময়াম্বা তব্বক অদুনা চীংদা তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা খুন্দাখি। মকেং থাঙ্গাল,

চক্কে তাংখুল, কৌত্রু চীং, লাঙ্গোল, খরম, চোথে চিবরুম হায়বশিং অসি ময়াম্বা তরক অদুনা খুন্দাখিবদগী থোনখিবা ওাক্তনি। হায়রিবা লমদমশিং অসিদা তারিবা চীংমীশিং অসি মখোয় অদুগী চাদা-নাউদাশিংনি হায়রি।

চীংমী-তম্মীগী পারী-পুরী অমতনি। অনীসিগী শাওঙ-শাবান্না অমদি কুচু-কুমেন্না হৌরকফম তিন্নবগী মওঙ অমদি ঈগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অদুবু ময়েক শেংনা তাকই। চীংমী-তম্মী অনীগী য়াম্না নকশিন্নবা মরী অসিবু তাকপা মীহৌরোলগী ওইবা থাঙ্গাল কাওলূপকী ৱারী অমা লৈঃ

মচীম্মনাও অহুমখক লৈরম্মী। থাঙ্গালনা খ্বাইগী অহলনি, তাংখুলনা য়ায়মনি, অদুগা মীতৈনা অতোনবনি। খ্বাইগী অহল থাঙ্গালনা থাঙ্গাল শুকংদা লৈহৌখি, মনাও য়ায়মা তাংখুলনা নোংপোকলোমদা চৎলগা তাংখুল হুন্দুং হায়বা লম অদুদা খুন্দাখি, অদুগা মনাও ইতোন-তোনবা মীতৈনা তম্পাক্তা লৈখি। মচিম্মনাও মখোয় অহুমনা কাযনদ্রিঙৈদা মখোয মশেল কাউনখিদনবা ইতৎ-তত্তনা উনসি হায়দুনা ৱাশক্লখি। থাঙ্গাল শুরুংদা লৈহৌখিবা খ্বাইগী অহল অদুনা থাঙ্গাল কাওলূপকী মপা-মপুনি, তাংখুল হুন্দুংদা তাখিবা মনাও য়ায়মা অদুনা তাংখুল কাওলূপকী মপা-মপুনি। থাঙ্গাল অমসুং তাংখুল অনীনা তম্পাক্তা ইতৎ-তত্তনা কুমথরক্তুনা মনাওনুপা অতোনবা মীতৈবু উনবখি।

মাওগী পারী-পুবীগী মতাংদা ৱাবী অমসু লৈ। ৱারী অদুগী মতুংইন্না অহানবা খুম্বোবকপদা মোয়্নু, চৎতু অমসুং অরাফা কৌবা মচিম্মনাও অহুমখক থোকমিন্নরকখি। অহুম অদুগী মনুংদগী অবাফানা মখেংদগী খা-পাংনা চত্তুনা খুন্দাখি অদুগা মহাক্না মীতৈ ওইখি হায়রি।

কবুইগী ৱারীদসু মচিম্মনাও অহুমগী ৱারী য়াওবি। নোংমদি মখোয় মচিম্মনাও অহুম অদুনা কোম অমা লান্না চোংদুনা মপাঙ্গল চাং য়েংনবা তাবম্মী। চাংয়েং অদুগী মতুং তাবকপা ফলগী মতুংইন্না মখোয়গী মরক্তগী খ্বাইদগী ইতোন-তোনবা অদুনা মীতৈ ওইখি হায়রি।

তাংখুল হায়বা কাওলূপ অসিসু শমশোক হায়বা লৈখুন্দগী থোবকখি হায়রি। মখোয়না লৈখুন্দগী থোরকপা মতমদা মখোয়বু লূচিংবীখিবা অথৌবা

অদুবু পোবগা অমদি মাঙদা তেন-পায়বা নুপা অমা চৎহল্লগা থোবকখি। লুচিংবা অদুবু পোবগা মপান্দা থোক্লকখি হায়বগীদমক্তা মহাক্কী মমিং ফোংশোক হায়না কৌখি। ফোংশোক্কীসু মচিন্নিনাও অহুম লৈবম্মী। মখোয় অদুদি কৈফুং, ঙায়াফুং অমদি লৈফুংনি। অহললনা চীংখৈপাংনা চৎখি, য়ায়মনা অৱাংপাংনা চৎখি, অদুগা অতোনবা মনাওনুপা অদুনা তম্পাক্তা কুমখি। মচিন্নিনাও অহুমগী অতোনবা অদুদি তম্পাক্তা মীতৈ ওইখি। মবম অদুদগী হৌজিক ফাওবা মীতৈশিংনা লাইহবাওবদা তাংখুলগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাইমাঙদা জগোই শানবি।

তাংখুলশিংনা খৃষ্টিয়ান ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা য়ুমলাই সনামহী লাৎনবম্মী অদুগা উমংলাই লাক্তুনা চহী অমগী কালেন হবাওবা পাঙথোক্লম্মী। তাংখুল অমসুং মীতৈ হায়বা কাঙলূপ অনী অসি মচিন্নিনাওনি হায়বগী খুদম য়াম্না লৈপ্রে। খুদম অমা ওইনা হায়ববদা ময়াম্বা তাংখুলগা মনাও মীতৈগা কায়নবমদাইদা লৈকমফি খুদোল তমখিবদু মতম পুন্নমক্কী ওইনা কাউবা য়াদনা অদুম লৈহৌবগদবা খুদোল অমনি। তাংখুলগী নৎত্রগা মীতৈগী লুহোংবদা লৈকমফি য়াওদবা য়াবমদে। তাংখুলশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগী উমংলাই লাৎপা থাদোকপ্লবসু তমদা লৈবিবা মনাও মীতৈশিংনদি লাইহবাওবদা তাংখুল হাওবা শাবা য়াওদ্রবদি লাইহবাওবা অদু লোইশিনবা য়াদে হায়বসিনা তাংখুলগা মীতৈগগী নকশিন্নবা মবী অদু তাকই।

মুসলমানশিংনা ইন্দিয়াদা লান্দাবকখিবদা মায়থীপ্পবা ইন্দিয়া মচা কয়া অমা নমদুনা মুসলমান ওনখিবগুম খাবা নোংচেনবনা পাখঙবগী মখৃত্তা মায়থীখিদুনা খাবগী লৈবাক কাংখোং চায়খি, অদুগা খাবা খবনা কবুই নুংনাং ওনখি, খবনা তাংখুল ওনখি, খবনা মহৌলাম্ভাই ওনখি অদুগা খরা অমনা অঙোমদা তিনখি হায়বসি পুয়ানা ময়েক শেংনা হায়বি। শবাং লৈশাংথেমগী মবুধৌ নুংথৌথংবগী ময়াম্বা লমলেকশাংনা চীংদা কাদুনা চীংমী ওনখি। লমলেকশাংনা ওনখিবা চীংমী অদু মোইবাং নিংথৌবেল লন্থুবনা কবুইনি হায়না ময়েক শেংনা তাক্লি।

মবামগসু মীতৈগা মমাঙঙৈদগী হৌদুনা থাদোক্লবা য়াদবা মবী অমা লৈবকখি। অৱা-লানগী মতমদসু মীতৈ অয়াম্বনা মবাম খুন্দা চঙজফম লৌখি।

মীতৈশিংনা চুমুয়োন খুল্লেন য়ৌনা চেনখি অদুগা মীতৈ নুপী অয়াম্বদি 'মীতৈ নুপী তাফম চীং (Makemeıpwe N Luızang)' হাযবা মফম অদুদা ওন্থদুনা শিখি। অশোকপা নুপী ময়াম অমদি মবাম খুঞ্জাশিংনা ময়ুম ময়ুমদা পুশিল্লগা লায়য়েংবীখি। মীতৈ নুপী খবদি মবাম নুপাশিংনা লৌখি। পাউকাংশোবাহ কৌবা মবাম পাখঙ অমনা মীতৈ নুপী অমা লৌখি। মবামশিংনা মীতৈ নুপী অদুবু বিংবী হায়না কৌবীবন্মী। মখোয় অনীগী মচা তবেৎ পোকখি, অদুবু মপানা শিববা মতুংদা চহী খব মবামদা লৈবল্লগা মমানে মচাশিংনে তম্পাক্তা কুমথবকখি। মখোয়না চীংদা অমুক হনখিদ্রে। মবামগী ব্রাবীদা হাওবম শাগেন্সি মবামগা ঈ মবী লৈনৈ হায়বি।

ব্রাবী অমসু লৈ--মবাম খুল্লেন্দা তম্পাক্তগী চহী নিপাল মপাল্লোম শুববা নুপামচা অমনা চাক্লিবা শাদুনা লাকখি। মবাম নিংথৌনা মহাকপু মচানুপা ওইনা য়োকখি অদুগা মহাক্কী মমিংবু বাঙবা হায়না মবামগী মিংবু থোনবীখি। মবাম নিংথৌ অদুগী মকীনৈ হায়না কৌবী মচানুপী অমা লৈবন্মী।

মতমগী মতুংইন্না অঙাং অনী অদু চাউবক্তুনা পাখঙ লৈশা ফাবকখি। নোংমদি মখোয় অনীনা নুংশি নুংওনগী ব্রাবী শানবকখিবদা বাঙবনা মকীনৈদা হাযবকখি, "নুংশিবী। ঐহাক্কী থব্রায় ওইবিবী, ঐহাক কনানো হায়বদু নঙোন্দা শেংনা হায়দোক্কে। মুন্না তাউ। ঐহাক্কী ইপল পাইখোম্বা নিংথৌনা মচা অমত্তা পোকচদবদগী মহাক্কী মনাও ইবুংঙো তোনসেনঙম্বগী মচানুপা ঐহাকপু সনা কোনুংদা নিংথৌ খূভম পীনবগীদমক্তা থম্বিবনি। ঐহাক্তা মফম অসিদা লাক্লিবসিদি কবিগুম্বা অবোনবা থবক অমা পাঙথোকউ হায়না থাবকপানি। ঐহাক্তা নিংথৌ ওইবগা নহাকপু লৈমবেল ওইহনগনি।"

নোংমদি বাঙবনা (চবাইবোংবা) মহাক্কী অবোনবা ব্রাদু হায়দোক্লবা মতুংদা মকীনৈবু চেল্লসি হায়বকখি। মদুদা মকীনৈনা মহাকপু মীতৈ কোনুংদা লৈমবেল ওইনা থম্বীবোই হায়দুনা য়াজখিদে। অদুবু চবাইবোংবনা স্বৰ্গ, নুমিৎ অমসুং থা পল্লগা মহাকপু কৈদৌনুংদা থাদোক্লোই অদুগা মীতৈ কোনুংদা লৈমবেল ওইহনগনি হায়দুনা ব্রাশকখি। অদুদগীদি মকীনৈনা য়ারক্তুনা মহাক্কী অবোনবা

থবক অদুদা মতেং পাংখি অদুগা চবাইরোংবদা চেল্লকখি। কোইবেঙ্গে য়ৌবকপদদি মকীনৈবু কোনুংদা পুশিল্লবদি লৈবাক মীয়ামগী চরাঙনবা অমা থোক্লক্কনি কিবদগী কোনুংগী মপান্দা য়ুম অমা শারগা থমখি। মহাক্না মকীনৈবু কোনুংদা পুশিন্দুনা লৈমবেল ওইহনগনি হায়বা ৱাশক অদুদি কায়খি।

মকীনৈনা মীবোল্লবা মতমদা মহাকপু থাঙ্গাল শুকংগী নিংথৌ শাগোঙদা নীংথিনা য়েংশিনবীয়ু হায়দুনা চেকশিন্না শিন্নখি। চবাইরোংবনা (বাঙবনা) মহাক্কী মচানুপা অমা পোক্লবা মতুংদা মহাক্কী নুপী অমসুং মচানুপা অনীমক্তা লোন্না মতম মতমগী ওইবা চানবা চীঞ্জাক অমদি শেংন-ইন্নবা ফিবোলশিং থাবম্মী। মচানুপা অদুনা থাঙ্গাল শুকংদা চাউবক্তুনা চহী নিপাল শুবকখি। মতম অদুদা চবাইবোংবা নিংথৌনা মহাক্কী মচানুপা অদুবু কোনুংদা পুবক্লবা থৌবাং তৌবর্কখি। মহাক্না 'গাওমচা লোয়শঙ' হায়না খঙনবা পীতৎ-পাতৎ থম্ফম অমা শেমখি অদুগা মদুদা মহাক্কী মচানুপানি খঙহন্দনা মমা-মপা লৈজদবা অঙাং খবগা থর্মখি।

মতম খবগী মতুংদা ইম্ফালগী নোংচুপলোমদগী চীংমীশিংনা মহাবাজগী মথক্তা লান হৌবর্কখি। মহাবাজ চবাইবোংবা মশামক য়াওনা লান অদু থেংনখি অদুগা মায়পাকখি। মহালোজনা মহাক্কী লান্মীশিংগা লোয়ননা লান্‌ফমদগী কোনুংদা হল্লকপগী লম্বীদা ৱাদুনা শগোলবন্দদা হৌবা খোনাং পাম্বী অমগী মখাদা ঙাইহাক পোথাবম্মী। অসুম্না পোথাদুনা লৈবিঙে মতমদা মহাবাজগী মথক্তা বজ্র তাবক্তুনা শিখি। মদু মহাবাজনা মকীনৈবু কোনুংদা পুশিল্লগা লৈমবেল ওইহনগনি হায়দুনা ৱাশকখিবা অদুগা ৱাশক অদুবু মহাক্না ঙাকখিদবদগী পীবা চৈবাক্তি হায়না লৌনখি। অদুবু মকীনৈগী মচানুপানা মীতৈ নিংথৌ ওইখি।

তলেংনমক হায়বা তাববদি য়েলহৌঙেদগী পোকমিন্নবকপা, লৈমিন্নবকপা অমদি হিংমিন্নবকপা কংলৈচাশিংবু মীতৈ হায়না খঙনবম্মী। ঐখোয়গী পাবী-পুরী অমতনি। অদুবু তম্মীশিংনা হিন্দু ধর্ম অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগীদি চীংমী-তম্মী মচিম্নাও ওইবগী নুংশিনবা মবী অদু লাপথোক্লবা হৌরকখি। মতুংদদি চীংমী-তম্মী মচিম্নাওনি হায়বা ফাওবা কাউথোক্লরক্তুনা

MA

মপা-মপু মশক খঙদবা শা-ষণগুম ওইরকদ্রা হায়না চিংনরে।

মান্ন-মান্নবা লীপূন্না পৃন্দুনা লৈমিন্নরকপা চীংমী অমসুং তন্মী অনীগী নুংশিনবগী ঈচেল অদু কংবা হৌরক্লে। মমাঙ্ডৈগী অমতা ওইরন্বগী ব্রারীশিংদু অহোংবা কয়াগী শাফুদগী কাউথোক্লরক্লে। হৌজিক্তি কংলৈপাক্কী অপূনবা শক্তম অমসুং ভমখৈ কায়বা য়াবগী অকিবা লৈরক্লে। নহারোলশিংগী ব্রাখলদা অহোংবা নংত্রগা অওনবা কয়া লৈপ্রে। ঐখোয় পুন্নমক্কী পৃক্লিংদা চিংনবগী মহুম শাপ্রে। তোখায় তানীংবগী ব্রাখলনা ঈরাং কয়া থোকহল্লে। অদুবু চীং অমসুং তমগী অহল-লমনশিংনদি অমনা অমগী অব্রা-অনাদা মতেং পাংনরি অদুগা পাউতাকশিং লৌনবি।

মপাম্বোংদা চীংমী-তন্মীগী খেন্নবা খব লৈজববসু মান্নবা কয়া অমদি নুং-দা লৈবি। চীংমী তন্মীগী শক্তা-চুদাদা, শাওঙ-শাবান্দা, খুনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক্তা, জগোইগী শাথেক-খৃৎথেক্তা, ঈশৈগী যন্ত্রশিংদা, মশান্না কয়াদা, শেৎপা অমসুং চাবদা অমদি নাৎকী ওইবা থৌরম কয়াদা মান্নবনা হেন্না য়াওই। কংলৈ লোল অসিদসু চীংমীশিংনা ঙাঙনরিবা লোলশিংগা মান্নবা কয়ামুক য়াওরি। মীতৈশিংনা হৌজিক মীতৈলোন্নি হায়না ঙাঙনরিবা লোম্বেশিং অসিদগী সংস্কৃত, হিন্দী, ইংলিশ অমদি বেঙ্গলী ব্রাহৈশিং লৌথোকশ্রবদি লেমহৌবিবা শরূক অদুদি অয়াম্বনা চীংমী-তন্মীনা ঙাঙনবমখিবা অবিবা লোল মপী অদু ওইগনি, মবমদি ঐখোয়গী থায়নগী চীং অমসুং তমগী অহল-লমনশিংনা লোল অমতবু মমালোল ওইনা ঙাঙনরম্মী। কংলৈ ঈয়েক্লা কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা চীংমী তন্মী অনীমক্কী ময়েক ওইরম্মী। য়েক সলাইসু চীংমী-তন্মীগী ওইনা তরেৎ তরেৎ লৈ। চীংমী তন্মীগী ওইবা য়েক সলাইগী মচু তবেৎনা ওইবা ফিরালসু লৈজে। চীংমী-তন্মী অনীমক্লা মৈহৌরোলদগী হৌদুনা মফম অসিদা শুন্দামিন্নরকই।

কংলৈপাক্কী ইতিহাসনা মতম খব থৈদোক্লুনা লৈবিঙেদা হিন্দু ধর্মবু লৌহনখ্রবা তন্মীশিংনা চীংমীশিংবু মাংই, অদুগা তন্মীশিংনা তন্মীশিংগী মবক্তা ফাওবা অমগা অমগা মাংই-শেংই তৌনখিবদুনা মরম ওইরগা শিবা ফাওবদা

র্মাচম্মনাও চঙনখিদবা য়াওখি। অদুবু হৌজিক্তি মতম অদু নৎত্রে। চীংমী তম্মী ঐখোয়দা মতমনা অমুকসু ঐখোয়গী হান্নগী হৌরকফম অমসুং অরিবা মতৌবু নীংশিংহন্দুনা হেন্না চাওখৎপা অমদি ফজবা অপূনবা শক্তম অমা পুবীরকপা ওইরসনু। চীংমীনা অমনি তম্মীনা অতোপ্পা অমনি হায়বগী হূদগী হেন্না ফৎখিদ্রবা রাখল অসিগী মরীক অমফাওবা য়াওদনা অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবসি।

চীংমীশিংনা তমদা খুন্দাদুনা লৈরি অদুগা তম্মীশিংনসু চীংদা থবক তৌদুনা লৈনবি। চীংমীশিংনা মীতৈ ওল্লগা তম্পাক্তা মীতৈ খুলশিং শেল্লগা খুন্দাদুনা লৈখিবসু কয়ানি। অমনা অমগী নিংঙোল লৌনদুনা নুংশি-চান্ননা লৈনরি। অদুবু হিন্দু ধর্ম শন্দোক্লকপদা কা হেন্না অমাং-অশেং খায়খিদুনা ঐখোয়গী ঈগী মরীদা চীংমী-তম্মী নুংশিনদনবা হূ কামশিনখি হায়বসিমদি চুম্মী। অদুবু হৌজিক জ্ঞান তানরক্লবা মতমনি। লানখিবা নৎত্রগা শোয়খিবা কয়াবু কাউথোক্লবা অমসুং ঙাক্লবগী মতম য়ৌরক্নে। ঙাকপীবদগী হেনবা অতোপ্পা ধর্ম অমা লৈতে। ঐখোয় পূন্না নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নরিবমখৈ নুংঙাইগনি, নৎত্রবদি খুদোংথীনঙাইগী মশক্নি।

ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থম্মদনা, চীংমী-তম্মী চারৌ-মৌরৌনদুনা অমদি অমনা অমগী চৎনবীবু নৎত্রগা ধর্মবু ঈকাইখুম্নদুনা ঐখোয় ঈশেলগী মরক্তা লৈবিবা য়েংথীনবগী মতৌ অসিবু মাঙহনখিনবা উপায় থিরসি। ধর্মদি হোংবা য়াই অদুগা জাতিদি হোংফদে। ঐখোয়না তম্পাক্কী লমশিংদা লাউবখক্লদি কান্নবা ফংলোই। তম্মীশিংনা চীংদা কাদুনা চীংমীশিংনা রারিবা মতৌ অদুবু য়েংশিনবীগদবনি অদুগা মখোয়গী অরাবা ফীভম অদু ফগৎহনগদবনি। সরকারনসু চীংমীশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা থৌরাং কয়া নীংথিনা পায়খৎফম থোকই, ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ইচিন-ইনাও নুংশিনবগী ঈচেল অদু চেলহনসি। ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থম্মদনা অমদি অচৌ-পীশক খায়দনা অমনা অমগী চৎনবীবু ঈকাইখুম্নবা দরকার ওই। তম্মীশিংনা হেন্না খুদোংচাবা মফমদা লৈবনিনা অথাপ্পা চীং-মান্দা লৈবা চীংমীশিংগী খুলশিংদা চতুনা নাৎকী ওইবা জগোই-ঈশৈশিংগী থৌরম পাঙথোকপগা লোয়ননা চীংমীশিংগী খুদোংথীবা অমদি

অন্নাবশিং অদুবু লৈহন্দনবা লাক্লগদবনি।

অচৌবা ফুরূপনা অপীকপা ফুরূপপু নৈহংপীবা অমসুং মখোয়গী হকপু মংপীরবদি ঐখোয় পূম্না নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবা য়ারোই। ঐখোয় ঈশেলগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা ৱাখল অমদি য়েংথীনরিবা মতৌ অসি মাঙহনখিনবা উপায় থিসি। লৈঙাক্লোইশিংনসু অচান-মীরায় নাইদনা খুদোংচাদবা মফমশিংদা হেন্না খুদোংচানবা অৱাং-অপাশিং পীবিবা তাই। 'ঐগী' হায়বা ৱাখলসি থাদোক্লরগা 'ঐখোয়গী' হায়বা ৱাখল অদু খন্নবা মতম য়ৌরে। ঐখোয়না চীংদা কাদুনা অমদি চীংমীনা তমদা কুমদুনা পূকচেল শেংনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা নুংশিনা লৈমিন্নরবদি অমতা ওইবগী ফীভম অদু লাক্কনি।

ধর্ম খুদীংমক অফবা ওাক্তনি। তৌবতবু মশা মশাগী ধর্মবু কা হেন্না পাম্মনবদগী নংত্রগা 'ঐগী' হায়বা ৱাখলনা থুম্মংখিবদগী অতোপ্পা ধর্মবু মী খরনা থীনা চৈনবা য়াওই। ধর্মগী পলনা ঐখোয়গী নুংশিনবগী ঈচেলবু থিংহনগুমসি। ধর্মগী মিংদা লালহৌগুমসি। বাইবল, গীতা, কোরাননচিংবা ধর্মগী অশেঙবা লাইরিকশিংনা ঐখোয় মীওইবদা অমগা অমগা নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নৌ হায়রি। মসিমক ধর্মনি অদুবু ৱাহৈতনা নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নসি হায়না ফজ-ফজরবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা পঙগাঙ-ঙাঙবখক্লদি ওইবা য়ারোই। চীনগা খূৎকা মান্নগদবনি। ঐখোয়না মথক্তা কারগা ঐখোয় অমতনি, মান্নৈ, নুংশিনসি হায়না লাউথরকপখক্লসু চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদু খক পূরকপা ঙম্লোই। মশাগী ওইজবখক্তা খল্লোইদবনি। উচি কল্লক্তুনা ময়ুম মৈ থাবা থোক্কনি। ৱাখল মুন্না খন্থনসি। ইমা অমতগী মচাশিং ওইবখক্তনা পূম্নমক নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নগনি হায়বা য়াদে। কখোকপগী পূকচেল চেন্নগদবনি।

তম্পাক্কী মীশিংনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী হিন্দু ধর্ম লৌদবা চীংমী-তম্মীবু মাংই হায়না লৌখিবা অদু লানবনি। ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমদা অকায়বা পীখিবনি। পৈশা পীবা ঙমখিদবা চীংমী-তম্মী কয়াবু ইম্বোক্লগা লৈহনখি। মখোয়গা হিন্দুগা চারৌ-মৌরৌনবা য়াহনখিদে। অদুগা মখোয়বু হিন্দুগী ইমুং-মনুংদা চঙহনবা য়াখিদে। হিন্দুগী লাইনীং-লীচংকী চেকপলনা খাখিবদগী মীগা

মীগী মবক্তা খেন্নবা থম্বা হৌখি। মদুবু ধর্ম হায়বদুবা?

অমগা অমগা নুংশিনবা অসিদগী হেনবা অতোপ্পা লাইনীং-লীচং অমা লৈতে। ধর্ম হাযবসিদি নুংশিবা হায়বনি। নুংশিবা হাযবদি শান্তি হায়বনি। শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। ধর্মগা শান্তিগা চংমিন্নগনি। ধর্ম লৈত্রবদি শান্তি লৈবোই, অদুগা শান্তি লৈত্রবসু ধর্ম লৈবোই। ধর্মগী মিংদা মবৈ-য়েৎনবা, খৎনবা, য়েংথীনবা অমসুং লান তৌনবা ধর্ম নত্তে, অধর্মনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ধর্ম ময়াম অমা লৈ, লৈজসনু। লৈকোল অমদা লৈ মখল ময়াম অমা লৈজসনু। মদুনা লৈকোন্দুবু হেন্নদুম ফজহনগনি। ঈশ্বরদি মখল-মথেল ময়াম অমা পাম্বনিনা মালেম অসিদা মখল মখল ময়াম অমা লৈহনবনি।ধর্ম পূম্নমক্না ঈশ্বরগী পেন্নবা সেবা তৌবগা পূম্নমক্কী য়াইফবনি।

কাঙলূপ অমগা অতোপ্পা কাঙলূপ অমগা য়েংথিনবিবসে ধর্মগী মবাল নত্তে, ধর্মবু চংলিবা মী মখল মখলদুগী মবালশিংনি। ধর্মনা ঐখোয়বু নুংশিনহনবনি। ধর্ম পূম্নমক্কী পম্বুংদি অমতনি। ধর্ম পূম্নমক্না তান্নবিবসি ঈশ্বরবুনি। ঈশ্বর অনী শুদে। লম্বী তোঙানবগী ৱাদনি। ধর্ম পূম্নমকপু ব্যবহার তৌসি। ঐখোয় মীনি। ঈশ্বরনা মীওইববু থোইদোক হেন্দোক্না নুংশির্বনি। মবম অদুনা ঈশ্বরদা তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীসে নুংশিনসি।

ঈশ্বরগী মমিং অমসুং মতীক মগুণ ময়াম অমা লৈ, থাবদা লোইবা নাইবা নত্তে। পূম্নমক্কী হৌবকফম অমসুং চঙজফম ওইবীবিবা ইবুংঙো মহাক্নবু লৈবমদ্রবদি ঐখোয় পূম্নমকসু লৈবম্লোই। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয় পূম্নমক্কী ইমা-ইপা ওইবীর্বনি। ঐখোয়না ৱাখল খনবদসু, ৱা ঙাঙবদসু, থবক তৌবদসু—ফীভম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু নীংশিংবা ওইনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী পূম্নমক ঈশ্বরগী মচাশিংনি হায়না খল্লগা নুংশিনসি, অদুগা য়েলহৌঙেদগী লৈবক্নবা চীংমী তম্মীগী মৰী অদু তৎহনগুমসি।

# অথোইবা লাইফম কংলা

ব্রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক পুয়াগী মতুংইন্না চীংলোন মাপলনা কোয়শিন্দুনা লৈবা তম্পাক্তা থূমজিন্দুনা লৈরমখিবা ঈশিং অদুবু চিংথোকখ্রবা মতুংদা তম্পাক্কী ঈশিং কংখি অদুগা ইহান হান্না কংখিবা তম্পাক্কী মফম অদুবু 'কংলা' হায়না কৌখি। লাইনিংথৌ শিদবা, লৈমরেল শিদবী অমসুং সরোই অতোনবীনা মখোয়গী ইস্ফম থিরকপদা কংলা থেংনখি। কংলা য়াইকোন্নুং অদুদা লাইনিংথৌ অমদি লৈমরেল লাইবেম্বী অনীমক্না লৈরবা মতুংদা ইবুধৌ পাখঙবা পোকখিবনি। মফম অসিদা লাইয়াম লৈরকখি। কংলা লাইফম অসি ঐখোয়গী শেংলবা অথোইবা লাইফমনি।

কংলৈপাক্তা কংলা লৈ। কংলৈপাকসে থাক য়াম্না ব্রাংনা লৈরম্লনি অদুবু মীতৈ নিংথৌনা, শান্তিদাসনা অমসুং বৃটিশনা থেংখাং থেংখাং চিংথরম্লদগী ইপা-ইপুগী কৈরাক অদু লৈখা তাহনখি। য়াম্না পাক চাউরম্বা কংলৈপাকপু অসুম অসুম পীকশিলহনখি। অপীকপা লমখৈ অসিবু মণিপুর হায়না লান্না কৌদুনা লৈরি। চাউরম্লদগী পীকথরকপা ফীভম অসিদা কংলৈচাশিংনা হরাওনীংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক কংলৈপাক্কী কংলাদি অথোইবা লাইফম্নি।

কংলানা খোয়দৌনি অদুগা কৌব্রুনা কোক্রেন্নি। অথোইবা লাইফম কংলাদা থৌগল চঙবদা ফিমাং শেংলগা চঙবা য়াদে। ঐখোয়গী অরিবা লাই-ব্রারীশিংগা

মফম অসিগা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনৈ। মসি ইম্ফাল সহরগী ময়োলদা লৈ। মসি সমুদ্রগী ঈমায়দগী ফুট ২৬১৯ ৱাংখৎনা লৈ। মসিগী শাক চাউবদি একর ২৮৬.৮৪নি, অদুগা হৌজিক্তি মদুদগী হন্থন্দুনা লৈরে। পিঃ ভোরৎ সিংহ, কমিস্নার, আর্ট এন্দ কলচর, মণিপুর গভর্নমেন্টগী মতুংইন্না কংলাগী অপূনবা একর ২৩৭.৬২গী মনুংদা একর ২৩৬.৬৪দি হান্না গুাকশেল্লবা লমনি হায়না মণিপুব এনসিয়ন্ট এন্দ হিষ্টরিকেল মোনুমেন্টস এন্দ আর্কীওলোজিকল সাইটস এন্দ রিমেইন্স এক্ট, ১৯৭৬কী মখাদা লাউথোকপ্রে হায়রি।

অথোইবা লাইফম কংলা মনুংদা লাইফম ৩৬৬ লৈ। লাইফমশিং অসি ১০৮গী মনুংদা শূপচিনবা য়াই। অসাম, ত্রিপুরা, নোংচুপ বেঙ্গল, উত্তর প্রদেশ, বংলাদেশ, ম্যান্মারনচিংবদা লৈবা কংলৈচাশিংনা লাইখূরুম্বা লাকপা মফম অমা কংলানা ওইরি।

মফম অসিবু চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা কংলৈ নিংথৌরোলশিংগী ইতিহাস অদুগী মতুংইন্না ইংশোক ৩৩দা ফম্বাল কাখিবা নোংদা লাইরেল পাখগুবনা পানবা মতমদগী মহারাজ কুলচন্দ্রনা ইংশোক ১৮৯১দা পাল্লম্বা মতম অদু ফাওবদা কংলৈপাক্কী কোনুং ওইখি। রাজনীতি অমসুং ধর্মগী মফম অমা ওইবতা নত্তনা কংলা অসি লানবন অমসু ওইরকখি। পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টর গ্রিমরুদকী নুপী শ্রীমতি গ্রিমরুদনা অসুম্না হায়রম্মী, "মহারাজগী লৈফম খাজিনবা মফম অদুবু চেকপল মগুানা কোয়শিন্দুনা কোনুং অপূম্বদু লানবন ওইরম্মী। মসিগী মপান থংবা অদুমদি নীংখায়রম্মী, অদুগা মনীংথংবদুমদি য়াম্না কল্লম্মী, চেক্লা শারম্মী... লান্দারক্লিবা লাম্নীশিংবু থত্তুনা থম্লবা মফম অসিনা ওইরম্মী।" কংলা লানবন চাওখৎহনবদা নিংথৌ খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) অমসুং নিংথৌ পামহৈবনা (১৭০৯-১৭৪৮) থবক ময়াম অমা পায়খৎলম্মী।

ইশাবু ইশানা মশক খগুনা হিংবা গুমহনবা অথোইবা লাইফমনি কংলা। মসিবু খগুহন্নবগীদমক্তা অহানবা থৌদাংদি কংলাবু মালেমদা মশক খগুহনবতনা ওইগনি। কংলাদগী হৌবনি কংলাদা লোইগদবনি। কংলা কনবতনা তেংবানবা কনবা গুমগনি, মরম অদুদগী কংলাসি মণিপুর এন্সিয়েন্ট এন্দ হিষ্টোরিকল

মোন্যুমেন্ট অন্দ আর্কিওলোজিকেল সাইটস এন্দ রিমেন্স এক্ট, ১৯৭৬কী মখাদা ঙাক-শেন্দুনা থম্বা মফম অমা ওইগ্রে।

কংলাদা লৈবা অশেঙবা লাইফম খরা পঞ্জগে--(১) কংলা মেন শুরুং, (২) নুংগোইবী, (৩) কৌব্রু নাউফম, (৪) অয়াং ফিহৌফম, (৫) মোংবশঙ, (৬) সলাই তরেৎ ফোঙনফম, (৭) ব্রাঙ্গোল ঈকোয় (পৃষ্টি), (৮) শামু অঙৌবা থোকফম, (৯) অমাই লোয়শঙ, (১০) উত্রা শঙ, (১১) ব্রায়েল কাতি লোয়শঙ, (১২) হোগায়বী, (১৩) কোলোই লৈমা, (১৪) লুফৌ নুঙ্গোইবী, (১৫) পাখঙবা য়ুকৌফম, (১৬) নুমিং য়ুকৌফম, (১৭) ব্রাংব্রেলগী খুভম, (১৮) সবাং লৈশাংথেম অঙোম পূং, (২২) তখেল পূং, (২৩) মোইবাং পূং, (২৪) অশি পূং, (২৫) মীতম পূং, (২৬) চরাই পূং, (২৭) ফৌওইবী পূং, (২৮) নুংচেং ঈকোন (পৃষ্টি) অচৌবা, (২৯) নুংচেং ঈকোন মচা, (৩০) লাই ঈকোন (পৃষ্টি), (৩১) নোংশাবা পূং, (৩২) পাখঙবা শুরুং, (৩৩) সবোই পূং (৩৪) খুম্বোকয়াই, (৩৫) কুমতম পূং, (৩৬) মৈহৌবা শুরুং, (৩৭) উমং লাই মাপল তিন্ন পূং, (৩৮) সনামহী পাখঙবা ব্রাংন পূং, (৩৯) সনা পূং, (৪০) লুপা পূং, (৪১) নুমিৎ পূং, (৪২) থা পূং, (৪৩) খুম্বোক য়াই, (৪৪) থাবা পূং, (৪৫) খোইপূং, (৪৬) পাউতাক হিদেন, (৪৭) ঙানব পূং, (৪৮) থোঙক লাইরেম্মা, (৪৯) য়াইচম পাৎ, (৫০) পোং পূং, (৫১) খাগী পূং, (৫২) তখেল পূং, (৫৩) অঙ্গো পূং, (৫৪) চবাই পূং, (৫৫) শজিক পূং, (৫৬) ব্রাখৈকোন, অসিনর্চিংবা।

চীংলোন মাপলগী শুরুংশিংদি কংলাগা ফাওনৈ। কংলাদা চঙশ্রগা লংমাইচিং শুরুং, কৌব্রু শুরুং, মার্জিং শুরুং, নোংপোক লৈহৌ শুরুং, থাংজিং শুরুং, নোংচুপ অরিবা শুরুং, ব্রাংপুরেল শুরুং, চীংখৈ শুরুং অমসুং লোইবা শুরুংশিংদা ফাওদোকখিগনি অদুগা শুরুংশিং অসিদগী অমুক কংলাদা চঙলক্কদবনি হায়রি।

মথক্তা পনম্লিবা লাইফমশিং অদুগী মনুংদগী খোইপূংদি লৈবাকপু হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা লাইরেল তাউরোইনাইগী মখোইনি। মদু থারগা কংলা

অসি শরুক মাপল থোক্লা খায়দোকই। লাইরেল তাউরোইনাইদি শাথেক মাপল থোক্লা লৈ।

অতিয়া শিদবনা তাইবংপান অসিদা লৈনবা মী পুথোকখ্রবা মতুংদা য়েক-সলাই তবেৎ লৈখি। মখোয় অদুদি–(১) মঙাং, (২) লুৱাং, (৩) খুমন, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খা-ঙানবা অসুং (৭) সরাং লৈশাংথেম। অদুগা নুমিৎ তরেৎনীবু চাকয়োম কৌখি। চাকয়োমবু চয়োল কৌই। চয়োলগী নুমিৎ তবেৎকী মিংশিং--(১) নোংমাইজিং, (২) নিংথৌকাবা, (৩) লৈবাকপোকপা, (৪) য়ুমশকৈশা, (৫) শগোলশেন, (৬) ইরাই অমসুং (৭) থাংজ। নুমিৎশিং অদুবু (১) ঙুসিনোং, (২) হয়েংনোং, (৩) হংচিৎনোং, (৪) মশেমনোং, (৫) মবৌনোং, (৬) মক্রাকনোং অমসুং (৭) মচিৎনোং হায়না মথংশীৎনা খঙনৈ।

অথোইবা লাইফম কংলাদি নুংগোইবী, য়াওবৈবী, ওকশঙ অমসুং লাংমাঙ কৌবা লাইফম মবিনা কোম্দুনা লৈ। লাইফম অসিদা পাখঙবনা মেন তোংদুনা লাইগী নিংথৌ ওইবা মতমদা মায়কৈ মরি ঙাকপা লাইশিং, চিথেক ঙাকপা লাই নিপাল, উমং লাই মাপল, হেলোই তরেৎ, লাই ১০৮ লৈখি। লাই ১০৮না পাখঙবগী থৌগল তৌখি। মদুদগীনি কংলাদা লাইফম ১০৮ লৈ হায়নরিবসে।

কংলাদা লৈবা খাখোং, লাইখোং অমসুং মরোংখোং হায়বা খোং অহুমদগী খোং তবেৎ থোক্লা চেনখি। খোংশিং অদুদি-কোংবখোং, পুমশাইখোং, নুংচেং, নুংথোং নুংলাওবী, ময়াংখোং, চীঙ্গোইখোং অমসুং কুমগুংখোংনি। খোং তরেৎ অসিগী মমিংশিংসে খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং, লিলহাখোং, চরোইখোং, থাইবীখোং অমসুং নোংতমখোং হায়না ওল্লি। খোং তরেৎ অসিগী লুচিংবদি নোংতম্না খোংনি।

লাইখোংনা উমং লাই মাপল পোকখি। মখোয় অদুদি–(১) মুৱাকোন, (২) চাখাকোন, (৩) মোংবা কোন, (৪) য়ুমোই কোন, (৫) তাউথিংকোন, (৬) য়োইহেকোন, (৭) নাওখংকোন, (৮) তিনশিকোন অমসুং (৯) লৈতোন কোন (খুনুং লৈকোইবেল পুয়া)। ময়ায় থংবা মরোংখোংনা লাইরেল তাউরোই নাইনা মমৈবু ময়ানা চীক্তুনা কোল্লিবা মফমনি।

লাই হাওজগী কংলাগী লমখে ঙাকপা লাইশিংদি সলাইরেন শিদবনা মুৱা নিংথৌ কৌনা লাঙ্গোল চীংদোন্দা মমায় অৱাং ওল্লগা ঙাকই। কৌব্রুনা মমায় অৱাং ওন্দুনা থাংমৈবন্দদা ঙাকই। শগোলবন্দদা কোব্রৌজম লাইরেম্বীনা ঙাকই। শৌগ্রা পান্দোন্দা নোংপোক্লা ঙাকই। খুরাইদা পুরৈরোম্বনা ঙাকই। নোংমৈপুংনা নোংপোকথংবা চুপনি, চীংমৈরোংনা অৱাংথংবা চুপনি, চীংঙানা খাগী চুপনি, নম্বুল তুরেন্না নোংচুপকী চুপনি। মখোয়না কোয়শিল্লিবা লমবু কংলানি হায়না খঙনরম্মী। কংলাগী নাকলদা মখূল অহুম লৈ। মৈ, ঈশিং অমসুং নুংশিং অহুম্না কোয়রিবনি। লাইনিংথৌ কৌব্রুগী নাউফমনি। মদুবু নোংথৌ মতোন পূং ময়োল হায়না কৌনৈ।

**কংলাদা লৈরিবা নুংগোইবী লাইফম অসি অতিয়া শিদবগী ওয়থংবা মীৎনা ওইখিবনি; অদুগা য়াওরৈমী হায়বা লাইফম অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী য়েৎথংবা মীৎনা ওইখিবনি।**

নুংজেং পুখ্রিদি অশেঙবা পুখ্রিনি, মসিগী ঈশিং অসি মঙাং নিংথৌজা সলাইগী অপোকপা খুকম্বদা চঙই। মসিবু 'নোংদমখোং' হায়না খঙনৈ। পাখঙবা চেঙহোংবা অমসুং সনামহী চেঙহোংবা হায়বা থৌবমশিংদা য়েকমগা চেঙগা লানা য়োম্লগা পয়ানা পুন্দুনা লাকশিল্লগা নুংজেং পুখ্রিগী ঈশিংদা লূপশিল্লি।

কংলাবু নোংচুপ সনথোঙগী মনাক্তা গজ ২০ পাকপা ফুট ৬ লুবা থাঙ্গপাৎ অমনা কোয়শিল্লি। কংলৈপাক্তা মথং-মথং পানখিবা নিংথৌশিংনা কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলম্মী। নিংথৌ খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) অমসুং নিংথৌ পামহৈবা (১৭০৯-১৭৪৮)না কংলা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পায়খৎখি। নিংথৌ পামহৈবনা কংলাগী থাঙ্গপাৎ তৌদুনা অমদি থাঙ্গপাৎকী অকোয়বদা চেকপল খাদুনা মপাঙ্গল কল্লবা লানবন অমা কংলাবু ওইহনখি। মহাক্কা কংলাদা মথোল মঙা লোঙবা দলাল অমা য়াওনা দলাল কয়ামুক শাখি। চৌবজিৎ (১৮০৩-১৮১৩) মহারাজনা কংলাবু ফজহন্নবা থবক কয়ামুক পায়খৎখি। মহাক্কা কংলা শাগী অচৌবা মূর্তি অনীখক উত্রা মমাঙদা ইংশোক ১৮০৪দা শারগা থম্লমখি। কোনুংদা শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী মন্দির অমসুং যুম্বী মখোঙ ৮৪ য়ুংবা

মাণ্ডবকুন্না শণ্ডজাউ অমসু শারম্মী। নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শ্রী শ্রী গোবিন্দ মন্দিরগী মমাঙদা বৈঠব অমা শাখি। ইং শোক ১৮৬৯দা অচৌবা য়ুহারহাবা অমা থোকখি। মদুদা চেক্কী মন্দির কয়া নীংখায়খি। মহাক্লা কংলা মনুংগী শেংলবা মফমশিং অমসুং লাইফমশিংবু শেমগৎখি। অদুম্না তৌরগা মহাক্লা কংলাবু নীংথিনা শেন্নবা কোনুং অমসুং লাইফম ওইহনখি।

খোংজোম লানফমদা কংলৈপাক মায়থীখি। বৃটিশনা কংলা মনুংদা লৈবা য়াম্না চাউবা কংলা শাগী মূর্তিশিং অমসুং অতৈ মরুওইবা শণ্ডশেনশিং থুগায়খি। বৃটিশনা কংলাদা অসাম রাইফলসকী বট্টালিয়ন অমা থমখি। অদুদগীদি বৃটিশনা কংলাবু কেন্টোনমেন্ট ওইনা শেমগৎখি। ইংশোক ১৯৪৭তা বৃটিশনা কংলা থাদোকখি। অদুবু কংলাদি অসাম রাইফলসকী মখুত্তা অদুম লৈহৌখি। কংলৈচাশিংগী অপাম্বদি কংলাদগী অসাম রাইফলস চৎখিবনি। ইংশোক ২০০৪গী নবেম্বর তাং ২০দা প্রাইম মিনিষ্টর ডাঃ মনমোহন সিংহ য়াওনা পাণ্ডথোকপা থৌরম অমদা অসাম রাইফলসনা কংলৈপাক্কী মীয়ামদা কংলা শিয়খি। মদুদা মীয়াম নুংঙাইনখি।

অসাম রাইফলসকী দাইরেক্টর জেনরেল ভুপিন্দর সিংহনা কংলৈপাক্কী চীফ মিনিষ্টর ওক্রম ইবোবীগী খুথাংদা কংলাবু মীয়ামদা শিন্নখিবদুগী মতুংদা কংলা ফোর্ট বিল, ২০০৪ পুথোকখি অদুগা মদুদা ষ্টেটকী কেবিনেটনা অয়াবা পীখি। বিধান সভানসু অয়েৎপা লৈতনা অয়াবা পীখি। কংলা ফোর্ট এক্ট অদুবু সরকারনা ওফিশল গেজেটতা ইং ২০০৫গী জানুৱারী ১৪দা ফোঙদোকখি। কংলা ফোর্ট বোর্দ প্রেসিদেন্ট, ভাইস প্রেসিদেন্ট, মেম্বর সেক্রেটরি অমসুং মেম্বরশিংঃ

১। প্রেসিদেন্ট - চীফ মিনিষ্টর
২। ভাইস প্রেসিদেন্ট - আর্ট এন্দ কলচরগী মিনিষ্টর
৩। সেক্রেটরি - কমিশ্নর/সেক্রেটরি, আর্ট এন্দ কলচর
৪। মেম্বর - বিধান সভাগী ওপোজিসন লীদর
৫। মেম্বরশিং - বিধান সভাগী মেম্বর অহূম

| | | |
|---|---|---|
| ৬। মেম্বর | - | সরকারগী চীফ সেক্রেটরি |
| ৭। জোইন্ট সেক্রেটরি | - | মিনিষ্ট্রি ওফ হোম এফেয়র্স (নোর্থ ইষ্ট) |
| ৮। মেম্বর | - | দাইরেক্টর জেনরেল ওফ পুলিস, কংলৈপাক |
| ৯। মেম্বর | - | দাইরেক্টর জেনরেল ওফ আর্কিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়া |
| ১০। মেম্বরশিং | - | সরকারগী থবক তৌদবা লম অসিগী মী অনী। |

হৌজিক্তি কংলা লানবনবু আর্কীওলোজিকেল পার্ক অমা ওইনা শেমগৎপগী প্লান তৌশ্রে। মদুদা লুপা ক্রোর ১৫ রোম চঙগনি। প্লান অদুগী মরুওইবা থবকশিংদি—(১) মরুওইবা ইতিহাসকী নীংশিং-খুভমশিং অমদি মফমশিং হান্নগী মওঙদা শেমগৎপা, (২) অশেঙবা পুম্রিশিং/খোংশিং য়াওনা মরুওইবা লাইফমশিং শেমগৎপা, (৩) য়ুরোপকী খুৎশাদা শাবা মরুওইবা য়ুমশিং/বাংগ্লোশিংবু ওফিস অমদি ম্যুজিয়ম ওইনা অমুক হন্না শীজিন্নবা, (৪) অশেঙবা ওক্সিজেন পীনবা কংলাবু বাইও-দাইভর্সিটি সেন্টর ওহ্নোক্লবা উপালশিং থাবা, অখন্নবা হীদাক ওইবা য়াবা মনা-মশিং অমদি লৈবাকসিগী উপালশিং থাবা, (৫) ইম্ফালদা অচৌবা পার্ককী অশেঙবা লম লৈতবনা কংলা মনুংগী লন্মাঙবু পোখাফম ওইহনবা অমসুং (৬) কংলাবু ঙাক-শেন্নবা লাম্পী কাঙবু অমা থম্বনচিংবা।

চপ চাবা অমসুং মপুং ফাবা প্রোজেক্ট অমগী মখাদা কংলা লানবনবু শেমগৎনবা হায়না ব্যরেপ লৌশ্রে। মথক্কী প্লান (সিদিপি) অসি তাঙ্কক নাইবা থবক্তা ওহ্নোকপা হৌশ্রে।

পুলিস হাওজিং কোর্পোরেসন লিমিটেট, ইম্ফালগী খুত্থাংদা পায়খৎপা থবকশিং—(১) নূংজেং পুখ্রি তৌথোকপা অমদি সিড়িশিং শেম্বা, (২) পাখঙবগী লাইশঙ শাগৎপা, (৩) মনুং থাঙ্গপাৎ তৌবা, (৪) টোইলেট ব্লোকশিং শেম্বা, (৫) মনুং থাঙ্গপাৎ ঙাক্লবা চেকপল শাবা, (৬) কেক্রুপাৎকী লমদা য়োৎকী থোঙ্গাল পান্দুনা কম্পাওন্দ শম্বল খাবা, (৭) অশেঙবা

লাইশঙশিংবু লৈতেংগী শম্বল খাবা, (৮) মিনুংথোংদগী শঞ্জেনথোং ফাওবা য়োংকী উচ্চক য়ুংদুনা তিংখং তাবানা খাবা, (৯) চিংখৈ পৃথিবীগী সিড়ি শাবা, (১০) পাখঙবগী লাইশঙ অমসুং মাঙবকী অকোযবদা শম্বল খাবা, (১১) কংলা লানবন ঙাক্লবা থম্বা লাম্বীশিংগী হোজং শাবা অমসুং শম্বল খাবা অমসুং পাখঙবগী লাইশঙ ইলেক্ট্রিক থানবা।

ইন্দিয়া ইকোমোস, ন্যু দিল্লীগী মখাদা পাযখৎপা থবকশিং—(১) শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী মন্দিব শেমজিন শাজিনবা, (২) শ্রী বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দিববু কাযহন্দনা থম্বা, (৩) নিংথৌগী খাজিনবা লৈফমবু কায়হন্দনা থম্বা, (৪) ফীল্ড মার্শল স্লিমগী কোটেজ নৌনা শেমজিনবা, (৫) শ্রী শ্রী গোবিন্দজী মন্দিবগী বৈঠবপু নৌনা শেমজিনবা।

ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্টকী ইনভাইবনমেন্ট এন্দ ইকোলোজি ৱিংনা লৌখৎপা থবকশিং– (১) নাপী হৌবা লম্পাক অমদি লৈকোল শেমগৎপা, (২) হীদাক-লাংথক্কী পাম্বীশিং থাবা, (৩) কংলাবু ইকো-দিভেলপ তৌদুনা ফজহনবা।

হোর্টিকলচব অমদি সোইল কঞ্জার্বেশন দিপার্টমেন্টকী মখাদা লৌখৎপা থবকশিং– (১) স্লিমগী কোটিজ, কংলা ফোর্ট বোর্দকী ওফিস, ষ্টেট আর্কীওলোজি ওফিস অমসুং হান্নগী এ আবগী সি ওগী ওফিস, লৈকোল, নাপী হৌবা লম্পাক অমদি ফজবা মফম শেমগৎপা, (২) কংলাদা অতব গুলাপকী লৈকোল অমা শেমগৎপা অসিনচিংবা।

ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্টকী খুথাংদা পাযখৎপা থবকশিং—(১) মখল মথেলগী উপালশিং থাবা, (২) কংলাগী নাপী শেংদোকপা, মোংশোং কোকথোকপা, কংলাদা উ থাদুনা উমং শেমগৎপা, অসিনচিংবা।

আর্কীওলোজি দিপার্টমেন্টনা মশাগী ওইনা পাযখৎপগী থবকশিং—(১) কংলা শা অনী অমুক হন্না শাবা, (২) কংলা দোক্যুমেন্টশন, (৩) কংলাদা ম্যুজিয়ম শেমগৎপা (অহানবা অমসুং অনীশুবা তাঙ্কক), (৪) হিয়াং হিবেন শাবা (সবকাবনা সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টকী খমসোন খুলদগী পুবকপা উনিংথৌনা হিয়াং হিবেন অনী শাহনস্রে।)

সরকারনা য়াম্ভবা থবকশিং—(১) কংলা মনুংগী লম্বীশিং অমদি মরুওইবা ইতিহাসকী ওইবা মফমশিংদা লৈতেংগী থাউমৈ থানবা, (২) কংলা মনুংদা নালা চনবা, (৩) কংলা মনুংদা শাবা বৃটিশ মতমগী দাক বাংগ্লোশিংগী ফীভম অমুক হন্দ্রিলহনবা, (৪) কংলা লানবন মনুংগী লম্বী কোইলাস থাবা, (৫) কংলাগী মপান থাঙ্গপাৎ নৌনা শেমজিনবা, লৈরাইদা নূং চনশিনবা, (৬) হৌজিক শেম-শাবগী থবক চথরিবা পাখণ্ডবগী লাইশঙ অসি লোইশিনবা, (৭) কংলাদা লৈরিবা শ্রী শ্রী গোবিন্দজী মন্দির অমদি বৈঠবকী মমাঙদা ষ্টেজ অমদি মীয়াম্না নুংঙাইনা য়েংবা য়াবা মফম অমা শাবা (৮) কংলা মনুংদা ভিজিটরশিংগী গাড়ি থাফম শেম্বা অসিনচিংবা।

কংলা হায়বা শেংলবা মফম অসি লাইয়ামগী খোঙদাফাম্লি অমসুং শান্নফাম্লি। মফম অসি ঐখোয়গী শেংলবা লাইফমলেন্নি। মসি ঐখোয় ময়ামগী লন্নি। মসিবু নীংথিনা শেমগৎপা, চাওখৎহনবা অমসুং ঙাক-শেনবা হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্কী তঙাইফদবা থৌদাংনি।

# লাইনিংথৌ খল্লাংবা

লাইনিংথৌ খল্লাংবগী মমিং অমনা লৈনুং মুবী য়োংথিবা খুনুং তেক তেক থাংশাবা হায়বদুনি। লাইনিংথৌ অসিগী লাইবুং ককচিংদা লৈ। কংলৈপাক্কী অতোপ্পা মফম তবেংতসু ইবুংঙো মহাক্কী লাইবুংশিং লৈ। ইবুংঙো মহাক্কা ক্লাকৈথেল ময়ায় কোইবীগী তখেল লৈকাইদা মতম খবা লৈবম্মী। মহাক্কা য়োং থিবা চংপদা তেবাদা খুনফম শেমখি। মহাক্কা চথোক-চংশিন তৌবা লৈবক অদুবু খল্লাংবা লৈবক হায়না খঙনখি। মফম অদুদা হুইমু লৈমগী নাউয়োমনুংদগী মচানুপা অমা ফংখি। অদুগা মহাক্কী মমিংবু অমুদোন হায়না কৌখি। অমুদোন্না চহী অমা হেল্লকপা মতমদা লাইনিংথৌ খল্লাংবনা চীংলোন মাপল লান্দুনা চীংখোঙ চীংয়াদা য়োং থিখি অদুগা মমৈথংদা জিরিদা য়োং থিবখি।

মতম অদুদা মীতৈ লৈবাক্কী অৱাং-নোংচুপতা খোংনাং লৈবাক হায়বদু লৈবম্মী। কংলৈ লৈবাক্তুনা মৈদিংঙু খুই তোম্পোক্লা পানবা মতমনি। মতম অদুদা খোংনাং ময়াং লৈবাক্তা লান কয়া থোকখি। তখেল খোংনাং লৈবাক্কী লমখৈ ময়াদা য়েক্লবগী লাম্মী পৈদুনা লৈখ্রে খঙবদগী খোংনাং নিংথৌনা লানহৈবা চীংঙু খল্লাংববু লান নেক্লুগে হায়দুনা মীতৈ লৈবাক্তা মনাইশিংগা লোয়ননা লাকখি। মদুদা লাইনিংথৌ খল্লাংবদি জিরিদা থেংনখি। খোংনাং নিংথৌনা লাপ্পা মীতৈ লৈবাক তান্না চংকদবদা ইনক-নক্লা জিরিদা উনদুনা লান

নেকপগী ব্রারোল পুম্নমক ঙাঙনদুনা য়ানখি। অদুদগীদি মখোয়না থোংনাং লৈবাক তান্না লাকখি। থোংনাং নিংথৌগী মচিন-মনাও খূৎকন-পাঙ্গলম্মী, অদুবু মচানুপা অমতা পোকখিদে। মচানুপী শিজ কালিকা মদোম পোকখি। শিজ কালিকানা মপাগী মহুৎ শিন্নীংবগী খ্রাখল পোক্লমখি। মবম অদুনা নুপী মহাক্না শগোল তোংবা অমসুং লাম্থেংনবা তমশিনখি। মরম অদুদগী লাইনিংথৌ খম্লাংবনা লান চৎপদা শিজ কালিকাসু শাফি-লানফি শেত্তুনা শগোল তোংলগা ইবুংঙো মহাক্কী মথংখনবী ওইনা তুংইনখি। লাইনিংথৌ খম্লাংবনা খিক্লোই-লাংদোন হাবুংবু শগোল তোংলগা চোংবদা শিজ কালিকাসু হাবুং অদু চোংখি। মবম অদুদগী শিজ কালিকাবু খিক্লোই-লাংদোন চোংবী হায়না খঙনখি।

থা মঙা-তরুক লান শোক্লরগা থোংনাং নিংথৌ মায়পাকখি। য়োৎনিংথৌ নৎত্রগা লাইনিংথৌ খম্লাংবনা জিবিদা লৈরিঙৈদা মহাক লান পাংবা চৎলে হায়দুনা মহাক্কী লোয়নবী শুইমু লৈমদা হায়্না পাউ পীখিরম্মী। লাইনিংথৌ খম্লাংবগী লাম্দা হৈশিংবা মতৌদু উববদা থোংনাং নিংথৌনা য়াম্না পেনখি। মহাক্না লাইনিংথৌ খম্লাংবদা অসুম্না হায়রকখি, “হৌজিক্তি লান ঙম্লে, য়াম্না নুংঙাইবে। নহাক হৌজিক মীতৈ লৈবাক্তা হল্লগনু, ইচানুপী অসি মনা ওইনা লৌবো, নহাক্না ইহুৎ শিন্দুনা ঐগী লৈবাক অসি ঙাক্তুনা থোংনাং নিংথৌ ওইবো।” য়োৎনিংথৌ খম্লাংবনা খুম্লকখি, “নিংথৌ ইবুংঙো! ঐহাক্কী কংলৈপাক থাদোকপা য়াদে। কংলৈপাক্কী খা-মৈরম ঙাকপগী থৌদাং পুজবিবনি। মতম খব মফম অসিদা পোত্থারগা হঞ্জখিগে।”

কালিকাবু মনা ওইনা লৌরো হায়দুনা থোংনাং নিংথৌনা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা মচানুপীবু অওং-অউন তম্নগা থাজ্জখি। সনা হয়াই চীংদা মখোয় অনীগী ময়ুম নীংথিনা শাদুনা লৈখি। মতম অদু কংলৈপাক্তা মৈদিংঙু তাউনিংমাংনা পানবা মতমদনি। মদুগী চহী ২৩০গী মমাঙদা নোংদা লাইরেল পাখঙবদা পাউতাক পীবিখিবা লাইনিংথৌ খম্লাংবনি। মতম অদুগী চীংঙু খোইমুম লাইশিংদি চহীগী ব্রা লৈরমখিদে, নহাদা নহা ওইদুনতা লৈরম্মী। মরম অদুদগী লাইনিংথৌ খম্লাংবনা চহী ২০গী মথোৎ কারকপী শিজ কালিকাবু মহাক্কী নুপী

ওইনা লৌখিবনি।

নোংমদি মীতৈ লৈবাক্তা মচানুপা অমুদোনগা মমান্নবশিংগা শান্নবদা খৎনরকখি। মমান্নবশিং অদুনা মঙোন্দা হায়রকখি "নঙদি নপা লৈতবনি, ঐখোয়গীদি ইপাশিং লৈ, মপা লৈতবা মীদি শান্নবা য়াওহল্লোই।" অদুম্না হায়রগা অমুদোনবু মমান্নবশিংনা তাম্থোকপীরকখি। অমুদোন্না ময়ুমদা লাক্লগা মমাদা কপ্পি কপ্পি তৌরগা মহাক্কী মপা লৈব্রা হংলকখি। মদুদা মমানা খুম্লকখি, "ইমাগী ইবুংঙো! নহাকপু পোকপা পম্থৌ লৈ। নঙগী পম্থৌদি অচম্বা মী নত্তে, চীংঙু খম্নাংবা লাইনিংথৌ হায়বদু নহাকপু পোকপা পম্থৌনি। থোংনাং নিংথৌনা লান নেক্তুনা থোংনাং লৈবাক্তা লান পাংবা চৎখি। নহাক্কী পম্থৌ শোয়দনা লাক্কনি।"

অমুদোন্না মমাদা অমুক হায়রকখি, "লান লোইখিবা চহী অনী শুরবা ফাওবদা পম্থৌদি হল্লক্লে, লান্দা শোয়দনা শিরম্লগনি। পম্থৌনা শিরমদবা ওইরবদি মচা লৈহৌরি হায়দুনা নহান্না লাক্লগদবনি।" মমানা খুম্লকখি, "ইমাগী ইবুংঙো! নঙগী পম্থৌদি শিবা নাইদবা লাইনি, থোংনাং লান্দা শিরোই। মতম খর লৈবগা মীতৈ লৈবাক অসিদা শোয়দনা লাক্কনি।" অমুদোন্না অমুক মমাদা হায়রকখি, "ইমা! থোংনাং হায়বা লমদু কদোমদা লৈবগে? ইমা-ইচা চত্তুনা কৌকসি। ঐহাক পম্থৌগী শক য়াম্না উনীংই। পম্থৌগী খোঙ্কুল লীরুসি।" মমানা মচানুপা অমুদোন অদু অঙাং ওইরবসু চীংঙু লাইগী মচা লাইনি হায়বা খঙই, অদুবু থৈদোক্লগা হায়রকখি, "ইমাগী ইবুংঙো! থোংনাং লৈবাক হায়বদুদি চীংলোন মাপম্না কোয়শিনবা কংলৈপাক অসিগী ম্রাংমদা নোংচুপ পাংনা লৈবনি। ইচাদি খোঙনা লৈকাই লান্না চৎপসু ঙমদ্রিবনিদো! নমানা নঙবু পোরগা চীংজাউশিংবু অমুক কা অমুক কুম তৌবা ঙল্লোই। মদুগী মথক্তসু লোক, তুরেল কয়া লৈরমগনি।" মমাগী ব্রাহৈশিং অদুবু থৈদোক্তুনা অমুদোন্না হায়রকখি, "ইমা! ঐহাকপু নঙ্গলদা নহোং অমনা তাদনবা কাদ-ফাজিল্লু, ইমানা ঐবু পুই হায়বা খঙহল্লোই, চুম্নগী ফি অমা য়াওবগুম্বদা ওইহনগে। পম্থৌ থিরুসি।"

মচানা য়ারোইদবা মতৌ অদু উরগা অমুদোন মমা-মচাদু অফবা নুমিৎ য়েংদুনা থোংনাং লৈবাক্তা খোঙশাল্লকখি। মচানুপা পোবগী অরূম্বা শরুক অমতা

য়াওখিদে। অসুম্না মমা-মচানা চীং অমুক কা অমুক কুম তৌদুনা চংলবা মতুংদা থাই তুরেল খোঙবান য়ৌরকখি। হৌখিবা অহিংদা নোং তাখিবগী তুরেল অদু ঈশিং হেনগংলম্মী। মমানা অমুদোন য়াওনা তুরেল অদু লানবা ঙম্নরোই হায়রকপদা অমুদোম্না হায়রকখি, "ইমা! লাক্কনি হায়না লাক্লগা তুরেল লানবা ঙমদদুনা হৃনবা তারবদি ঈকাইজে। ইমা নদোম তুরেল অসি লাস্থোকপীখো, ইমানা ঈব্রাংমদা থুংশ্রবা মতমদা নচানা তুরেল অসি লান্না চোংলক্কে।"

মমাদি তুরেল লানখিরম্মী। চহী মরি/মঙাগী অঙাং অদুনা অচৌবা ঈপাক অদু লান্না চোংগদৌরিবনি। অমুদোম্না "পম্থৌ অপোকপা! নচাদি করিসু খঙজদ্রিবা অঙাংনি। ইপাগী নাক্তা য়ৌনীংদুনা নচানা খোঙ্গুল লীবা লাকচবনি। তুরেল অসিনা অপনবা পীরে। ইপাগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্নবা তুরেল অসি চোংবা ঙমহনবীয়ু" হায়রগা তুরেল অদু চোংলকখি। মপাবুং লাইনিংথৌ খন্নাংবনা কুবীদুনা অমুদোন তুরেল চোংদুনা মমাগী নাক্তা থুংখি। মমা-মচা হরাওমিন্নখি।

মমা-মচা ঙাইহাক পোথারগা থোংনাং লৈবাক য়ৌনবা লাকখি। নোংমা নুমিদাংবাইবমগী মতমদা মখোয়না থোংনাং লৈবাক য়ৌখি। লাইনিংথৌ খন্নাংবগী লুচিংমখাদা লৈবা লাম্মী মকোক ওইবা অব্রাং পনঙাকপগী য়ুমদা মমা-মচা চঙজখি। মখোয় অনীবু খন্নাংবগী লোয়নবীনি অমসুং মচানুপানি খঙলবা মতুংদা অব্রাং-পনঙাকপনা থোইনা লুনা তৌজখি। থোংনাংলোমদদি লাইনিংথৌ খন্নাংবনা নুপী লৈত্রিবনি হায়দুনা শিজ কালিকাবু লৌখিবনি। মদুগী ব্রারী অদু খন্নাংবনা হান্ননা অব্রাং পনঙাকপদা লীপ্রবনি। মরম অদুনা অব্রাং-পনঙাকপনা মমা-মচাবু য়াম্না চান্না থমখি। অব্রাং পনঙাকপনা হায়রকখি, "লাইনিংথৌ খন্নাংবদি থোংনাং লানগী থৌবুরেলনি। ঐহাক্না ইবুংঙো মহাক্কী লাম্মীনি। ঙসি অহিং অসি নুংঙাইনা পোথারিরো, হয়েং নোংঙালবগা ঐহাক্না খন্নাংববু মফম অসিদা কৌরক্কে।" মমা-মচা নুংঙাইনা পোথাদুনা লৈজখি।

নোংঙাল্লগা অব্রাং-পনঙাকপনা শগোল তোংদুনা লাইনিংথৌ খন্নাংবা উনবা চংখি। লাইনিংথৌ খন্নাংবগী য়ুম য়ৌবগা মহাক্না হায়জবকখি, "লাইনিংথৌ ইবুংঙো! ঙরাং নুমিদাংব্রাইদা নুপী মমা-মচা ঐগীদা থুংলখি। নুপী

অদুগী মমিংদি হুইমু লৈমা কৌই হায়, মচানুপা অদুনা অমুদোন কৌই হায়। মতম অমদা লাইনিংথৌনা ঐঙোন্দা নীংশিংবিখিবদু মাল্লি। মরম অদুনা ঐনা মমা মচা অদুবু পুবক্লগা অকায়বা ওইগদ্রা খন্দুনা পুজবক্তে। লাইনিংথৌগা উনদুনা ৱাবী শাবা পামহৌই।" মহাক্কী ৱাফম অদু তাবদা লাইনিংথৌনা মহাকপু যাম্না থাগৎখি।

ৱাফম অদু কালিকানা খঙখ্রবদি শোয়দনা ৱাথোক অমা ওইৱগনি হায়না লাইনিংথৌ খল্লাংবনা খনখি। মবম অদুনা মহাক্না কালিকাগী মনাক্তা চঙলগা অসুম্না হায়বমখি, "ঐহাক কংলৈপাক থোক্তবা কুইবে। ঐনা কংলৈ থোক্তবা কুইবে। ঐনা কংলৈ থোক্লিঙৈদা থোংনাং লমখৈসি কোযনা চত্তুনা অমুক্তা য়েংলমগে। চাক ঙল্লু।" শিজ কালিকানা চাক ঙন্না থোংজখি। চাক চাববা মতুংদা লাইনিংথৌনা শগোল তোংলগা থোংনাং লমখৈ য়েংখি অদুগা অবোইবদা অৱাং পনঙাকপগী য়ুমদা থুংখি। মমানা তাকপীবগী মতুংইন্না অমুদোননা মপাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মপাগী তম্পাক্তা ফমজখি। অমুদোননা হায়জবকখি, "ইপা ইবুংঙো' মীতৈ লৈবাক্তা লাইগা মীগা তোবোৎ-খদানদুনা লৈবদা মীনা মশীং য়াম্বনা মীনা লাইবু লাকচবক্তে। ঐবু ইপা লৈতে হায়দুনা শান্নবা যাওহনখিদ্রে। ইপা নঙনা লৈবম্লবদি মীনা লাকচবম্লোইদবনি। মবম অমদুনা নচানা ইপাগী খোঙ্গুল লীবকপনি।" মপানা মচাবু চেজেৎ কোঞখি। লাইনিংথৌনা অহীং অমা মমা মচাদুগা লোয়নননা পোথাখি। শিজ কালিকানা মদুদা চিংনদুনা শগোল তোংলগা লাইনিংথৌবু থিবকখি। লাইনিংথৌনা মচানুপা পমদুনা ৱাবী শানরিঙৈদা শিজ কালিকানা চঙলকপা উবদা লাইনিংথৌনা ৱা থোক্লগনি হায়না খনখি। লাইনিংথৌ নুং অনীগী মবক্তা হা ওইখি।

তালোয় অনীগী মমাঙদা মীনম্বা ৱা ঙাঙবা য়াবোইদৌরি। লাইনিংথৌনা হায়বকখি, "ইবেম্মা কালিকা' ঐহাক হৌজিক শেংনা হায়বগে। ইনাক্তা ফল্লিবী নুপী অসি মীতৈ লৈবাক্কী মঙাং নিংথৌগী মচানুপী হুইমু লৈমা হায়বদুনি। ঐহাক্কী নুপীনি অদুগা অঙাং অসিনা ঐখোয় অনীনা পোকপা ইচানুপানি।" শিজ কালিকানা শাউনা হায়বকখি, "মাঙলমচত্তা ইবুংঙোগী নুপী (তালোয়) লৈতে

হায়না তাকপীখিবনি, হৌজিকমক য়ূম য়ৌরগা অশেঙবা অমা ঙাঙনসি লাকও।" মদু হায়রগা কালিকানা ইবুংঙোগী শয়েং পায়দুনা চিংখি। মদুদা লাইনিংথৌনা অসুম্না হায়রকখি, "ফরে, ঐ লাক্লগে, মীগী মমাঙদা ফজদে, নহাক্না হান্না চৎলম্মু। ঐহাক থুনা লাক্লগে।" লাইনিংথৌনা অমুদোন মমা-মচা শাউদনবা থেমখি। অদ্রাং পনঙাকপদা ব্রাফম কয়া শিন্নরল্লগা লাইনিংথৌ চৎখি।

লাইনিংথৌনা শিজ কালিকাবু থেন্বা য়াবমখৈ থেন্নম্মী অদুগা মমৈথংদা মচেম ইবেম্মা হুইমু লৈমবু কংলৈপাক্তা থাদোকখিনবা খন্নখি। মীতৈ লৈবাক্তদি ফংদবা থোংনাং লৈবাক্তদি ফংবা পোং ময়াম লৈহল্লগা নুমিৎ অফবা অমা য়েংদুনা মনাই-মশল কয়া অমা য়াওনা হুইমু লৈমা মীতৈ লৈবাক্তা থোকহনখি। মখোয়না মীতৈ লৈবাক্তা য়ৌথ্রবা মতুংদা লাইনিংথৌ অমসুং শিজ কালিকা অনীসু মীতৈ লৈবাক্তা থোক্লবা খন্নখি। ব্রাফম অদু থোংনাং নিংথৌদা খঙহনখি। মদুদা থোংনাং নিংথৌনা অসুম্না হায়বকখি, "মতম শাংনা লৈমিন্নসি হায়বনি, অদুবু নথৌ য়াম্বনিনা য়াখিদ্রে। মবম অদুনা ঐগী লৈবাক্তগী পুনীংবা কয়া পুজখো অদুগা লোয়ননীংবা মী কয়াসু লোয়নখো।"

নুমিৎ অফবা অমদা লাইনিংথৌ খল্লাংবা অমসুং শিজ কালিকা অনীনা মীওই কয়াগা লোয়ননা মীতৈ লৈবাক্তা লাকখি। মখোয়না উরিপোক্তা খুন্দাখি। মতম অদুদা কালিকানা মবুংঙোদা অসুম্না হায়জখি, "ঐদি ইচেম ইবেম্মগা য়ূম অমতদা পূন্না লৈমিন্নবা ঙমজরোই।" মদুগী মতুংইন্না হুইমু লৈমবুনা মচানুপা অমুদোনগা লোয়ননা তাকয়েন তেরাদা অদুম লৈহনখি। মতম খবগী মতুংদা থোংনাং ময়াং লৈবাক্তগী কোদৌ কৌবা নুপা অমনা মীওই তবামবিগা লোয়ননা লাক্লগা উরিপোক্তা খুন্দাবা য়াওখি। মখোয় অদুদি—(১) হরি নরায়ন, (২) মিশাতাও, (৩) ঙাইখোম্বা, (৪) রাস নরায়ন, (৫) হৃষি, (৬) তায়ম, (৭) হরিনরান, (৮) তাইপুবা, (৯) কাটিপুবা, (১০) দেবানন্দ, (১১) তবা, (১৩) অখুঞ্জাও অমসুং (১৪) ময়াং ঈরুল্লা। মখোয় তবামরিমক পাখঙ ঙাক্তা ওইরম্মী। হরিনরায়ন্না শৌগায়জম নিংঙোল লৌদুনা শগোলশেম ওইখি। মিশাতাওনা সোইবম নিংঙোল লৌদুনা ঙাইথেম ওইখি। ঙাইখোম্বনা তোংব্রম

নিংঙোল লৌদুনা পেবম ওইখি। রাম নরায়ন্না খুমহেম নিংঙোল লৌদুনা ব্রাঙুদা সগোলশেম ওইখি। হরিনা সোইবম নিংঙোল লৌদুনা ব্রাঙুদা তাখি। তাইপুবনা মাইন্নাম শাগেদা তিনখি। কার্টিপুবনা ওইনামদা য়েন্দুশংবম ওইখি। অখুঞ্জাওনা সঞ্জেনবম ওইখি। ময়াং ঈরুপ্পনা কৈসামদা চঙখি। তায়মনা তোংব্রম নিংঙোল পান্নদুনা খুরাইদা সনাখোনবম ওইখি। ময়াম অদুবু লুচিংলকপা কৌদৌনা সোগাইজম ওইদুনা খুমন য়েক ওইখি।

লাইনিংথৌনা লুচিংদুনা উরিপোক্তা খুনফম শেম্বা অদুদা মীয়াম লাক্লগা মপৃং ফাহনখি। মফম অদুদা য়োংশুং-য়োংশা তম্বীদুনা চহী কয়ামুক লৈরম্মী। মরক মবক্তা লাইনিংথৌনা তাকয়েন তেরাদা চত্তুনা হুইমু লৈমা অমসুং মচানুপা অমুদোনগী মনাক্তা অহীং লেক্লম্মী। মদুদা শিজ কালিকানা য়াম্মা শাউখি। উরিপোক্তা তেবাগা নক্লবনিনা হেক হেক চৎলম্মী। মরম অদুদগী শিজ কালিকানা উরিপোক্কগী লম লাপ্পা নোংপোক্লোমদা খুন্দারুনবা লাইনিংথৌগী মফমদা হায়জবকখি। উরিপোক খুনফমদা য়োৎ ফংদ্রবদা লাইনিংথৌসু য়োৎ ফংবা মফমদা খুন্দাবা পামখি। লাইনিংথৌনা ময়াম্বু লমজিংদুনা শিজ কালিকা য়াওনা নোংপোক পাংনা চৎখি। ময়াম অদুনা কোক্তা মপোৎ থোংগত্তুনা নোংপোক পাংনা মরী মরী চৎপা অদুবু উরগা ককচেংনা মরূম পুরগা চৎপগুম্মী হায়না কংলৈচাশিংনা হায়নৈ। মদুদগী ককচিং কৌখিবনি হায়নবসু য়াওরি।

মখোয়না অসুম অসুম লাক্লগা থৌবাল চোংচীংদা থুংলখি অদুগা মফম অদুদা খুন্দাদুনা লৈখি। লাইনিংথৌনা চহী কয়ামুক থৌবালদা লৈরল্লগা থিঙ্গুরাবা, ব্রাশোকপা অমসুং শমলোইবা অহুমদা পুম্নমক শিন্নরম্মী অদুগা খা পাংনা খুল হোংলকখি। মখোয়না হৈবোক্তা মতম খরা লৈরম্মী। অদুগা অমুক লৈমঙাই চীংজিন্দা মতম খরমুক লৈরমখি। লৈমঙাই চীংজিন্দগী নোংচুপ পাংনা সেকমাই তুরেল মরিনগী নোংচুপ্তা চীং মচা অমা লৈরম্মী। ইবুংঙো ইবেম্মনা চীং মচা অদুগী মতোন্দা কাখৎলগা কেৎন-ঙাম্ননা শান্নে হায়দুনা চীং মচা অদুবু কেৎনচীং হায়না কৌখি। অদুদগী লোল থৈথরক্তুনা কেরচীং হায়না কৌখি। মফম চারে হায়দুনা কেরচীংদা খুনফম শেমদুনা লাইনিংথৌনা পানখি।

হুইমু লৈমনা লাইনিংথৌগী খোঙ্গুল লীরকখি। মনাও ইবেম্মা কালিকাগা খৎ-চৈনবা থোকহন্নীংদবদগী মহাক্ত ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চত্তনা থৌবালগী খুনফমদা লাক্কুনা লৈজখি। লাইনিংথৌনা থৌবাল খুনফমদা লাক্কুনা হুইমু লৈমগা উনদুনা মচানুপা অমসু পোক্লবা নুমিৎ মঙানি লৈথখি। মবুংঙো লাইনিংথৌনা নুমিৎ মঙানি হল্লকখিদবা অদুদা মবেম্মা কালিকানা কেরচীংদগী থৌবাল খুনফমদা লাকখি। লাইনিংথৌনা অতোপ্পা যুম অমদা হুইমু লৈমবু মনাক্তা থমদুনা নুংশি শৈশক্লদুনা লৈরিঙৈদা শিজ ইবেম্মা কালিকানা থেংনরুখি। মদুদা মহাক্তা য়াম্না শাউদুনা থুনা য়াংনা চৎলগা কেরচীং য়ৌখি। হন্দক্তি শোয়দনা কায়নরগে হায়দুনা কালিকানা খনখি। লাইনিংথৌসু শোয়দনা যুম কায়নবা তারে হায়দুনা কেরচীংদা লাকখি। লাইনিংথৌনা কেরচীং য়ৌরকপদা শিজ ইবেম্মা কালিকাদি পোৎয়োম পুদুনা থোরকপা থেংনখি। লাইনিংথৌনা হন্না হন্না খামজবদা কালিকানা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। অদুবু য়োৎনিংথৌ খল্লাংবনা নুংশিবা ব্রাহে শীজিন্নদুনা মহাকপু থেমজখি। মবুংঙোগী নুংশিবা ব্রাহেশিং অদু তাবদা কালিকানা মবুক পেত্থরক্কুনা লাইনিংথৌগী তুং-ইল্লগা কেরচীংদা হঞ্জিনলকখি। মদুদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হঞ্জিন্নরে হায়দুনা শৈথারগা শৈশক্লখি। মদুগী মতৌ তমদুনা ককচিং খুনফমদা হরাওবদা ঈশৈ অদু শক্লে।

লাইনিংথৌগা কালিকাগা কেরচীংদা হঞ্জিল্লক্লবা মতুংদা লাইনিংথৌনা মরোই-মনাও কয়ামুক্তা য়োৎশুবা অমসুং শাবা তম্বীখি। কেরচীংগী অরাংদা ঈরুম নিংথৌগী লম লৈরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী লমদি য়াম্না পাক-চাউরম্মী। ককচিং খুল, খোইদুম পুমলেন, খরুংপাৎ, লৌশিনা লৈরিবা লমশিং অসি ঈরুম নিংথৌগী ওইরম্মী। নোংমা ঈরুম নিংথৌনা লম য়েংবা থোরকখিবদা মোইরাং থাংজিংগী লোয়নবী অয়াং লৈমা পাম্থোইবীসু লম য়েংবা কোয়থোরকখি। মখোয় অনী থেংনদুনা নুংশি-ব্রারী শানখি। মখোয় অনীগী মতৌ অদুবু থাংজিং চীংজাউদা লৈবা মোইরাং থাংজিংনা উরম্মী। মরম অদুনা থাংজিং লাইনা ঈরুম নিংথৌ হাৎলগে হায়দুনা থাঙলেন পায়রগা লাকখি।

থাংজিং লাইনা থাঙলেন পায়দুনা লাকখিবদু উবদা ঈরুম নিংথৌনা

মহাকপু কনবীয়ু হায়দুনা খোইয়ুম লাই অয়াম্বদা চগুজখি। অদুবু লাই অমতনা মহাকপু কনবা ঙমই হায়না হায়বীরকখিদ্রে। অরোইবদা মহাক্না লুৱাং গুরুগী মফমদা চগুজখি। লুৱাং গুরুনা মহাক্নদি কনবা ঙম্লোই লাইনিংথৌ খম্লাংবগী মফমদা চগুজববদি ত্থিংবা ঙমগনি হায়না তাকপীখি। লুৱাং গুরুনা মখা তানা হায়বকখি, "নহাক্কী নচেম ইবেম্মা হুইমু লৈমসু লাইনিংথৌ খম্লাংবগী নুপী ওইবনি। মবী য়াম্না নক্নবনিনা মহাক্না নহাকপু শোয়দনা কনবীগনি। মরম অদুনা নহাক মহাক্কী মফমদা চগুজৌ।" অদুদগীদি ঈরুম নিংথৌনা মবাই লাইনিংথৌ খম্লাংবগী মনাক্তা চৎলগা হায়জবকখি, "ইবাই ইবুংঙো! ঐবু থাংজিং লাইনা হাৎকে হায়না তান্নবক্নে। লাইশিংদা হায়জরুবদসু ঐবু কনবা ঙম্লোই হায়বীবক্নে। ইবাই ইবুংঙোনা ঐগী থৱায়সিদদি কনবীয়ু।" ঈকম নিংথৌগী ৱাবীশিং তারগা লাইনিংথৌ খম্লাংবনা মহাকপু ইমুংদা চগুদুনা লৈহনখি। মতম অদুমক্তদা থাংজিং লাইনা থাগুলেন পায়রগা য়াম্না শাউনা লাকখি।

থাংজিং লাইনা লাইনিংথৌ খম্লাংবদা হায়জবকখি, "লাইনিংথৌগীদা ঈকম নিংথৌ লৈবে হায়বা খগুজবে।মবম অদুনা মহাকপু ঐঙোন্দা পীবিয়ু।" লাইনিংথৌ খম্লাংবনা হায়বকখি, "অমুক্তা শাউবীখিনু। ঐখোয় চীংগু লাইয়াম অসি মতীক চাবে হায়দুনা লৈববনি। ঐখোয়না মফম অসিদা মীগা লাইগা পুন্না লৈমিন্নবকই। হৌজিক্তি মীনা মশীং হেনগৎলক্কুনা লাইবু থৌওইবিবক্কুবা মতমনি। ঐখোয় লাই মশেল হাৎনববদি তাইবঙ মীনা করি খনখিগনি? থৌদোক অদু নহাক্না নুপী থাদোকপদগী থোকখিবনি হায়না তাইবঙ মীশিংনা ঙাঙনখিনি। ঐখোয়গী মায় থম্ফম লৈরক্লোই। কিদুনা চেল্লবা ঈরুম নিংথৌবু তান্নৈ অদুগা হাৎলি হায়বসিসু নহাক্কী মিংচৎ থীনঙাইনি। অশাউবা ফাথরো। ঈকম নিংথৌ অসি ঐনা কনবীগে হায়স্রে। নুপীদি থাজবা য়াবা নত্তে।" লাইনিংথৌ খম্লাংবনা মহাক্কী অশাউবগী মৈ অদু মুথৎলবা মতুংদা থাংজিং লাইনা মযুম য়ৌনা চৎখি।

থাংজিংনা ময়ুমদা হনখ্রবদা ঈরুম নিংথৌনা ইমুংদগী মপান্দা থোরকখি অদুগা লাইনিংথৌ খম্লাংবদা মহাক্কী মথৱায় কনবীবগীদমক্তা খুরুমজখি। মহাক্না

মবাই লাইনিংথৌ খম্লাংবদা থম্মোয় শেংনা হায়জরকখি, "ইবাই ইবুংঙো! ঐগী চাউখ্রবা হৈরেম খুঞ্জাউ অসি ঙসিদগী ইবাই ইবুংঙোদা কখোকচরে, ইবাই ইবুংঙোগী ওইবীরো।" মরম অদুদগীনি ঈরুম নিংথৌগী লমবু লাইনিংথৌ খম্লাংবগীনি হায়নরিবসে।

লাইনিংথৌনা কেরচীংগী খুনফমদা চহী কয়া লৈরমখিবা মতম অদুদা লাইগী লাল্লুপ কানরম্মী। লাইগা মীগা লাল্লূপ কাবা পূল্লম্বদগী তোঙান-তোঙান কানবা হৌখি। মসিগী হৌরকফমদি চীংউ থাংই খোজোম্বগী লোয়নবী লাইবৈমা য়াওরৈবীবু কংলৈ নিংথৌ নাওখম্বনা মুন্দুনা লৌখি। মৈদিংঙু লোয়ুম্বগী হাক্তক্তা লাই ময়াম লাল্লূপ কাবা মতমদা কংলৈ লৈবাকসি মীনা খূদম চনখি। মদুদা লাইয়াম পূন্না থূপ্লসি হায়নদুনা লাইনিংথৌ খম্লাংবসু য়াওনা থূপখিবা অসি মৈদিংঙু লোয়ুম্বগী হাক্তক্তনি। লাইনিংথৌ খম্লাংবনা থূপখিবা অদু কালেনগী হূমনি পানবদা ওইখিবনা ককচিংগী ইবুধৌ খম্লাংবা হরাওবা হৌবসু কালেনগী হূমনি পানবদা ওইখি।

# চীংমী-তম্মীগী সভ্যতা

কংলৈপাক্কী চীংমী-তম্মীগী অপূনবা সভ্যতা অমা মতম কুইনদগী লৈরক্লিবা অসি ঐখোয়গী ইতিহাসনা শাক্কীনি। চীংদা ফংদবা পোৎশিংবু চীংমীশিংনা তম্পাক্তা কুন্নক্লগা লৈ অদুগা তমদা ফংদবা পোৎ কয়াসু তম্পাক্তা পুথরকই। চীংমীশিংনা খূৎনা শাবা ফজ-ফজরবা ফিশিং অমদি অতোপ-অতোপ্পা লৈতেং ওইনা শীজিন্নবা য়াবা পোৎশিংবুসু তম্মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৌনৈ। চীং অমসুং তমগী মরক্তা লৈনরকপা মরী অসি হাইদোক্লবা য়াদনা হৌজিক ফাওবা লৈবক্লি অদুগা ঐখোয়গী অপূনবা সভ্যতাদা চীংগী থৌদাং য়াম্না চাউই।

চীংমীগা তম্মীগা হৌবকফম তিন্নে, অমতনি, মচিন্মনাওনি হায়বা অসিমদি চুন্নে। পূয়ানা শাক্কীনি। লৈফম অমসুং শাজৎ খেন্নখিবগী মতুংইন্না মপাঙ্গোংদা চীংমী-তম্মী হায়দুনা খায়খিবগী বাদনি। বৃটিশ ওফিসারশিংনসু মীতৈশিং অসি চীংমীশিংদগী হৌখিবনি হায়না মোত পী।

অঙোমগী য়ারী নৈনরকপদা খুম্বোকপা পুরৈরোম্বা হায়বদু তাংখুলদগী লাকখিবনি হায়রি। চীংদগী লাকপা চীংমী কয়ামুক নিংথৌজাদা তিনখিবগী মরম নোংগ্রং পুরাণ হায়বা অদুদা য়াওই। চীংমী অমসুং তম্মী অনী অসি মচিন্মনাও ওইবা মরম্না ঐখোয়গী জগোই অমসুং ঈশৈদা মান্ন-মান্নবা য়াম্না য়াওই। চীংমী অমসুং তম্মীনা জগোই-ঈশৈ মখল মখল পুথোকমিন্নরমগনি, অদুগা অমনা

অমদগী লৌনরমগনি। ঐখোয়গী জগোই অমসুং ঈশৈনা ঐখোয় চীংমী তম্মীবু মালেমদা শক তাক্লি। তাংখুলগী খূবাক ঈশৈগা মীতৈগীগা য়াম্না মান্নে। কবুইগী জগোই কংলৈ জগোইগী মরুওইবা মচল অমনি। খূনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক অমদি জগোইগী শাথেক-খূথেক চীংগীগা য়াম্না মান্নে। জগোই-ঈশৈদা শীজিন্নরিবা পূং, শেনবুং, পেনাগী মওঙ-মতৌ অমদি ইরাই-ইনিলদসু মান্ন-মান্নবা য়াম্না য়াওরি। কংলৈপাক্কী অচৌ-অচৌবা কুম্মোশিংদা চীংমী-তম্মীগী জগোই-ঈশৈগী থৌরমশিং পূন্না পূন্না পাঙথোকমিন্নে। মীতৈনসু চীংমীনসু অমনা অমগী মতৌ তমনদুনা জগোইসু শানৈ। মসিনা চীংমী-তম্মী অনীগী অপূনবা সভ্যতা অদু তাকই। ঐখোয়গী সমাজদা অমসুং সভ্যতাদা চীং অমসুং তমগী লৌথোক-লৌশিন তৌনবা, মতেং পাংনবা অমদি পূন্না থৌরমশিং পাঙথোকমিন্নবনা মরম ওইরগা লৈবাক অসিনা ইন্দিয়াগী মপূং ফাবা স্টেট অমা ওইবা ঙমখিবনি।

ঐখোয়গী সভ্যতাগী শরুক কয়াদা চীং অমসুং তমগী মীশিংনা লৌথোক লৌশিন তৌনবা ঙাক্তনি। চীং অমসুং তমগী লৈশাবীশিংনা সাই ককপা অমদি ফনেক খোইখা শেৎপা, অদুগা মৌশিংনা সাই খোমগৎপা অমদি ফনেক্লা ফিদোল চিংখৎপা চৎনরম্মী। হৌজিকসু ফিজেৎতা চীংমীগা মীতৈগা থোইনা খেন্নদে।

চীং-তমগী মশান্না কয়াগী মনুংদা মূক্লা, মূক্লা-কাঙজৈ, শগোল-কাঙজৈ, খোঙ-কাংজৈ, শাজান্নচিংবা লৈ। ঐখোয়গী শগোল-কাঙজৈদি মালেমদা মমিং চৎখ্রে। ঐখোয়গী শরীৎ-শরাৎ, থাঙ-তানচিংবসু মমিং লৈরক্লি। মাওগী মীশিংনা কাং অমসুং কাংখিন শান্নবগা মীতৈশিংনা শান্নবগা ইখেন-খেন্নদে। তাংখুলগী থৌরী চিংনবগা মীতৈগীগা খরমখে মান্নে। তা-খৌছারোন্দা চীং অমসুং তমগী ওইনা মখল-মখল লৈ। অদুবু চীংমীগী তা-মখৌছা অদুবু মীতৈশিংনা তম্মি।

চীংমীনা ঙাঙনবা লোলশিংগা মীতৈলোলগা য়াম্না নকশিন্ননা মরী লৈনৈ। মান্ন-মান্নবা ৱাহৈশিং য়াওই। হৌজিক হৌজিক ঙাঙনরিবা মীতৈলোল অসিদগী লোঞ্জন অমসুং লোহৈশিং লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা অদু মমাঙঙৈদা চীংমী-

তন্মী অনীনা ঙাঙনরমখিবা লোল মণী অদু ওইগনি। মীতৈলোলগী প্রমান-পাম্ভেদগী চীংমীশিংনা চৎলম্বা হৌনবী কয়া পুথোকপা ঙম্মী।

সাহিত্যগী লমদা চীংগী হৱা-নুংশিৎ, মহৌশাগী ফজ-ফজরবা শক্তমশিং, যুম্লে-কৈরে, মীওইশিং অমসুং মখোয়গা মরী লৈনবশিংনা সাহিত্যগী মরুওইবা মচাকশিং ওইরি। নুংশি-নুংঙনগী মতাংদদি মীতৈগী সাহিত্যদা চীংনা শরূক য়াম্না য়াই। পাখঙবনা মকেং খুলগী লাইশ্রা লৌখিবা, নাওথিংখোংনা নোংমাই পেতঙা লৌখিবা, লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলনা অনাও নিংঙোল শঙনু লৌখিবা, মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী নিংঙোলশিং লৌখিবচিংবগী ফজ-ফজরবা সাহিত্যগী মচাকশিং লৈবি। মোইরাং, খুমন অমসুং লুৱাংনচিংবগী নিংথৌমচাশিংনা শাত্তানবা চৎপদা চীংমী নিংঙোলশিং লৌখিবগী ৱারীশিং লৈ। পাইখোম্বগী হাক্তক্তসু মহাক্না মরাম খুল্লাকপগী মচানুপী লৌদুনা চরাইরোংবা পোকখি। মীতৈ নিংথৌ তাবুংবনসু উখ্রুল নিংথৌগী মচানুপী লারা লাশাংনু লৌরগা মহাকপু লৈমরেল ওইহনখি। লারা লাশাংনুনা নোংপোক ইবৈমা ওইনা শাইওন্দুনা মাঙখি, অদুগা হৌজিক ফাওবা ইরৈমা লাইরেম্বী হায়দুনা লাৎনরি।

চীং অমসুং তমগী মাইচৌশিংবু চপ মান্ননা কংলৈ লৈবাক অসিদা ঈকাইখুম্নরম্মী। চীংগী ওঙ্গাশিংবু কৌদুনা মঙোন্দগী মহৈ-মশিং তম্বা, মঙোন্দা খুকম্বা, মহাক্কী অবেম্বা চাবা অমসুং সমাজদা অচৌবা ওইনা থাজৎপনচিংবা তৌরম্মী। খম্বা-থোইবীগী ৱারীদা কবুই শলাং মাইববু ঈকাইখুম্নরম্মী। থাঙ্গাল খুল্লাকপনা মন্ত্রগী মতেং লৌরগা মোইরাংবু ওৎ-নৈরমখিবা 'মৌবিরাই' হিংচাববু হাৎখি। অপোইমচা হায়বা খাগেম্বগী লোয়শঙ গুরু অদুসু চীংমীনি। কবুই তোম্বা, খোঙাই খুল তেশিবা, তাংখুল মাইচৌ তাংখু, সলাং মাইবা, চোথে অমাইবা ললহাঙম্বা, ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবনচিংবনা মীতৈ ময়েক্তা পুয়ানচিংবা ইরম্মী।

পুয়াগী মতুংইন্না কংলৈচাশিং অসি অহানবা ওইনা অমদি হৌরকফম মান্ননা চীংদা খুম্হোক্তুনা খুন্দামিন্নরম্মী। চীংমীশিংগী হৌরকফম নৈনবদা মপা অমতনা চীংমী-তন্মী অনীমকসিবু পোকখিবনি হায়রি। মীতৈগী হৌরকফম ৱারীদসু অহানবদা চীংমী-তন্মী পুন্নম্লগা মমৈথংদা তোঙান-তোঙান্না লৈনখি

হায়রি। মীতৈনা হিন্দু ধর্ম অদুগা চীংমীনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিৎগী মমাঙদা চীংমী-তম্মীগী মরী অদু য়াম্না নকশিন্নলা লৈরম্মী।

পুলিস লেন্দদা তাংখুল কাওবুনা চোংথোক্তুনা খুন্দাখি হায়নৈ। সেক্সপিয়ার সাহেবনা মোইরাংথোম (পুলিস লেন্দ) হায়বা লম অসিদগী পাম্বোইবী হৌখি অমসুং তাংখুলগা য়াম্না নক্লে হায়রম্মী। মরম অদুনা চীং অমসুং তমগী সভ্যতা অসি চীংমী-তম্মীনা পুন্না লৈমিন্নরগা পুরকখিবনি।

মীতৈনা লাংনবা লাইশিং অসি চীংমীশিংনসু মপা-মপুগী লাইশিং ওইনা লাংনরম্মী। সনামহী হায়বা য়ুমগী কাচিন্দা চীংমী-তম্মী অনীমক্না থরায়-য়াওনা লাংনরমখিবা লাই অসি হৌজিক ফাওবা চীংদা লাংনবা য়াওরি। য়ুমগী লাই নত্তবা খুলগী ওইবা লম-লাইশিংসু চীং অমসুং তম অনীমক্কী ওইনা লৈ। খুদম অমা অনীদং হায়রবদা, অন্নাং-কৌব্রুদা লৈরিবা লাইফমশিং, থাংজিং চীংদা থাংজিং কোইরেল, মোরেদা কোন্দোং লাইরেম্বী, অদুগা নোংমাইজিং চীংনচিংবদা লাইফম কয়া লৈরি। মসিনা চীংমী-তম্মী অনীমক্না খুন্দামিন্নরগা মপা-মপুশিংগী লাইশিংবু লাংমিন্নরম্মী হায়বা তাকই। অদুগা অমুকসু মসিনা চীংমী-তম্মীগী সভ্যতাগী অপুনবা শক্তম অদুবুসু তাকই।

মীতৈগী উমংলাইশিং হরাওবদা চীংমীশিংসু য়াওনা অমাং-অশেং খায়দনা শা-ঙা শরেন চন্দুনা জগোই শামিন্নরগা হরাওবগী থৌরমশিং পাঙথোকমিন্নরম্মী। লাই হরাওবদা হাওফি, শা-ঙা, হৈ-লৈনচিংবা কংনরম্মী। লাই হরাওবগী লাইরোইদা হৌজিকসু তাংখুল নুরাবা-নুরাবী হায়দুনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্বোইবীগী মহুৎ য়াওদবা য়াদে। উমং লাই হরাওবদা চীংমীগী চংনবী ফিজেৎ লৈতেং য়াওদনা হরাওবা মপূং ফাবা য়াদে। থাক্লেশেংনমক হায়রবদা মীতৈনা হিন্দু ধর্ম অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিৎগী মমাঙদা চীংমী-তম্মীগী ধর্মদা, চাকচা-য়ুথক্তা, লমচৎ-শাজৎতা অমদি সভ্যতাদা থোইদোক্লা খেন্নবা লৈরমখিদে।

চীং অমসুং তম পুনশিন্দুনা পুকচেল-থোইজেল মান্ননা লৈমিন্নবা হায়বা অসি ঐখোয়গী ইতিহাসতা অচৌবা ফিদম অমনি। চীংনা কোয়না পনশাবা

চীংমীনা (হাওনা) কোয়না পনঙাকপা হায়দুনা শৈশক্লে। চীংমীশিং অসি মশা-মউ ফবা, মশা খীং-খীং লাউবা, থবক নোম্বা কনবা, থৌনা ফবা অমসুং কিগন্দবা কাঙবুনি। অদুগা ঐখোয়গী চীংশিং অসিনা লাললোংফম, অমদি লৈবাক ঙাক্লনবা লানবন ওইনা শীজিন্নবদা য়াম্না মতীকচাবা অমদি খুদোংচাবা মফমশিংনি। মমাঙঙৈদা চীংমীশিংনা লৈবাক অসিগী মতীকচাবা সিপাইশিং ওইরমখি। মহারাজ চৌরজিৎনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পেনিদা চিঠি ইখিবা মতমদা মহাক্কী চীংমী লাম্মীশিংনা ইংবেজদা মতেং পীরগা কংলৈপাক্কগী অৱা তাম্বোকপা ঙমগনি হায়খি।

নিংথৌ পামহৈবস্ (গবিবনিৱাজ) চীংদা চাউরকপা, চীংগী লোনচৎ খঙবা অমদি অশিংবা চীংমী নিংঙোলগী মচানুপানি। মপাবুং চরাইরোংবা মহারাজনা চীংমী কয়া কৌরগা পীজ-পীথক তৌখি, মরূপ শান্নখি অদুগা চীংমী-তম্মীগী কুম্মৈ তৌবা হৌদোকখি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রবু অজিৎশাই অমসুং ভবত শাইনা পানবা মতমদা হাৎকদবগী তান্নখি, অদুবু মহাকপু কনবীখিবা অমদি নিংথৌ ওইহনখিবা অদু কুকি তোংহূ নিংথৌ অমসুং অতোপ্পা চীংমী কয়ানা মতেং পীখিবদগীনি। লৈবাক কায়দুনা মহাক্না কাছাড়বোমদা চেনখিবা মতমদসু কবুইশিংনা অরোনবা লম্বী তাকপীখি।

মীতৈ পুয়ানা হায়রি, "গম্ভিরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা থাঙ্গালগী খুল্লাকপগী মনাওনুপাগী মচানুপা অমবু সনা কোনুংদা পুরক্কুনা নিংথৌজা সলাইদা লৌখৎখি, অদুগা মহাক্কী যুম্নাক্তি কাঙাবম ওইখি।" মহাক অদু মীতৈ নিংথৌগী য়েৎথংবা পাম্বোম ওইখিবা থাঙ্গাল জেনরেলনি। মহাক্না ইমা লৈবাক্কীদমক ফাঁসি শগাই কাদুনা মথৱায় কখোকখি।

জোনষ্টোন সাহেবনা "মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং মহাক্কী শক্তিবু অৱাংলমগী চীংমীশিংনা কয়ামুক য়াখিবগে হায়ববু ইংরেজবুদি থৌওইদ্রগা মীতৈ মহাবাজ অদুবুদি ভক্তি য়াম্না তৌখি" হায়না হায়রম্মী। ইং ১৮৯১দা ঐখোয়গী লৈবাক্তা ইংরেজশিংগা লান শোক্লখিবা মতম অদুদা চহাদ কুকিশিংনা ঐখোয়গী নিংথৌদা রাজভক্তি উৎখি।

ঐখোয়গী নীংতম-লানগী ৱারী ইবদা খোংজাই লান অসি থোইদোকপা

থৌদোক অমনি। খোংজাইগী লান লোইরবা মতুংদা বৃটিশগী শাসনবু থুগায়নবা, কবুই রাজ শেম্লনবা জাদোংনাংনা হোৎনরকখি। মহাক্না হোৎনবগী মহয় য়ানবা ঙমখিদ্রবসু মরৈবাক নীংবা কাওবুশিংগী পৃক্লিংদদি কাউবা ঙম্লখিদে। মহাক্কী ঈরাং অদু ঐখোয়গী লমদমতদা নত্তনা কাছাড়গী কবুই, দিমাপুর অমসুং মকোকচীং ফাওবা শন্দোকখি। জাদোংনাংনা বৃটিশকী ফাঁসিদা মথল্লায় থাম্লবসু মহাক্না তৌরম্বা থবক্তি অদুম নীংশিংহৌই। মহাক্কী মচানুপী গাইদিলুনা লুচিংদুনা মপাগী ঈরাং অদুগী ঈথক অদু হাইগৎহনখি। গাইদিলুগী থৌনা অমসুং মরিংজেল অদুবু য়েংলগা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মহাকপু ঈকাইখুম্লবা উৎখি অদুগা 'রানী' হায়বা মিংথোল অদু পীখি।

বৃটিশনা চীং অমসুং তমগী শাসন তোঙান্না তৌনবা শেমখি। চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্মদা চঙশিনখি, অদুগা মখোয়বু ইংরেজিগী মহৈ ফংহন্নখিদুনা অনৌবা ঈরাং অমা শাগৎখি। ইংরেজি লোল অমসুং খৃষ্টিয়ান ধর্মগী লীপূন্না মখোয়বু পুনখি। অদুদগীদি তমদা লৈবা মীতৈগা লাপথোক্লবগুম তৌখি। অদুবু চীং অমসুং তমদা লৈবা মচিম্লনাও অনী পূল্লগা আন্দোলন তৌমিন্নদুনা মপুং ফাবা ষ্টেট ফংখি। চীংমীশিংদা তোখায় তানীংবগী মওঙ অমা লৈজরবসু হৌজিক হৌজিক ফাওবদি চীংমী-তম্মী অনী পূন্না লৈবাক শাসন তৌবদা থৌদাং লৌমিন্নরি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী ঙসি ওইরিবা সভ্যতা অসি চীংমী-তম্মী অনীনা শাগৎখিবনি, শেমখিবনি। মসিবু হিংহনগে হায়রবদি ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীনা নুংশি-চান্ননা অমতা ওইবগী মওঙদা লৈমিন্নবা তাবনি। মপান্দগী চঙশিল্লকপা মীতোপ-মীয়ানচাশিংনা মশীং নৎত্রগা শক্তি হেনগৎলক্লুনা খুদোংচাবা লৌথ্রবদি য়েলহৌঙেদগী লৈমিন্নরক্লবা ঐখোয়সে ঐখোয়গী সভ্যতাগা লোয়ননা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। মরম অদুনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীমক্না ইশা ইশাগী ওইজবা অমদি ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থাদোক্লরগা চীংমী-তম্মী মচিম্লনাওনি হায়বগী খাখল্লোন্দা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নসি, অদুগা ঐখোয়গী সভ্যতাবু ঙাক্লুনা চৎলগা চাওখৎহনসি। ঐখোয়না নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নরিবমখৈ ঐখোয়গী সভ্যতাসু হিংখিগনি।

## খোংজোম লান্দা পাউনা ব্রজবাসী

লৈমায়দগী ফুট ৪০০ রোম য়াংবা লাংগুথেলগী চীংথক্তা ইংরেজ লান্মীশিংনা লৈরগা খোংজোম লান্দা খুদোংচাবা লৌখি। মদুগীসু মথক্তা লান্মী মশীংদা য়েংলুরবসু মীতৈ লান্মী মশীংদগী ইংরেজ লান্মী মশীংনা শাথীনা হেল্লম্মী, অদুগা খুৎলায়শিংদা চাংদম্নরবসু ইংরেজগী খুৎলায়শিংনা মীতৈগীদগী থোইদোক্লা হেল্লম্মী। খ্বাইদগী মরুওইবা অমনা ইংরেজগী লান্মীশিংগী হেড ক্বাটবদি পল্লেন্দা ওইরম্মী। লাংগুথেলগী লানফমগা হেড ক্বাটরগা নক্নবা মরম্না অথুবা ঈ-পাউ লৌনবা ওন্নম্মী অদুগা লানচাবগী খুদোংচাবসু লায়না ফংলম্মী। খোংজোমদা মীতৈগী লানবন শারি তাবদা মীতৈ মশীং কয়ামুক ওইরমগদগে হায়বসু খঙদোকখি। মীতৈগী লান্মীশিংনা মায়থীরগদবা খোংজোম লান অদুদা মশাগী লৈজবা থাদুনা মরৈবাক অমসুং মজাতিগীদমক্তা মথৱায় কৎখিবা লান্মীশিংগী অথৌবদি মেজর পাউনা ব্রজবাসীনি।

মরৈবাক্কীদমক খোংজোম লান্দা মথৱায় কৎখিবা অথৌবা পাউনা খৃঃ১৮৩৩গী দিসেম্বর থাগী তাং ২০ (শকাবন্দ ১৭৫০গী পোইনুগী ৮নি পানবা) শগোলশেন নুমিত্তা হাওবম লৈকাইদা পোকখি। মতম অদুগী হাওবম লৈকাই অদুদি হৌজিক্কী বাবুপাড়া অসিবু খঙনরম্মী। মপাবুং লাইফম লাকপা তুলসিরামনা হাওবম মেজর অনৌবগী মমোম কুঞ্জেশ্বরী লৌরগা পাউনা

পোকখি। পাউনাগী অঙাং ওইরিঙেগী মিংদি নাওলসিং কৌরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নাওলসিং, লৌত্রাকপম শামু অমসুং নিংথৌজম শিলেটতাবা অহম্মকপু শিলেট অমসুং কলিকাতাদা থাগু-তা তম্বা থাখি। মকম অদুদগী থাগু-তাগী বিদ্যা মখা তমথনবা মখোয়না বৃন্দাবন্দা চৎখি। নাওলশিংনা বৃন্দাবন্দা চহী তরেৎ লৈখি। মশাগী চহী ২৩ শুরকপা মতমদা (ইং ১৮৫৬) মণিপুরদা হল্লকখি। মণিপুর মহারাজনা মহাকপু 'ব্রজবাসী' হায়বা মিংথোল পীদুনা সনা নাক্তা থমখি। মহাকপু পাউনম শাগৈদা পোকই হায়দুনা পাউনা হায়না মিংথোনখি। অদুদগীদি পাউনা ব্রজবাসী হায়না খঙনখি।

অদুদগীদি পাউনা ব্রজবাসীনা সেনাপতি কাব্রবম সেতু সিংহগী মচানুপী হেমলতা দেবীগা লুহোংখি। মখোয়গী মচানুপী মঙা অমসুং মচানুপা অহুম পোকখি। মচানুপী মঙা অদুগী মমিংশিংদি—(১) চাওবীহল, (২) থমচেৎ, (৩) মানিক, (৪) নুমিৎলৈ অমসুং (৫) দসুমতি, অদুগা মচানুপা অহুম অদুগী মমিংশিংদি—(১) মন্ত্রী, (২) ইবোচৌবা অমসুং (৩) তোনসনা। পাউনাগী অশিবা হকচাঙবু খোংজোমগী লানবন মনুংদগী লৌথোক্লুবা অদু তোনসনাগা মবাই ঝুলোনগা অনীননি। মসিনা তাকপদি মচানুপা তোনসনা হায়বা অদু মপাবুং পাউনা লৈতবা মতমদা পূংকক চাউরে হায়বনি।

খোংজোম লান্দা কদায়দা লৈরগা লান্দাবদা খুদোংচাগদগে হায়বদু ১২শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী লেফটেনেন্ট কোন্সনা কৃপ্লা য়েংশিল্লগা হেড কাটরদা পাউ নীংথিনা পীরম্মী। লাঞ্জাবা কাঙবুগী লুচিংবা গুর্খা রেজিমেন্টকী কেপ্তেন দ্রুবীনা মীতৈ লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দারুরগে হুকুম পীবিয়ু হায়না তকশিল্লকপা মতমদা ব্রিগেডিয়ার জেনেরেল টিঃ গ্রাহাম্না গুর্খা রেজিমেন্টগী সিপাই ১০০ অমসুং১২শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী শগোলতোংবা সিপাই ৪৪না মতীক চাদে হায়দুনা কেপ্তেন রান্দালগী মখাদা নোংমৈ অচৌবা অনী অদুগা গুর্খা রেজিমেন্টকী রাইফল পায়বা সিপাই ২০০বু কেপ্তেন দ্রুবীগী মতেং পাংনবা থারম্মী। মথংগী নুমিৎতা কেপ্তেন দ্রুবী, লেফটেনেন্ট গ্রান্ট অমসুং লেপটেনেন্ট কোন্সনা মাগী মাগী লাম্মীশিংগা লোয়নননা মীতৈ তেন্জোল তম্না লাকখি।

বৃটিশ ওফিসার্শিং হাংখিবগীদমকসু ওইনা সহেবশিংনা মণিপুরদা মায়কৈ অহুমদগী লান্দাবকখিবনি। মদুদা চোংথামিয়া, য়েংখোইবা, ব্রাংখৈ মৈবাবা, মাইপাকসনানচিংবনা নোংপোক মায়কৈ পুখি। ব্রাংখৈ মৈবাবনা ককচিংদা হাইজিন দুনা মনাও চীংখোঙদা ইংরেজ লাশ্মীগা লাম্থেংনখি অদুগা মদুদা মৈরাবা তুখিবগী পাউ তাবদগী মিপাইনবকখি। লুববা মতাং অদুদা মথং কনাবু থাগদগে খ্যানকপদা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেবেল অনীনা পাউনা ব্রজবাসী থানবা ব্রাবেপনখিবনি অদুগা পাউনা মশাদা খণ্ডহনখি। মদুদা পাউনা মশানা হবাও হবাও য়াখি।

হয়েংদি পাউনা ব্রজবাসীনা লান চঙগদৌবে হায়বা নুমিৎ অদুগী অহীংদা চীংলেনসনানা পাউনাগী নাক্তা লাক্লুনা মহাকপুসু লান্দা পুবীয়ু হায়জবখি, অদুগা পাউনানসু হবাও হবাওনা য়াবীখি। পাউনানা মহাকপু য়াম্না লুনা তৌখি। পাউনা ব্রজবাসীনা লান চৎলমদাইদা অমঙ্গলগী খুদম কয়ামুক থেংনখি। মহাক্না কৈথেল লাইবেগ্নী খুকমজখিবা মতমদা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী থাঙগী থাঙনীং মখোক অদুনা মহাক্কী মথবাক্তা থিনখি। মদুবু কবি থোক্লগদগে হায়বগী ব্রাথলদা পাউনানা অহীংচুপ্পা 'লৈচীল কাঙলোন' শান্নবদা মহাক্কী হকচাঙগা থব্রায়গা তোঙান-তোঙান খায়দোক্লখিবা উবদা মহাক্না চিংনখি। লান চৎলমদাইদা পাউনানা কোনুং চঙদুনা কুলচন্দ্র মহারাজদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুকমজবম্মী অদুগা মবৈবাক মজাতিগীদমক থব্রায কথোক্কনি হায়দুনা ব্রাশক্লম্মী। মতুংদা শ্রী শ্রী গোবিন্দদা মোমবতি ১০৮ থাঙ্গজুনা তুলসি মনা ১০৮ কৎলম্মী। অহানবদদি মোমবতিশিং অদু য়াম্না ফজনা চাক্লম্মী অদুবু খঙহৌদনা মৃৎখি। মহাক্না লানগী খোঙশাল্লকখিবা নুমিৎ অদুসু থাবান ফৎখিদে। ব্রাংখৈ পণ্ডিত অমসুং তাওবিয়া পণ্ডিত অনীমক্না লৈবাক্কী অমঙ্গল লৈ হায়না হান্না হায়খি। এপ্রিল ২৩ অদু মণিপুরদা লৈচীন অহুম্নক থাখি, নুমিৎ মশক উখিদে। শজিবুদা লৈচীল থাবদু মীপুম খুদীংমক্না ঙক্লখি। ফত্তবা খুদমশিং অদুদা ব্রজবাসীনা নীংহন্নবা তৌখিদে।

লাশ্মী ৭০০ মুক্কা লোয়ননা পাউনা ব্রজবাসীনা খোংজোমগীদমক খোঙশাল্লকখি। লম্বীদা লিলোং কৈথেল য়ৌরকপদা পোকমিন্নদবা মনাও (১)

অঙাংমচা অমসুং (২) থাবল অনীনা ময়াম্বুংগী খোঙলোয় ওইজগে হায়দুনা পাউনাগী তুংইল্লকখি। থৌবাল হাওখা য়ৌরকপা মতমদা মহাক্না হাওখা সোরারেল খুক্নমজখি। মহাক্না থৌবাল য়ৌরকখিবগা থৌবাল তোমজিং হেড কাটরদা হাওবম মেজর মায়পাকসনা, ৱাংখৈরাকপা, চোংথামিয়া, অয়াপুরেললনচিংবা উনরমখি। থৌবাল অথোকপমদা য়েংখোইবা মেজবগা ৱাহৈ-ৱাতা খরা ৱাউনখি। অদুদগীদি পাউনাগা চোংথামিয়াগা খোংজোম পাংখি। পাউনানা মখোয় অনী তান্নরগা মফম চাবা য়েংদুনা লানবন শাবা পান্নমখিবনি, অদুবু কনাগী ৱা তাদনা চোংথামিয়ানা খোংজোম তুরেলগী তোবর্বান্দা লানবন শাখি। মদু পাউনানদি য়াখিদে। লানবন অদু মফম চাদে, খুৎশা শোয়, থোঙসু মখা ওল্লি, অশিথোঙনি। 'লৈচীল্লোন' পুয়াগী মতুংইন্না মায়ওন লাল্লি। পাউনানা কমান্দর চোংথামিয়াদা ফনা কন্না হায়জববফাওবদা মহাক্না শিখাঙ খাঙখি। লান তৌরমদাইদা মখোয় অনী য়াম্না য়েৎন-নৈনখি। অদুবু য়ানীং-য়ানীংদনা লানবন অদুদা লান থেংনবা তাখি।

পাউনা ব্রজবাসীনা মফম অদুদা য়ৌবদদি বৃটিশ লাম্নীশিংনা লৌশি পাং, তেকচমগী চরোই চীং, লাঙথেলনচিংবা ফাওবদা পাক শন্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈবা উরম্মী। বৃটিশকী লাম্নী মশীং অমসুং মখোয়গী খুৎলায়শিং অদু উবগা মীতৈগীদি য়াম্না নোপ্নম্মী। মরম অদুনা তোপ খবা থাবক্লবা লানবন্দগী শগোল তোংবা কৈসাম তোম্ববু হন্না হন্না অনীরক থাবগা হায়জকবা ফাওবদা হোইনি-মাইনি হায়বীরকখিদ্রে। মহাক্না মায়পাকপগী আশা উবক্রবদা মীতৈ লাম্নীশিংদা থম্মোয় শেংনা হায়রকখি, "নখোয়না শিবা কিরবদি হিংননবা চেলহৌবো।" মনাওনুপা অঙাংমচা অমসুং থাবল অনীমকসু য়ুমদা হল্লো হায়না হায়বীখি। মদুদা মনাও অনীদুনা ময়াম্ববু থাদোক্নুনা চৎপা গুল্লোই হায়দুনা য়াখিদে। হৈবাং-খোংজাসু হল্লু হায়বা য়াখিদে। মখোয় অহুম্মক লানফম অদুদা মথল্লায় থাখি। মখোয়গী মমাঙদা হান্না চীংলেনসনা তুপ্লবনি।

পাউনাদি থাঙ-তা হৈবতা নত্তনা সাধনা শক্তি অমসুং মন্ত্র শক্তি লৈবা নুপানি। মহাক্কী মরীংজেল লৈবা, থেংনপ্লবদা হুন্দবা অমসুং শিবা কিদবা মীশক

অমা ওইখি। মঙোন্দা বোম, তোপ, নোংমৈ চঙখিদে। বৃটিশকী তোপশিং অদু পোকখায়বা লোইহৌদ্রিবা ফাওবা আকাশতা থাওগী জগোই শাদুনা লৈবা ওমখি। উপায় লৈরক্তবা মতমদা ওয়-য়েৎ, তুং-মাং লৈদুনা থাওলোনগী জগোই শারম্মী, অদুগা মহাকপু থাও-ঙাক্তা ওইনা বৃটিশনা উখি। বোম, তোপ অমসুং নোংমৈনা কান্নদ্রবদা বৃটিশকী শগোল লাম্মীগী লুচিংবা নেপালী লক্ষ্মনসিংবু থাজিল্লকখিবদা পাউনানা মগুক কক্কুনা হাৎখি। পাউনা ব্রজাবসীগী মথৌনা অদু উবদা বৃটিশকী মীচঙদা লাম্মী ওইখিবা কাছাড়গী মীতৈমচা সুবেদার পাৰ্থসিংনা পাউনাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা "শিগদবা পাম্মুই, হাত্ত্রিঙৈদা হান্না সরেন্দর তৌহৌ" হায়খি। পাউনানা অসুম্না খুন্নকখি, "মীতৈমচা নঙদুম নরৈবাক নজাতিগীদমক সরেন্দর তৌফম থোকই।" মতুং তারকপদা অমুক বৃটিশ লাম্মীনা হংলকখি, "নহাক্তুম্না অথৌবা কয়ামুক লৈহৌরিবগে?" পাউনানা অসুম্না পাউখুম পীরম্মী, "ঐনা খ্বাইদগী শোনবনি, ঐঙোন্দগী হেনবা অথৌবা য়াম্না লৈহৌরি।"

লান্দা মায়পাকপগী আশা উরকখিদ্রবা মতমদা পাউনানা মীখা পোন্দুনা হিংগদবগী শরূকপুদি শিখিবনা ফৈ হায়না খল্লকখি। মরম অদুনা মহাক্না খুমন সুবেদারদা (খুমল্লেম পাৰ্থসিংদা) মহাকপু হাৎপীনবা হায়জরকখি। মহাক্না শ্রী শ্রী গোবিন্দরোমদা ওনশিল্লগা হায়জরকখি, "ইবুংঙো! নহাক্কী সেবা মতোল লোম্বা ওল্লমদ্রে, ননাইদি চৎলগে। নহাক্কী মণিপুর অসি ঙসিদগী মীখা পোল্লু হায়না তমখ্রবোই।" অদুদগী মহাক্না খুমন সুবেদারদা হাৎপীরো হায়দুনা ওনশিল্লকখি।

খুমন সুবদোরনা পাউনাদা অহানবা ওইনা থাঙ য়ানবদা শউন্দা য়ানবগুম থোকখি। মদুদা পাউনানা মখাঙদগী কোরীগী যন্ত্র লৌথোকখি। অনীরকশুবা ওইনা থাঙ য়ানবদসু পাউনাগী মশাদা থাঙ চঙখিদে। মদুদা পাউনানা হায়রকখি, "ঐগী ওকশমগী শরূক অসি তরেৎ থোক্লগা তঙ্খায়গী (৩১/২) মপাদা থাঙ য়াল্লু, মদু নত্তনা ঐগী হকচাঙগী করিগুম্বা শরূক নৎত্রগা মফম অমদা থাঙ থাবদা থাঙ চঙলোই।" পাউনানা তাকপীবা মফম অদুমক্তদা খুমন সুবেদারনা থাঙ থাদুনা মশানা য়ানা মহাক্কী তাইবঙ পুন্সিবু লোইশিনহনখি। নুমিৎ অদু ইংলোক ১৮৯১, এপ্রিল ২৩ শগোলশেন নুমিৎ ওইখি। বৃটিশ লাম্মীশিং অমদি

ওফিসারশিংনা আকাশতা নোংমৈ কাপখত্তুনা অমদি তোপ থাজত্তুনা অথৌবা পাউনাগী আত্মাদা ঈকাইখুম্নবা উৎখি।

বর্মদা লৈরমখিবা মীতৈ মচা শমজেৎশাবম লৈনৌ সিংহনা বৃটিশকী মীচঙদা লাম্মী ওইরম্মী। মহাক্কা মমীৎমক্কা উহৌখিবা খোংজোম লানগী ম্বারীবু ধুলোক পায়রগা ইহান হান্না মীতৈ লৈবাক্তা শৈশকপা হৌখি। মদুবু 'খোংজোম পর্বব' হায়না কৌরগা চৎনরকখি। অদুনা পাউনা ব্রজবাসীবু নীংশিংবা ওইনা খৃঃ ১৮৫৭গী আগষ্ট তাং ১২দগী 'সদর বাজার রোড'পু 'পাউনা বাজার রোড' হায়না কৌখ্রে।

"খোংজোম নুমিৎ" অসি এপ্রিলগী তাং ২৩দা ওইগনি হায়বা কাঙবু অমগা অদুগা এপ্রিলগী তাং ২৫দা ওইগনি হায়বা অতোপ্পা কাঙবু অমগা কাঙবু অনী লৈ। শ্রী নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং রাজকুমার স্নাহল সিংহ, বিঃকমঃনা খোংজোম লানগী অরোইবা নুমিৎ অসি খৃঃ ১৮৯১গী এপ্রিল থাগী তাং ২৫নি হায়। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ডাঃ চন্দ্রমনিগী 'মণিপুর ইতিহাস'তা খোংজোম লানগী অরোইবা নুমিৎ অসি এপ্রিলগী তাং ২৩নি হায়।

পাউনাগী মচানুপা অতোম্বা তোনস্নানা পোকপা মশুশিংনা হায়বসু মখোয়গী মবুধৌ ব্রজবাসীনা শিখিবা নুমিৎ অদু খৃঃ ১৮৯১, এপ্রিল ২৩ (শজিবুগী ১৪ নি পানবা)নি হায়রি। মখোয়না চহী খুদীংগী শজিবু ১৪নি পানবা নুমিৎতা মবুধৌগী কুমওন উৎসব পাঙথোক্লি। অতোম্বাপু শর্ম্মনা খৃৎপায় য়েংবদসু খৃঃ ১৮৯১গী এপ্রিল তাং ২৩ অদু শজিবুগী ১৪ নি পানবা থোকই অদুগা নুমিৎ অসিদা ব্রজবাসীগী কুমওন খুদীংদা উৎসব পাঙথোকই হায়নসু পনবী।

খোংজোম নুমিৎকী চয়েৎনবা মতৌ অদু কোক্লবা মণিপুর সরকারনা খন্নখি। মণিপুরগী শক্লাইরবা (১) রাজকুমার স্নাহল সিংহ, বিঃকমঃ, (২) নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ, (৩) রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ, (৪) ফুরাইলাৎপম নন্দলাল শর্ম্ম, (৫) সনসম গৌরহরি সিংহ, (৬) রাজকুমার মধুর্জিৎ সিংহ, (৭) পাউনাগী মশুনুপা পাউনম জুগিন্দ্রো সিংহনচিংবগী কমিটি অমা শেমদুনা 'খোংজোম নুমিৎ'কী মতাংদা খন্ন-নৈনখি। কমিটি অদুগী চেয়ারমেন্না মতম

অদুগী মণিপুর লেজিসলেটিব এসেম্বলিগী স্পিকর ওইনাম যাইমা সিংহনা ওইখি। কমিটি অদুনা 'খোংজোম নুমিৎ'পু এপ্রিলগী তাং ২৩দা লেপ্পখি অদুগা মদুগী রিপোর্ট অদু মণিপুর সরকারদা থাগৎখি। মদুগী হুকুম অমা খৃঃ ১৯৮২গী ওক্টোবর ১১দা মণিপুর সরকারনা মণিপুর গেজেটতা মখাগী অসুম্না ফোংখি—

GOVERNMENT OF MANIPUR
SECRETARRIATE : RECORD & LIBRARY BRANCH

ORDERS BY THE GOVERNOR: MANIPUR
Imphal, the 11th October, 1982

No.2/9/82-R/L–Whereas, there is a controversy over the observance of the date of Khongjom Day.

2. Now, therefore, in pursuance of the report of the Committee to look into the controversy over the observance of the Khongjom Day Vide Notification No. 23/7/81-DIP (iii), dated, 15-05-1981, the Governor of Manipur is pleased to declare the 23rd Day April of every year as the Khongjom Day.

By orders etc. in the name of Governor

Sd/-
T. Hangshing
Secretariate (GAD), Govt. of Manipur

ঐখোয়গী অথৌবা পাউনা ব্রজবাসী লৈখিদবা মতুংদদি য়েক্লবা মায়োক্লনবা কনা অমত্তা লৈখিদে। খোংজোম লান লোইখিবগা মণিপুরগী নীংতম্বসু লোইশিনখি। মীথা পোনবা মশক খঙলক্তবী ইমা মণিপুর মীথা পোনখি। অদুদগীদি মীতৈশিং অনম-অহা চুবা হৌরকখি।

# মীতৈ

'লৈশেমলোন'নচিংবা পুয়া কয়াদা মীতৈগী ৱাফম কয়া য়াওরি। মীতৈগী অচুম্বা শক্তম খঙননবগীদমক্তা নোংপোক লমশিংগী পুৱারী নৈনবা য়াই। অৱা, পোং, শান তাইনচিংবা ফুরুপশিংগী লৈশেমলোন, মীহৌরোল, লোল, ময়েক, চৎনবী, লাইনিং-লাইশোল, পুৱারীনচিংবা নৈনবদা মীতৈগী কান্নবা মচাকশিং ফংগনি। মসিমক্তা মীতৈসে নোংপোক্লোমদগী লাক্লগা খুন্দারকপনি হায়বদি নত্তে। মীতৈদি নোংপোক্লোমদগীসু, নোংচুপলোমদগীসু, অৱাংলোমদগীদু অদুগা মখারোমদগীসু লাকখিবা নত্তে। হৌরকফম ওইবিবা মফম অসিদগী হৌরকখিবনি।

লাইগা শম্নরকখিবা মীনি মীতৈদি। চীংঙু মায়চৌ খোনাংথাবনা হায়খি, "মীতৈদি লাইগী মচানি।" মতম কুইনা ঈশিং ঈরীদুনা লৈরম্বদগী ইহান-হান্না লৈপাক ময়োল অদুনা ইরং-লংনা ফাওগৎলক্লুনা কংখিবা মফম অদুবু কংলা হায়না কৌখি। 'কং' হায়বদি 'কংবা' নৎত্রগা 'অকংবা' হায়বনি অদুগা 'লা' বুনা অপাকপা লম মরুওইনা লাইশিংগী লৈফম তম্পাকপু খঙনবনি। মসিদি লাইগী মেন তোংফম তম্পাক্লি, লাইশিংগী কোনুংনি। লাইশিংগী কোনুং অদু মীশিংগী কোনুংসু ওইরকখি।

লৈশেম-নুংশেম্বা লোইরগা লাইনিংথৌগী মমি মিতম লৌদুনা তাইবঙ মী

পুথোকখি। লাইনিংথৌগী মিতম লৌদুনা পুথোকখিবা অদুবু মীতম কৌখি। মীতমদগী অসুম অসুম থৈথরক্লুনা মীতৈ হায়নখি হায়নবসু য়াওই। মপু শিদবগী য়াথং মতুংইন্না ইবুংঙো মহাক্কী মীৎয়াদা তাহল্লিবা তাইবঙগী শক্তম অদুবু মমি পাতম লৌবগা তাইবঙ মীগী মরূ তরেৎ পুথোক্লবা য়াথং পীখি। মপু শিদবগী মিতমদুনা ওইরকখিবা মিতম অদুনা নমু তাইবঙ মী ওইখি। শিদবা মপুগী মিতমদগী ওইবকখিবা মী মরূ অদুদগী থোক্লকখিবনি, শমথরকপনি, হোংলকপনি, লাইগুম্মা মতীক-ময়াই লৈবনি অমসুং ইতোপ-তোপ্পা ফুরূপনি খঙনববু 'মীতৈ' কৌগনি। 'তৈ' হায়বদি অহানবা মী মরূ অদুগী শমথরকপা অমদি লাইগুম্মা মতীক-ময়াই লৈবা হায়বনি। 'মীতৈ' হায়বদি অহানবা হৌরকপা মী হায়বনি।

মীতৈনা লৈবা লৈবাকপু মীতৈ লৈবাক কংলৈপাক কৌই। নুমিৎ তরেৎনীগী মমিং তোঙান-তোঙান কৌদুনা লাই তরেৎ লাইনিংথৌনা পুথোকখি, অদুগা লাইনুরা তরেৎকা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাহন্দুনা শাগৈ, য়েক-সলাইনচিংবা পুথোকখি। লাইরেম্বীশিংনা মচাশিং পোক্লুনা তাইবঙপান কুম্মৈ শান্নবা হৌখি। লাইগা মীগা শগোল কাঙজৈ শান্নমিন্নদুনা নুংশি-চান্ননা কুইনা লৈমিন্নখি। মমৈথংদা লাইশিংনা মীশিংগা লৈমিন্নবা হৈনরক্লবদগী তুমিন্না শাথূপখি।

পোইলৈতোম্না খুম্থোক্লকপা মতমদা মীতৈ লৈবাকপু পোইলৈ মৈতৈ লৈবাক হায়না থোল্লম্মী। মহাক্লা মৈতৈ লৈবাক হায়না থোল্লমখিবদি লৈবাক অসিবুনি মীতৈ ফুরূপ অসিবু নত্তে। মহাক্লা চীংনুংদগী থোক্লক্লুনা শিংকুম চীংদা কাখত্তুনা 'শায়বা' হায়না কৌবা উ অদুগী উশা থেক্লুনা মৈ হৌরগা মৈ লাংপা হৌখি। চীংদোল অদুদগী মহাক্লা য়েংবদা উরিবা মখেবু পোইলৈ মৈতৈ লৈবাক হায়না থোনখিবগী মারী লৈ। মহাক্লা মৈ লাংপা হৌদোকখিবদগী থোনখিবা মিংনি। 'মৈতৈ' হায়বা অসিদি মহাক্লা মৈ লাংপদগী মৈতৈ থোক্লকখিবনি। মদুগী মমাঙদা মীতৈদি অদুম লৈবল্লবনি। মহাক মশামকসু মীতৈগী য়েক-সলাইগী মনুং চল্লা লৈরকখিবা মীশক অমনি। মৈতৈ হায়বা অসিদি মৈ লাংপগা লৈনবা মরীনি, মী হৌরকপগী পুন্নারী নত্তে।

মীতৈগী চৎনবী, নাং অমদি লাইনীং-লাইশোন শিথরকখিবদগী মীতৈগী শক্তমসু মচেৎ-মচেৎ কায়থরকখিবগুম তৌরকখি। মীতৈবু নমদুনা লৈখা তাখিনবা লাক্লরকপসি ফনা কুইরে। হৌজিক্তি মীতৈগী য়েক-সলাইগী ব্রা থিনদবগুম তৌরে। মীতৈগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা ঐখোয়গী য়ুমনাকশিং অসিদং য়েক খোক্লদনবা চীংমী-তম্মী পূন্না ইশিনমিন্নবা দরকার ওই। তাংখুলগা নৎত্রগা অতে চীংগী কাঙলূপশিংগা মীতৈগা নৎত্রগা মীতৈ অমগা মীতৈ অমগা চারৌ-মৌরৌনবদা য়েক খোক্লদনবা য়েংনবগী চেকশিন-থৌরাং লৌখৎকদবনি। পাঞ্জিনা ওইবা য়ারোই, পীবাগী মথৌ নীংথিনা পীফম থোকই। মসিতনা কাঙলূপশিং অসি পূনশিনবগী উচল ওইগনি। গোত্রনা য়ারোই। য়েক-সলাই খণ্ডদবমখৈ মীতোপনি। চীংমীশিংগী য়েক-সলাই নীংশিংনবা থৌরাং তৌগদবনি। চীংদসু য়েক-সলাই খণ্ডদবা মীতোপ লৈ। মপূক শেংদবা মীতোপশিংনা মীতৈ লৈবাক্কী মীহৌরোলদগী লৈরক্লবা চৎন-কাঙলোনশিংবু থুগায়রক্লি। মীতৈগী মরক্তা মীতৈ নত্তবগুম মীতৈ মাঙনবা তৌবা য়াওরি।

মীতৈ হায়রগা তম্পাক্তা লৈবশিং ঙাক্তা খণ্ডনবা নত্তে, চীংদা লৈবা মীসু মীতৈনি। চীংমী অমসুং তম্মী হায়দুনা মতমগী মতুংইন্না লাকখিবনি। অনী থোকপীগী ওইনা শীজিন্নরক্লে। হাওসু মীতৈনি মীতৈসু হাওনি। মীতৈশিংনা 'হাও' খণ্ডদবা হৌনদে। অদুগা অমুকসু মীতৈ হিন্দুশিংনা মীতৈ খুদীংমকপু হিন্দু ওইনা লৌবা য়ারোই। য়ুমদা সনামহী খুভম থমবা মীতৈশিংনা সনামহী লাইনীং চৎকদবনি হায়বা অসি কাউরোইদবনি। লাইনীং হোংদোক-হোংজিন তৌবসিসু অচুম্বা নত্তে। লাইনীং খুদীংমক মান্নে হায়রগা মাগী লাইনীংনা কা হেন্না লুনা খনবসু লানগনি। অনকপগী লাইনীং খণ্ডবা ঙমদবা মীশিংনা অয়াম্বগী লাইনীংবু মপূং ফানা খণ্ডবা ব্রাগনি। লাইনীংদি নাংকা চূনগদবনি।

লাইনীংদবা মীতৈ য়াম্না লৈ। মসি মীতৈগী শক্তম শিথরকপগী খুদমনি। মশাগী শক্তম শিথরকপগী খুদমনি। মশাগী লাইনীং-লাইশোন অমসুং নাংকী খম্বুবা ব্রাংলি, মাইচৌশিংগী ব্রা লৌবা ব্রাংলি। লৈবাক ঙাকপা মীশিংনা মীতৈ লৈবাক্কী খনবা ব্রাংলি, বৃটিশকী মতৌ তমদুনা লৈবাক ঙাকপা মাল্লি। ছয়ান-

চীঙ্খাগী থাক্তা লৈবে। মীতৈগী সনামহী লাইনীংবুসু ঈকাইখুম্নখিদ্রে। মীতৈ হিন্দুগী থৌবমশিংগা মপান হিন্দুশিংগী থৌবমশিংগা মান্নদে। মীতৈ লৈবাক অসিদা সোবাংতা ময়াং লোন্না ঈশৈ শক্তি অদুগা অথদি খঙনদে, অদুবু পূং ফজনা য়েবা খুদীংগী পৈশা পঙথা থানৈ। অঙকপনি। অদুগা লুহোংবদনা সনামহী খুকল্লগা সংকীর্ত্তন শোল্লি। ইংখোল বান্ধব থল্লগা নংত্রগা য়োনথোক্লগা লুহোংবা য়াওনবি। পূম্নমক অসি মথোং-হুক্তবগী থৌওঙ ওাক্তনি।

হৌজিক্তি নুপীশিংনা নাংকী ফনেক শেংতবা হৌবক্লে। শালবাব শেংনবক্লে। শলবাব শেংলবদি মীতৈনি ময়াংনি খঙদবা য়াম্না লৈবে। ফিজেং-চাকচাগা লমচং অমসুং য়ুম্বাল লম্বীগা মবী লৈনবকই। ময়াংদা ময়ুম পানবা মীতৈ নুপীগী মশীং হেনগৎলক্লি। মীতৈ নুপীনা মশাগী নাং ওাক্তবদগী মসি থোক্লকপনি। মীশীং য়ামদবা অপীকপা মীতৈ ফুরূপ অসিদগী নুপীনা মীতোপ্তা ময়ুম পার্নখিবা হায়বা অসিনা মীতৈগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং অমা পী।

মীতৈ ঐখোয়গী ইনাং, চংন-লোল, লাইনিং-লাইশোল, লোল, ময়েক, চংনবীনর্চিংবা শিথবকপগী মতুংইন্না মীতৈগী শক্তম মূংখিবা যাবগী চিংনবা লৈ। অদুবু "মীতৈগী শক্তমদি মূংলুববসু মাঙলোই" হায়বা চীংউ খোংনাংথাবগী পাউতাক অদু অরেপ্পা অমা ওইনা লৌসি। মীতৈগী খুন্নাইলোলগা হিন্দুগীগা য়াম্না খেন্নৈ। হিন্দুগী শোক্ল-শম্নবা য়াদবা, অমাং-অশেং খাযবা অমসুং জাংকী অনেম-অৱাং খায়বা পথাপপু মীতৈনা য়ানীংখিদে। মীবু মীনা য়েংথীনা য়েংবা, মীওইবগী মমল লৈহন্দবা, অমগা অমগা নকশিন্ননা লৈহনবা য়াহন্দবগী খুন্নাইলোলবু নমফুন্দা নিংথৌগী চৈবাক্তা লোয়ননা চংহনখি। অদুবু মতম কুইনা অতোপ্পা খুন্নাইলোল অমনা খুন্নাই অমবু নমথদুনা মতম পূম্নমক্কী ওইনা শক্তম মুখংপা ঙমদে হায়বসি চীংউগী পাউতাক্তা মাঙজৌননা তাকপীখি। লাইনা থাবা মীতৈ লৈবাক্কী মীতোপ্পা নৈখায়জবল্লবসু মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না অশেঙবা শক্তম অমমুক হুঞ্জিল্লক্কনি হায়বসি চীংউ মায়টৌ খোংনাংথাবনা তাকপীবম্মী। নৈখায়বীরল্লবা, ওংপীবল্লবা, মাঙহনবা হৌরল্লবা মীতৈগী লাইনীং, চংনবী, পুৱাবীনচিংবগী অশেঙবা শক্তমবু কন্নবা, হিংগংহন্নবা, চাওখংহন্নবা হোংনবগী

খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনরসি।

মীতৈনা মশাগী অশেঙবা শক্তমবু হায়বদি মীহৌরোলদগী অতোপ্পগা শন্নদনা লোয়নরম্লবা য়েক, লাইনীং-লীচৎ, চৎনরোল, চাওখৎলোলনচিংবা কয়াবু মাঙখিদনবা অমসুং ফগৎহন্নবা হোৎনবা তাই। মালেম অসিদা হৌজিক নমথবীরবা কয়ানা মীমান্নবা ওম্নবা হোৎনরি অমসুং মীপাল তাংদুনা হিংলিবশিংনা মশাগী মখোঙনা লেপ্পা ওম্নবা হোৎনরি। অমাং-অশেং, অনেম-অব্রাং নাইবা অমদি শোক্ল-শম্নবা য়াদবা তমথীরবা খুন্নাই-লোলগী তুক্কচরবা শক্তম্ থুগায়দুনা মশাগী ওইবা মীতৈ লীচৎকী মচিন্মনাও ওইবগী নুংশি-চান্নবা মতৌ অদু শাগৎসি। মীখা থাদনা নীংতম্না হিংবা তারবদি ইশাগী পুব্রারী, লীচৎ, চৎনরোল, ইবোল, ইয়েক্রুচিংবগী অশেঙবা মশক খঙগদবনি।

হৌজিক্তি নুংঙাইরে। মতম কুইনা তুম্নুরবা মীতৈ কয়ানা লাইনীং-লাইশোল, চৎনবীনচিংবা ইশাগী ওইবা লীচত্তা খোঙ থাঙজিনবা হৌনরক্লে। মীতৈদি নীংতম্বা পাম্বনি, মীখা পোনবা হৈতবনি। মীখাপোন্না হিংবগী মহুত্তা শিবা ওম্বনি। শা-লান্দা থৌবনি, থাঙ হৈবনি, তেন হৈবনি, তা হৈবনি, শগোল তোংদুনা লান শোক্লবা হৈনবনি, শরীৎ-শরাৎ (শালিৎ-শালাক) হৈবনি। মীতৈ লাম্মীশিংবু, অব্রা লান্দা মখোয়গী হৈশিংবদু উবগা, অব্রা নিংথৌনা য়াম্না পামখি।

হৌজিক মীতৈনা নোংপোক থোঙবু শাগদবনি, অদুগা নোংপোক থোঙ হাংগদবনি। মীতৈগী মশক খঙবা, মপা-মপুগী লাইনীং চৎপা মীতৈশিংনা থোক্লক্লগা মীতৈবু কনগদবনি। অতৈনা লাক্লগা কল্লগদবা নত্তে, ওইসু ওইথোক্লোই। মীতৈ লীচৎনা মালেমদা ঈংনা পুন্না হিংমিন্নবা ফীভম পুরক্কুনা য়াইফবা ওইরসনু। অমম্বদা মা-মাদুনা চৎনরীবা মীতৈশিংনা মীতৈগী অচুম্বা লীচৎপু চৎলবদি মালেমবু য়াইফহনবা ওম্বগী অরংবা মঙাল অদু শোয়দনা ফংগনি।

## মেরা হৌ (হাও) চোংবা

য়েলহৌঙেদগী লৈবাক অসিদা খুন্দামিন্নবক্লবা চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও অনীগী নুংশি-লীপূন অদু কায়হনবা চুপ্লোই। মচিম্মনাওশিংগী মরক্তা মীতোপ অমগুম উনরকপা অসি লাইবকথীবনি। চীংবুরোই-তম্বুরোই অনীগী মরক্তা অৱাবা অমদি খুদোংচাদবা কয়া অমা লৈরিবসি কনানা লাক্লুনা কোকহনবা ঙমগদগে? ঐখোয়গী অপূনবা লীপূন্না ঐখোয়গী লৈবাকপু চাওখৎহনগদবনি। অপূনবা লীপূন অদু শেম্বদা মেরা হৌ (হাও) চোংবনা মতেং য়াম্না পাঙগনি।

মেরা হৌ (হাও) চোংবা হায়বা অসি নোংদা লাইরেল পাখঙবা হাক্তক্তগী (৩৩-১৫৪) হৌরগা লমদম অসিগী খ্বাইদগী চাউবা কুম্মোশিংগী মনুংদা অখন্নবা অমা ওইনা পাঙথোক্লুনা লাক্লবা থৌরম অমনি। কংলৈপাক অসিগী পুৱারীদা মসিগী কুম্মো অসিনা লৌরক্লিবা থৌদাংশিং অসিগা মান্নবা অতৈ করিগুম্বা হরাও-কুম্মোগী থৌরম অমতনা লৌবা ঙমদ্রি। মসিগী মরুওইবা মচাক্তী ঐখোয়গী ফুরূপকী অমদি জাতিগী ওইবা পান্দমদা পম্লুংফম থম্বনি। চীংমী-তম্মী চামিন-থকমিন্নদুনা অমদি কুম্মো পাঙথোকমিন্নদুনা থম্মোয়গী ওইবা মরীবু চেৎশিনহনবা হায়বদুনা মদুগী পান্দমনি।

চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও অনীগী মরক্তা অহলনা চীংথক্তা অদুগা মনাও অতোনবনা তমদা য়াম্না লাপ্না লাপ্না লৈনখিবা মরমনা তোয়না চথোক-চৎশিন

তৌবা খুদোংচাবমখিদে। মবম অদুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখণ্ডবগী মতমদগী হৌদুনা চীংবুবোই-তম্বুবোই পূন্না য়াম্লসু ঈংদবা, য়াম্লসু শাদবা মেবা থাগী ১০ নি পানবদা চীং-তম অনীগী মকওইবা কুম্মৈ অমা ওইনা মেবা হৌ (হাও) চোংবা পাঙথোকখি। মসিগী কুম্মৈ অসিবু য়াম্লা লায়না খনবা য়াদে। মসিগী মনুংদা লোন্ন-থূপ্না মকওইবা হীবমশিং য়াওবি। মখোয় অদুদি -অপূনবা শক্তম শাগৎপা, থাক মান্ননা হিংমিন্নবা, ব্রায়েল থৌদা ফগৎহনবা, শেম্মীংলোন ফগৎহনবা, চৎনবী-নাৎ য়োকখত্তুনা জাতিগী ঈচেল কনখৎহনবা অমসুং নীংতম্মা পানবা। অদুবু লাইবকথীবনি। থৌবম অসিগী পাঙথোকপা মতম অমসুং পাঙথোকপগী থৌওঙ খেন্নবকপনা হবাও-কুম্মৈবোমদদা চৎখিদুনা জাতিগী পান্দমদগী নাথৈরকখি। ফীভম অসিনা ঐখোয়গী ফুব্দপ অসিবু পুখৎপগী মহুত্তা পূথবগী ফীভমদা লাক্লনি।

হান্নগী মেবাগী ১০নি পানবদা পাঙথোক্লমখিবা কুম্মৈ অদুবু ইং কুমজা ১৭০৯দগী ১৭৪৮ ফাওবা পানখিবা পামহৈবা নিংথৌনা হিন্দু লাইনীংদা লাইমিং লৌখিবদগীদি শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা কুম্মৈ অদুগী মতীক ময়াইবু চমহনখি। নুমিৎ অদুদা পাঙথোক্লমখিবা মেরা শনদুবগী ঈবাৎ-থৌনি অদুবু তোক্লগা নোংগৌবীগী মহুত্তা হেন্না মুবা ক্লাক তানববোমদা লাকখি। ক্লাক ময়ামবু ধর্মগী ওইবা লাইনীং-লাইশোলগা লোয়ননা তাম্বোক্লগা মখোয়না পাইবা মায়কৈ য়েংলগা চহী অদুগী অফ-ফত্তগী খূদম য়েংনৈ। মেবা শনদুবগা পকশিন্ননা পাঙথোকমিন্নবমখিবা মেবা হৌ (হাও) চোংবগী থৌবম্মুনা মেবাগী ১৫নি পানবা থাবান্দা পাঙথোকহনখি।

মেবা হৌ (হাও) চোংবা নুমিৎতা চীংগী ইচিন-ইনাওশিংনা মশা মশাগী নাংকী ফিজেৎ-লৈতেং তৌদুনা শক্তক য়াবখি। ঙকশমদা লিক কোল শীদুনা, নাদা নোংপ্রৈ থেত্তুনা অমসুং খুবোমদা খুবোম-য়াই হাপ্তুনা শক্তক য়াবখি। লৈবাক অসিগী অনকপা অমসুং অবাপ্পা মফম কয়াদগী তিল্লবিবা চীংমী তম্মী পূম্নবু পীজ-পীথক তৌবম্মী। মেরা শনদুবগী মতুং তাবকপদা মেবা হৌ (হাও) চোংবা পাঙথোক্লবম্মী। চীংমীশিংনা মীতৈ নিংথৌদা খুদোলপোৎ পীনৈ।

মৈদিংঙু লাইবেল পাখংবা মতমদগী তৌবকখিবা কুম্মে অদুবু মৈদিংঙু ইবেংবা সনা হাক্তক্তা অমুক্তা হেন্না মপূং-মবৈ ফাহনখি। অহন্নূপ পানা, লাইক্ষম পানা, নহাক্কপ পানা অমসুং খাবম পানা মথিগী তা-খৌছাদুনা থৌরম পাঙথোক্লখি। নূং লংবা, শূক লংবা, লমজেল তান্নবা, মূক্তা শান্নবা, অৰূদ্বা থাঙ্কংনবা, চেঞ্জোঙ, মাঙজোঙনচিংবা তৌদুনা অথোই-অহেন তান্নরম্মী। চীংগী মঙাইশিং, তমগী মঙাইশিং পূন্না উনবগা পোং লান্নবম্মী। জগোই ঈশৈ কয়া তৌদুনা মতম মতমগী নুংঙাইববা কুম্মোশিং তৌবগা চামিন-থকমিন্নবম্মী। মদুনা থৌবম অদুবু মপূং ফাহল্লম্মী। চীং অমসুং তম অনীমক্তগী লাকপা মী পূম্নমক্তা নিংথৌদা মগী মাগী লৈজবা পোংশিংবু নুংশিবগী খুদোলপোং ওইনা কংলম্মী অদুগা নিংথৌনসু মখোয়দা মাগী মাগী মতীকচাবা পোংশিং পীবিখি।

চীংমীশিংনা চীংগী পোথোক ওইবা হৈ বা, পান, মাইবেল, খোংক্রম, লশিং, শিং, পৈয়া, পজেংনা শাবা অখন্নবা পোংনচিংবা পুবরুবম্মী। হাযবিবা পোংশিং অদুনা লৈবাক্কী নিংথৌদা পীবা য়াবা মতীকচাবা লোইপোং ওইবা য়াবোই, চুম্নগী খুদোলপোং ওইনা পুনবকখিবনি। মবম অদুনা মেবা হৌ (হাও) চোংবা নুমিংতা চীংমীশিংনা পুবক্লিবা পোংশিং অদুবু মীতৈ নিংথৌদা লোইপোং ওইনা কংপা পোংকংশিংনি হায়না লৌফম থোক্তে। নিংথৌনা চীংমীশিং অমসুং খুল্লাকপশিংদা খামেনচংপা ফি, অতৈ মনা-মথুম অৰ্মাদ খুদোলপোংশিং পীদুনা নুংশি-চান্নবগী মবী চেংহনখি। মদুদা হবাওদুনা চীংমীশিংনা হৈনজবা তা পায়বগা চোংদুনা জগোই শাখি। মদুদগী লৌবগা হৌ(হাও)চোংবা হায়নখিবনি।

'থালোন নোংখায়লোন' পুয়াগী মতুংইন্না 'মসি চহী কুমজা অমগী অবি-অনৌ তাইনা মেন্দুনা চীংমী-তম্মী পূন্সি-নুংশাং নিবা অমসুং নুংঙাই-য়াইফ থৌনিবা থান।  চীংমী ময়াম তিন্দুনা মকোক্তা চীবোঙ থেক্তুনা শাগী মউন্না শাবা চুঙগী মচিন্দা শবীক্কী খ্রীং খ্রীং লাউবা খোঞ্জেলনা নিন্দুনা, লাম্মী মপৈগুম্না লাউ-খোংদুনা পাঙথোকই। জুম-জুম লাউবা লৈ পবেং ঙক্তা হক্তুনা, মশা কঞ্জনবা খূংগু-তা অমসুং য়োংনা মখোক পানবা তাগী তাখোক্কী ময়ায়দা পায়দুনা তা খৌছারোনগী খোঙকাপ তুঙনা লৌবদুনা চীংমীশিংনা চোংল-

চোংলদুনা জগোই শাবা হৌ (হাও) চোংবা থানি' হায়রি।

কুম্মৈ অসিদি চীংমী-তম্মী তিল্লগা অমতা ওইবগী, পু তিন্নবগী, ইচিন-ইনাও ওইবগী অমসুং নুংশি-চান্নবগী খূদম উৎপনি। নিংথৌনা পূম্নমক্কী হৈন-হৈনবা চীঞ্জাকশিং থৌরাং তৌদুনা চীংগী চাকখুম অমসুং তমগী চাকখুম হায়না অনী থোক্লা থোংলগা চীংমী-তম্মী অনীমকপু য়াম্না হরাওনা চামিন-থকমিন্নহল্লম্মী। মদুদা চীংমী-তম্মী পূন্না ৱারী শান্নবম্মী। নিংথৌনা নুংগোইবীদা শন্দং কৎলম্মী, অদুগা মরুওইনা চীংগী মীয়াম্না পেলহন্নবগীদমক্তা 'শন্দং শবেল' তুদুনা পীজ-পীথক তৌরমখিবনি। মেরা থা অসিদা শন্দং তুবগা অচৌবা চাকলেন অমা পীজে হায়বদগী 'মেরা শনদুবা' হাযবা ৱাহৈ অসি লাকখি। 'শন' হায়বদি শন্দংগী অশম্না ৱাহৈনি, অদুগা 'দুবা' হায়বনা 'তুবা'গী লোম্হৈনি। 'শনদুবা' হায়বা অসি চুম্নগী শন্দং অমা হেক্তা হাৎপবু নত্তে। মপাঙ্গল কল্লবা শন্দং অদুবু মীয়াম তিনফমগী ময়ায়দা থাদোক্লগা মদুবু অকন-অথৌশিংনা ফানবা হোৎনবা অমসুং ফারগা হাৎপগী চাউববা কুম্মৈ অমা ওইবম্মী। অসুম্না নোংদা লাইরেল পাখঙবা হাক্তক্তগী হৌবগা পু তিন্নবগী, ইচিন-ইনাও ওইবগী অমসুং নুংশি চান্নবগী মকওইবা লৈবাক্কী থৌবম অমা ওইনা চথর্বল্লি মেবা হৌ (হাও) চোংবা। শম্না হায়ববদা মসিগী কুম্মৈ অসি চীং অমসুং তমগী অঙম্বশিং অমসুং মীয়াম্না লৈবাক্কী নিংথৌগা লোয়ননা জাতিগী থাক্তা চহীগী ওইনা তৌবনি।

মেরা থা হায়বা অসি অহোঙ-অচাউ থানি, য়াম্না নুংঙাইবা মতমনি। থা অসিগী মনুংদা থৌরম কয়ামুক পাঙথোক্লুনা লাকখি— মেবা চাউরেন হৌবগী ঈড়াৎ-লাইথৌ, মেরা মেন তোংবা, কুম অমগী অনৌবা লোকপা চনৌ তংবা, খোইমোম নুঙ্গোইবী লাইরেম্মবু ঈড়াৎ-থৌনিদুনা লৈমা নিংথৌগী পূজি নিবা, উকায় কাপ্পা, মেরা হৌ (হাও) চোংবা, ক্বাক তানবা, মেবা শনদুবনচিংবা থৌরমশিং অসি পাঙথোকই।

পণ্ডিত লোয়শঙগী হান্নগী পণ্ডিত অচৌবা ওইরমখিবা ইরোম অমুবী সিংহনা মেরা হৌ (হাও) চোংবগী অশেঙবা নুমিৎ অসি মেরাগী ১০নি পানবদনি হায়না মহাক্কী 'মৈতৈ থৌনি লীচৎ, ১৯৯০'তা ইবি। মহারাজ চুড়াচান্দ

হাক্তক্রুগী হৌনা সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোয়শঙদা থবক তৌরক্লুনা মমৈথংদা পণ্ডিত অটৌবা ওইবকখিবা গুবিয়ানবম কুঞ্জচন্দ্র সিংহনসু মেরা হৌ (হাও) চোংবা অমসুং উকায় কলাং কাপ্লগী নুমিৎ অসি মেরাগী ১০নি পানবা নুমিৎতনি হায়রি।

মহারাজ চন্দ্রকৃত্তিনা (১৮৫০-১৮৮৬) পানবা মতমদা অহোংবা খরা লাকখি। চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি—"মেরা থাদি ইরাইনা হল্লে। (১৮৫২) ১০নি থাংজদা ক্লাক তানবদা, মমাংঙৈদা তৌখিদবা লাইরেম্মা দুর্গাগী মূর্তি শাদুনা পূজা তৌএ।" অসুম্না কংলৈ যৌবম ওইদুনা ময়েক শেংনা লাকখিবা ক্লাক তানবা হায়বা মেবা হৌ (হাও) চোংবগী থৌরম অমা ওইরিবা অসিদা হিন্দুগী দুর্গা পূজা পুশিল্লকখি। মসিদা নত্তনা, উকায় কলাং কাপ্লগী থৌরমবু বামায়নগী বাবন শাবগা কাপ্লগী থৌবমনা মহুৎ শিনখি।

অদুগা উকায় কলাং কাপ্তুনা ক্লাক তানবগী পাওথোকপা থৌরম অসিদি অর্থ য়াম্না লৈবা ঐখোয়গী পুব্রাবীগী ওইবা থৌবম্নি। খুই নিংঙোম্বনা পানবা মতমদা (৩৬৪-৩৭৯) লৈবাক্কী থাক্তা উকায কাপ্না অমসুং ক্লাক তানবা পাওথোকখিবগী খ্রাফম লৈ। নিংথৌ তেলহৈবা মতমদা (১৩৩৫-১৩৫৫) মেবা থাদা কাক্কী মচীঞ্জাক পীজদুনা ক্লাক তানখি। ক্লাক তানখিবা মফম অদুবু কাকৈথেল হায়না খঙনখি।

ক্লাক তানবগী নুমিৎতা নিংথৌ, নিংথৌনা পীবা ফিজেৎ শেৎলবা অঙম্বশিং অমসুং মীয়াম্না ক্লাকশঙদা চৎলগা ক্লাক তাল্লি। অখণ্ড-অহৈশিংগী মতুংইন্না ক্লাক তানবগী নুং-গী ওইবা অর্থ লৈ। ঐখোয়গী হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংনা মপানগী মায়া সংসাবগী পোৎশিংগী মহাউ লৌদুনা নুংঙাইবা তাল্লি। ইন্দ্রিয়শিংনা অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙমদববু কাক্কী মচৎ কৌই। মীওইবগী থম্মোয়দা লৈরিবা কাক্কী লমচৎ-নাইদবা মতৌ অদুবু তাম্থোকপগী পাউজেল পীবা মেবা হৌ (হাও) চোংবা থৌরম অসিবু নীংথিনা চাউনা পাওথোকখি। ইং কুমজা ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবা নিংথৌ খাগেম্বনা থৌবমশিং অদুবু হেন্না চাউনা পাওথোকখি। থৌরমশিং অদুদা শক্সক য়াখিবা খুলশিংদি—কসোম, ইথম, খুনবী, চরম, কৈহৌ, লাইরম চীংশাং, মকেং,

নুরাখেল, তুমনৌপোকপী, ময়াংখাং, থুমুয়োন, তোকপা খুল্লেন, নোংথৌ, চাঙৌপুং, লাংকা, মখুই, মখান, মখান খুনৌ, কাংচুপ করা খুল, নাতেকপা, ইচুম, নুংবং, লাংফোক, শরমনচিংবা অসিনি। অদুগা থৌরম অদুদা লাকখিবা মরুওইবা চীংমী কাওলুপশিংদি--চোথে, তাম্বুল, কবুই, লাংতে, আইমোন, চিরু, তরাও, মোয়োন, অনাল, থঙ্গাল অসিনচিংবা।

মতম অমদদি তম্পাক্তা লৈখিবা মনাওশিংবু চীংদা লৈবা ময়াম্বশিংনা চাকৌদুনা চাকনৌ তংবা থৌরম পাঙথোকপগী চৎনবী লৈরম্মী, অদুবু ঙসিদি নুংঙাইরবা থৌরম অদুদি মমি শামদ্রে। মসিবু হিংগৎহনবা চুম্মি। চীংমীগা তম্মীগা মতাউ শান্নরম্মী, মতা শান্নরম্মী। মতাউ-মতা শান্নববু ভাই শান্নবা কৌই। ভাই শান্নবগী মতৌ অদু হৌজিক্তি মমি শামদ্রে।

ইং শোক ১৮৯১গী শোক্লখিবা লান্দা বৃটিশনা ঙমদুনা ঐখোয়গী শেংলবা কংলাবু খোঙনেৎনখিবদগী হান্না মেরা হৌ (হাও) চোংবা পাঙথোক্লমখিবা মফম অদুদা পাঙথোকহন্দদুনা মতম মতমগী খুদোংচাগদবা য়েংদুনা অতোপ-অতোপ্পা মফমশিংদা পাঙথোকপগী চৎনবী লৈরকখি। পীক্লিবা চুরাচান্দবু নিংথৌ হাপচিনবীরগা চীংগী লম মখৈদি বৃটিশনা হকথেংননা শাসন তৌখি। মরম অদুনা মমাঙঙৈদগী চীংগী খুল পুম্নমক মীতৈ নিংথৌগী শাসন মখাদা লৈদুনা চীংমী-তম্মী পুন্না অমদি নকশিন্ননা পাঙথোক্লমখিবা হৌ (হাও) চোংবগী থৌরম অদু বৃটিশকী মতমদগী কায়থরকখি।

হেন্না কায়থরকপগী ঈনোং অমনা মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌশিন্নরক্লুনা অমাং-অশেং খায়বগী অকনবা চৎনবী অমা লাকখিবা অদুনি। মদুনা চীংমী-তম্মী অনীমক্কী মরক্তা খেন্নবা কয়া লাকহনখি। চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবা অদুগা তম্মীনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবা অদুনা তোখায়-তোখায় তানীংবগী রাখল পোক্লরকখি। মদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী অপূনবা শক্তমদা অকনবা চৈথেং অমা পীখি। মসিনা মরম ওইদুনা নিংদোল পোম্নরি।

চিরবা মতাং অসিদদি চীংমী-তম্মী কয়াবু শরূক য়াহন্দুনা থৌরম অসিবু নীংথিনা পাঙথোক্লবা হোৎনফম থোকই অদুগা মাঙলুরবা চীংমী-তম্মীগী হান্নদগী

লৈরক্লবা মচিম্মনাও ওইবগী লেঙদবা মরী অদু হঞ্জিনহন্নবা লাক্লসি। কুম্মৌ অসিবু লেপ্পুনা অমদি হেন্না পাকচাউনা পাঙথোকপা ঙম্লবা মায়কৈ খুদীংমক্তগী মীওই খুদীংনা থম্মোয় শেংনা কখোকপগা লোয়ননা হোৎনমিন্নবা চঙই। কুম্মৌসিগা পুব্বারীগা শাগোন্নদুনা লাকপা মরমনা কুম্মৌ অসিবু পাঙথোকপদা লৈবাক নিংথৌগী চাউরবা থৌদাং লৈ। লৈবাক্কী নিংথৌনা মীৎয়েং চঙদ্রবদি কুম্মৌ অসি নীংথিনা পাঙথোকপা ঙম্লোই। অমরোমদা অমুক হায়রগা কুম্মৌ অসি পাঙথোকপদা চীংমীশিংগী অচৌবা থৌদাং চঙই। তম্মীশিংনসু থম্মোয় শেংনা অশেং-অমাং থাদোকপা তাই।

অথেঙবা মতমদগী হৌদুনা মপানগী ঈথিল লাকপদগী কুম্মৌ অসিসু অসুম অসুম তপ্পা মমি শাল্লকখিবনি। মৈদিংঙু ওকেন্দ্রজিৎ মহারাজগী মতমদা কুম্মৌ অসি অমুক হিংগৎলকখি। চহী ১৭ রোমগী মমাঙদগী নৌনা অমুক লূপ কয়া অমনা তোঙান-তোঙানবা মফমদা পাঙথোক্লবকখি। মৈদিংঙু লৈশেম্বা সনাজাউবা মতমদগীদি কুম্মৌ অসি খরা পাকচাউনা পাঙথোকপা হৌরকখি। চহী ৫/৬ অসিদা ঐখোয়গী ইনাৎপু নুংশিজবা লূপশিং অমদি মীওই কয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌবদগী কুম্মৌ অসি পাঙথোকপা ঙল্লক্লে।

মহৌশা মমাঙঙৈদা পাঙথোক্লমখিবা হৌ(হাও)চোংবগী শক্তমদুগা হৌজিক্কীগা চাউনা খেন্নবা অমদি উই। হৌজিক তোঙান-তোঙান, মচোয়-মচোয়, মপূং ইফা ফাদনা মমিংতগী ওইনা কুম্মৌ মচা মচা পাঙথোক্লদুনা অসুক চাউখ্রবা কুম্মৌ অসিবু পীশক-পীকপা অমা ওইনা উহল্লি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী লৈঙাক্লা ইন্দিয়াগী লৈঙাক মনুংদা চনখ্রবসু লৈবাক অসিগী নিংথৌ লৈরি। নিংথৌ য়াওনা চীংমী-তম্মী পূন্না পাঙথোকমিন্নবনা হেন্না মশক থোকপা, হেন্না ফজবা, হেন্না অর্থ লৈবা অদুগা ঐখোয়গী লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা মতেং পাংবা থৌরম অমা ওইগনি।

পুব্বারীগী তাক্কক অমতদা থোকখিদ্রিবা, লৈবাক নিংথৌ য়াওদনা পাঙথোকহৈদবা মেরা হৌ (হাও) চোংববু মীওই খয় খরগী অপাম্বা মায়কৈদা পুনবা হোৎনদুনা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা মরোমদোম মরোমদোম

পাওথোক্করক্নি। পূম্নমক অসি ঐখোয়গী নাৎকী চৎনরোলগা ওন্ন-তৈনবনি।

লমজিং-লমতাকপীনবা তাকপী-তীকপীনবা অমসুং ওাকপী-শেনবীনবা অওম্বা মপু ম্বাৎপনিনা ওসিদি অশেওবা কুন্ধো অসি ইন্দ্রিয়শিংগী তুং-কোইদবা নুংওাইবা ফংননবা কুন্ধো অমগুম্না ওস্নোকখ্রে। লমদম অসিগী মচি-মতাইদা মপু পান্দবগুম্না কুন্ধো অসি পওতৌ-তৌনরে। মীতৈনা চীংমী শারগা পোৎ লান্নদুনা হরাও-মথোই কানরি। মৌ নহা অমসুং মৌ পোরোবীশিংনা খোওগ্রাউফাওবা শেত্তুনা লম্পাক্তা থোক্লগা থাবল চোংখায়রে। মদুবু মপুরোইবনা নৎত্রগা মতৈনা নৎত্রগা অহলশিংনা য়েংবা ওমদদুনা লৈথোক্লরে। খরা অমনা যুদা ঈরাক্লদুনা লৈরে অদুগা খরা অমনা অমুক অতোপ্পা নিশাশিংদা লূপ্তুনা লৈরে। করম তৌনি তৌরিবসিবো? মীতৈ মাওবা তারে।

মীতৈ মাওবা যাদে। মীতৈদি মীতৈনা শেমজগদবনি। পুব্বারীগী লীক্লমচৎপু ওাক্লা চত্তুনা পুব্বারীগী মগুণ লৈরবা মেরা হৌ(হাও)চোংবগী মতীক-ময়াই পূমচম-চমখিদনবা হোৎনহৌসি। নাৎকী চৎনরোন্দা ওন্ন-তৈনবা ওইরিবশিং অসিবু অমুক্তা চুমথোক্লসি। মহৌশাদগী কুন্ধো অসি নিংথৌ য়াওনা চীংমী-তম্মী পূন্না পাওথোকমিন্নবনা অচুম্বা, হেন্না মশক থোকপা, হেন্না ফজবা, হেন্না ম্বাহম্নোক লৈবা কুন্ধো অমা ওই। মদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা মতেং অমসু ওইগনি। চীংমী-তম্মী মচিম্মনাওগী কুন্ধো অসি ঐখোয় পূম্নমক খওমিন্নসি অদুগা মসিবু মওও চুম্না নীংথিনা পাওথোক্লুনা থম্মোয়গী ওইবা মরীদু চেৎশিনহনসি।

## কংলাশা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাবা

অঈং-অশা খায়বা সনা লৈবাক কংলৈপাক অসি তাইবঙ মপু লাইনিংথৌ, খোইয়ুম লাই ময়াম অমসুং অথৌবা কয়াগী খোঙদাফম্নি। চহী ১২০ লৈবাক ঙাকললমখিবা নোংদা লাইবেল পাখঙবা অমসুং খুমনগী কৈ তবেৎ ফাখিবা পুরেম্বনা পোকখিবা মফমনি। য়ুম্লোন্নবা লৈবাকশিংবু থক থক নীকহল্লমখিবা কংলৈ অথৌবশিংগী লৈবাক অসিবু কনানসু মায়থীবা পীবা ঙম্লমখিদে। মালেমগী অখন্নবা লৈবাক্কি কংলৈপাক।

নিংথৌ পামহৈবগী মতমদা (১৭০৯-১৭৪৮) ইবৈবাক্কী মিং কংলৈপাকপু মণিপুর হায়না ওম্প্লোকখি। কংলা উত্রা মমাঙদা কংলৈপাক্কী পুয়াশিং মৈ থাখি, পুরাবী মৃথৎনবা লাক্রুখি, যেক সলাইবু গোত্রদা ওম্প্লোকখি, মীতৈ লাইনীংগী মহুত্তা হিন্দু লাইনীং হৌদোকখি। হিন্দু ওল্লু য়াখিদবা মীওইশিংবু চৈরাক পীখি। মীতৈ ময়েকপু বংলা ময়েক্তা ওম্প্লোকখি। ইং শোক ১৭১৭ যেরাগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌবু গোপালদাসনা গুরু ওইদুনা লাইমিং লৌবগা গোপাল সিংহ হায়না অনৌবা মিং অমা থোনখিবা মতুংদগীদি কংলৈ নিংথৌশিংগী মমিংশিংসু মীতৈ লোন্দা থোনখিদ্রে।

অশেং-অমাংগী পল অমনা খাজিনখিদুনা কংলৈচাশিংগী মরক্তা খায়বুং খায়বুং তাহনবগী মতাং অমা লাকহনখি। চীংমী-তম্মী মরক্তা খেন্নবা কয়া অমা

লাকখিবদগী চীংমীশিংদা তোঙান তানীংনবগী ৱাখল অমা পোকহনখি। অদুগা অমুক্তসু তম্মীশিংগী মরক্তা খরনা হিন্দু ধর্ম অদুগা খরা অমনা মীতৈ ধর্ম চৎনখি। অকনবা চৈক্লুনি কংলৈচা পৃম্নমক্তা য়ৈশিনখিবসি। অদুদগীদি কংলৈচাশিংনা মতীঙ ফুদোকপা গুম্নকখিদ্রে।

অনম-অহা চূরবা কংলৈচাশিংনা তঙাইফদনা হিংবা অমসুং মীপান তাংবা মওঙগী পূন্সিরোল অমদা লাকপা তাখি। চাকখাউদসু শান্নবা হৌরকখি। নুপীশিংনা উপায় লৈরক্তদুনা খ্বাঙচেৎ লাক্লগা নুপী লান তৌরকখি, লৈবাক কন্নবা হোৎনরকখি। ইরৈবাক, ইনাৎনচিংবা কন্নবগী খোল্লাউ অয়াম্বা নুপীশিংনতা লাউবা তারকখি।

কংলৈচাশিংগী লৈঙাকলোন্দা অকনবা চৈথেং অমা পীবা হৌরকখি। মচিন-মনাওশিং নিংথৌ মুন্নবগীদমক্তসু লাপ্লা লৈখ্রবা বৃটিশ মচাশিংদা ৱানোন্নকখি। বৃটিশশিংনা ৱায়েল্লকখিবা মতমদা নিংথৌমচাশিংদা গুমোক পীজরগা অহাওবমখৈ মখোয়না চাবা হৌরকখি। অকনবনা অশোনববু তুহৎপীবা হৌরকখি।

লৈঙাক পথাপতা মপান্দগী হূ কামশিল্লক্লবদি হূগী চৈথেং ফংলবা লৈবাক্কী অথৌবশিংনা চোংথোকচরক্লবসু মমৈথংদা হূগী ময়াইনা মখোয়বু নমহৎখিবা তাবনি। মহূ পুবা লিন কিদবা মনাও ইবুংঙো কোইরেং, লান্দা থৌবা অথৌবশিং, কংলাশা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাহনখিবা অথৌবা থাঙ্গাল, নিরঞ্জন সুবিদার, পুখ্রম্বা ফিঙাং, চরাই থাঙ্গাল, য়েংখোইবা লাঞ্জিংনচিংববু লিন অদুনা চীকপা তাখি।

ইন্দিয়াদা পানখিবা বৃটিশকী লৈঙাক অদুনা অরোনবা ৱারেপ অমা মাঙজৌননা লৌখি। মদুদি--"কংলৈপাক্কী নিংথৌনা কুলচন্দ্রনা অদুম ওইহল্লগা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজবুনা ফাদুনা কৈশুমশঙদা থাজিনবা"। ৱারেপ অদুদি বৃটিশকা খুৎথোক্লম্রিঙৈগী মমাঙদা লৌখিবনি।

রাজনীতিগী লম্বীদা য়ানবা পুরক্লবা হোৎনবদা মায়পাকপা গুমখিদ্রবদা চীফ কমিশনার মিষ্টর ক্বিন্টন, পোলিটিকল এজেন্ট মিষ্টর গ্রিমউড, কর্নেল স্কিন

অহুম্না যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা ফানবা লোম্না রা তান্নখি। অরোনবা থৌবাং অমা তৌদুনা ইং শোক ১৮৯১ মার্চ তাং ২২ দা দরবার কৌরগা টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হোৎনবকখি। অদুগুম্না নমথাক অদু মাঙজৌননা খঙনরক্তুনা কৌরিবা দরবার অদু কায়খি।

অদুগা অমুকসু যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা শবৌ অমা শীনখি মদুদি মথংগী নুমিৎতা চীফ কমিশনার ক্লিন্টন ইম্ফাল থাদোক্লগনি, মরম অদুনা পোৎচৈ পুনবা কুলি ৪০০ থৌবাংবীনবা অমদি নুমিৎ অদুগী অহীংদা জগোই বাস উহনবীনবা মহারাজদা হায়জবকখি। অওইবা ওইববোই নীংদুনা কুলি ৪০০ থৌবাং তৌখি। মদুগা লোয়ননা মহারাজনা হায়বদগী নোংথোঙ্বম ফুলো সিংহনা জগোই বাস শীল্লাংখি। অদুবু অমুক জগোই বাস য়েংলবোই হায়দুনা তোকহনখি।

৪৪শুবা গুর্খা রাইফলসগী লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরীদা লাম্মী কাণ্ডবু অনী শুবগা টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হুকুম পীখি। ব্রেকেনবরীনা সিপাই ৩০ পুদুনা নুমিৎ তাম্রিঙৈদগী হৌদুনা অরাং থোঙ্গালদা থমদুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ চেনথোকখিদনবা থৌবাং তৌখি। ৪২শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন বুটচবনা সিপাই ৭০পুদুনা থাঙ্গপাৎ লাম্থোকপা কোনুংগী নোংচুপথংবা কাচিন্দা টিকেন্দ্রজিৎ থোক্লকপ্রা য়েংদুনা লৈরম্মী। লেফটেনেন্ট লুগাডনা সিপাই ৫০গা লোয়ননা কোংনুগী ম্নথোঙদা লৈখি।

কোনুংলোমদা টিকেন্দ্রজিৎনা লাম্মী পুম্নমক কোনুংদা কৌথক্তুনা থমখি। লাম্মী মশীং অদু ৪০০০দগী ৫০০০ রোম ওইখি হায়নৈ। লাম্মী ৪০০/৫০০ রোম অমা টিকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গায়দা থমখি, অতৈনা সনা কোনুং ঙাক্লবা থমখি। মীতৈগী তোপ মরি লৈরম্মী, অদুগা অতৈ অতোপ্পা খুৎলায়শিংসু য়াম্না লৈরম্মী। বৃটিশকী মায়কৈদদি তোপ অমতা লৈরমখিদে অদুগা লাম্মী অমমমদা নোংমৈ মরু ৪০/৪০ খক্তা য়াওরম্মী। বাস নীলা য়েংগে হায়জিন্নবন্নগা লান্দাবকখি অমসুং নোংমৈ কাপশিল্লকখি।

তাং ২৪।০৩।১৮৯১ইং শগোলশেন নুমিৎকী নোংঙাল্লমদাইদা লান্দাবা হৌবকখি। বৃটিশশিংনা ম্নথোঙ লানশিনখিবা অদু সন্ত্রীশিংনা উহৌখিদে।

ম্নখোঙদা চঙশিল্লকখিবশিং অদুদি লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরী অমসুং মহাক্কী সিপাইশিংনি। কেপ্তেন বুটচর অমসুং মহাক্কী লাম্মীশিংনা কৈরাক থাদুনা কোনুংগী লৈপল কারকখি। নোংমৈ কাপ্পরকখি। কেপ্তেন ব্রেকেনবরী নোংমৈনা পান্দুনা মখোঙ অনী অমসুং পাম্বোম অনী শোকখি। সুবেদার হীমচান্দগা হাবিলদার অমগা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। লেফটেনেন্ট লুগার্ডনা কেপ্তেন বুটচরগী মতেং পাংনবা হোৎচিনখি। মখোয়না যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গায় য়ৌরকখি। সঙ্গীল্লা থিল্লখিবদা মীতৈশিং শিখি। যুবরাজগী শঙ্গায় মনুংদা চঙখিবা মতমদদি যুবরাজ লৈরমখিদ্রে। অসুম্না বৃটিশকী যুবরাজ ফানবা অনীশুবা থৌরাং অদুসু মায়থীখি। মদুগী মতুংদা নীংবকায়দুনা বৃটিশ লাম্মীশিংনা বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙশিংগী মূর্তিশিং চায়খায়দুনা মাঙতাকহনখি।

তুরেল ম্বাংমদা লৈরমখিবা দসু কৌবা মুসলমান ফোটোগ্রাফর অমসু অরোনবা পাউ পীবা মীনি হায়দুনা বৃটিশশিংনা ফারগা অহানবদা মখোঙ-মখুৎ ককথৎলগা মকোক কত্তুনা হাংখি। মহাক্কী লোয়নবীবুনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি। মখোয়গী মচানুপী অনী অদুদি মশম মশম পূনশিল্লরগা লৈনুংদা ফুমজিন্দুনা হাংখি। মদু উবদা কিদুনা লমজাওদা চেঞ্জবী নুপী অমবুনা মখুৎকা মনাগা ককথত্তুনা হাংখি। বৃটিশ সিপাইশিংনা খুল্লক-খুল্লক্তা চঙলগা উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাইগী য়ুম ১২/১৩ মৈ থাখি।

নোংঙাল্লগা মহারাজ কুলচন্দ্রনা লান লাউথোকখি অদুগা মায়কৈ পূম্নমক্তা লান-পাউ খঙহনখি। অদুদগীদি অঙ-অঙবা ইংরেজশিংদা মীতৈনা লান্দাশিনখি। ময়াংখাংদা (ডিমাপুর রোড) চিরাই নাগানা টেলিফোন সুপরিন্টেন্ডেন্ট মেলভিল অমসুং ব্রিয়ল সাহেব অনী হাংখি। মদুগীদমক্তা চিরাই নাগাবু বৃটিশনা কংলৈপাক লৌশিনখ্রবা মতুংদা হায়বদি খৃঃ ১৮৯১গী ওক্টোবর থাদা ফাঁসি তৌরগা হাংখি।

মীতৈগী ম্বাংখৈরাকপা অমসুং অঙৌসনা অনীনা নোংচুপকী মনুং-থোঙ, য়েংখোইবনা নোংপোক থোঙ, কর্নেল শামুনা খা-থোঙ ঙাক্লম্মী। মীতৈ লাম্মী অয়াম্বনা কোনুংগী নোংপোক থংবা তোবর্বান্দা হাইদোক্তুনা বৃটিশকী মথক্তা নোংমৈ কাপশিনখি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা তোপ অচৌবা মরি পুথোক্তুনা

কাপলকখি। লেফটেনেন্ট সিম্পসননা নোংপোক্কী জঙ্গলদগী কাপশিল্লকখিবশিং অদুবু গুাকথোক্লুবা হোৎনখি। ঝাংখৈবাকপা অমসুং য়াইহুল্লাকপা অনীনা খা-থোগুদগী থোরক্লুনা বৃটিশ রেসিডেন্সিগী মনীংলোমদা লান্দাশিনখি। মদু মায়পাকপা লাঙুং অমা ওইখি। অদুদগীদি টিকেন্দ্রজিৎকী লাল্লোং হোংখি। অতৎ-অথম লৈতনা রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিনখি। নুমিদাং ফাওবদা রেসিডেন্সিগী শগোলশঙগী শগোল অমতা হিংহৌখিদ্রে। মিসিজ গ্রিমউডনা লৈরিবা কাদসু নোংমৈ কাপশিনখি। হৌজিক্তি বৃটিশকী নোংমৈ মক লৈবকখিদ্রে। মবম অদুনা কোনুং কোয়শিন্দুনা লৈবমখিবা সিম্পসন, লুগার্ডনচিংবা কৌথোক্লুখি। গ্রিমউড সাহেবসু রেসিডেন্সিদা হল্লকখি। কর্নেল স্কিন অমসুং কেপ্তেন বুটচর অনীবুসু মাগী মাগী লাম্মীশিংগা লোয়নবা রেসিডেন্সিদা হল্লক্লুবা য়াথং পীখি।

ব্রেকেনববীদি থিকবদা ইম্ফাল তুবেলগী নোংচুপথংবা তোবর্বান্দা নোংমৈনা পান্দুনা তুবগা লৈবম্মী। মহাকপু য়াম্না ব্লানা রেসিডেন্সি তান্না পুবকখি। মহাক্কী মশাদা মফম মঙা গুলিনা পাল্লমখি। অতৈ অতোপ্পা লাম্মীশিংবুসু কর্নেল স্কিনগী য়াথং মতুংইন্দুনা রেসিডেন্সিদা পুবকখি। নুংথিলগী পুং ৪ তাবদদি বৃটিশকী লাম্মী শুম্লমক রেসিডেন্সিদা পুনখি। অদুবু মীতৈ লাম্মীশিংনা নুমিদাং ফাওবদা খুৎলায় য়াম্না লৈবগী মতীক অতৎ-অথম লৈতনা কাপশিল্লকপদা বৃটিশনা কবিসু তৌবা ঙমখিদে। সন্ধি তৌনবনা হেন্না ফবগনি খন্দুনা চীফ কমিশনার সাহেবনা লান লেপ্পসি হায়না চিঠি অমা ইবগা মীতৈ অমা থাদুনা মহারাজদা পীহনখি। নুমিদাং পুং ৮ তাবা মতমদা বৃটিশনা লান লেপ্পগী বেক্সল খোংলকখি, অদুগা কোনুংলোমদগীসু লান লেপ্পগী শেনবুং য়েবকখি।

লান তৌদুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাবা ঙমখিদ্রবদা কবিগুম্বা য়ানবা অমা পুবকপা য়াগদ্রা য়েংনবা চীফ কমিশনার মিষ্টর ক্যিন্টননা মার্চ ২৪গী নুমিদাং পুং ৮.৩০ রোম তাবদা কর্নেল স্কিন, মিষ্টর গ্রিমউড, লেফটেনেন্ট সিম্পসন, মিষ্টর কোসিন্স অমসুং গুর্খা বেংগুল খোংবা অমগা লোয়নবা সনাকোনুংদা লাকখি। মখোয়না চঙলকখিবা উবদা থাঙ্গাল জেনেরেলনা হায়রকখি, "নখোয় চঙলক্কনু,

নখোয়না মচা-মশু, মরী-মতা অমদি মরূপ-মপীজাশিং হাংখিবগী শাউবনা মৈ হৌরিবা মী ময়াম অমা লৈরে।" উশিং-থৌওইদনা মখোয়না চঙশিল্লকখি। দরবারগী থোঙ লোল্লমখিবনা মনাক্তা লৈবা অহাঙবা মফম অমদা দরবার ফমখি। অহৌবমক্তদা থাঙ্গাল জেনেরেলনা হায়রকখি, "লান তোল্লগা ব্রারী শান্নসি হায়রবদি বৃটিশকী খূৎলায় পূন্নমক ঐখোয়গী মী থাদুনা লৌহল্লগা কোনুংদা থন্নসি, দরবার লোইরগা পুজখো।"

দরবার অদুদা য়াওখিবশিংদি থাঙ্গাল জেনেরেল, মেজর নিলমনি সিংহ, অঙোম নিংথৌ গীরিধারী সিংহ, হাওবম দেৱান অমসুং লুৱাং যাত্রা সিংহনি। দরবারগী মপান্দা মী য়াম্না তিল্লমখি। মহাক্কী বিচাবগী মতমদা মী কয়াম দরবারগী মপান্দা তিনখিবগে হায়না জর্জনা হংবদা টিকেন্দ্রজিৎনা মী ৩০০/৪০০ তিনখি হায়না খুমখি।

দরবার অদুদা খন্ন-নৈনবা হেক হৌরকখিবগা টিকেন্দ্রজিৎনা মিষ্টর ক্লিন্টনদা অসুম্না হায়খি, "সাহেব, তুমু চৎকনি, কোহিমা চৎকনি, কুলি পীয়ু, জগোই রাস য়েংগে হায়না নমথাক তৌরগা লান তৌশিল্লকখি; মরম অদুনা ঐখোয়না বৃটিশপু অমুক থাজবা লৈত্রে, ব্রারী শান্নসি হায়রবদি নখোয়গী খূৎলায় পূন্নমক সরেন্দর তৌ।" চীফ কমিশনারনা খুন্নকখি, "খূৎলায়শিং অসিদি বৃটিশ সরকারগী মরন্নি, ঐহাক্না পীথোকপা ঙমদে।" অসুম্না ব্রাহং পাউখুম তৌনবদা নুমিদাং পূং ৯ তারকখি। য়ান্নরোইদবা অদু উবদা মিষ্টর ক্লিন্টননা হয়েং খন্নরসি হায়দুনা মহৈ-মহৈ ফুক ফুক হৌগৎনখি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎসু চৎখিরম্মী। অঙোম নিংথৌনা সাহেবশিং অদুবু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকখি। মফম অদুদগী গজ ৫০মুক্তা চৎলিঙৈদা প্রজা মীয়াম্না 'হাৎলো, হাৎলো' হায়না লাউরগা ফুজিল্লকখি। মীয়াম মরক্তগী অমনা লেফটেনেন্ট সিম্পসনগী মকোক্তা থাঙনা য়াল্লম্মী। অদুগা পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টর গ্রিমউডপু পুখ্রম্নম কাজাউনা তা-না থিন্দুনা হাৎখি।

যাত্র সিংহ ফৌরুংবনা সাহেবশিং অদুবু কন্নবগীদমক্তা দরবার হোলগী থোঙজাউ অদু কাওখায়রগা দরবার হোলগী মনুংদা থাজিনখি। মীয়াম্না

লাংনরকপা অদু তাবদা টিকেন্দ্রজিৎনা মফম অদুদা লাক্তুনা চৈ অমা পায়রগা উিল্লগ্লিবা মীয়াম অদু তানখায়খিরম্মী। মহাক্কা চীফ কমিশনারগা ঙাইহাক ৱারী শান্নরমলগা সাহেবশিং অদুবু অশোয়-অঙাম থোক্তনবা অঙোম নিংথৌদা শিন্নরম্লগা চংখিরম্মী। অঙোম নিথৌনা অমুক মীওই নিপালদা শিন্নখি। মখোয় অদুদি--(১) ওইনা শাজৌ, (২) ঘনসিংহ খোমদ্রা, (৩) উশবা, কবো লৈকাই, (৪) অবুংজাউ য়েনখোয়বা, (৫) হিদা চাউবী মচাহল, (৬) নোনিসিংহ নেপ্রা মচাহল (ঘনসিংহ), (৭) খম্বসিং লাইশ্রবা মচাহল অমসুং (৮) ধজোসিংহ ময়েংবম মচাহল। সাহেবশিং অদুগী মরক্তগী অমনা ঈশিং খজিক্তনা থকচগে পীবিয়ু হায়জরকপদা গুদাম পান্নবা যাত্রা সিংহনা ঈশিং পীথকখি।

থাঙ্গাল জেনেবেলনা কোনুংগী থবক তৌবা উশবা সিংহদা (অরুদা) সাহেবশিং অদু হাত্তোক্লো হায়না হুকুম পীরকখি। উশবানা ৱাফম অদু অচুম্বরা হায়না যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মনাক্তা চত্তুনা হংজখি। যুবরাজনা হায়রকখি, "মদু তৌরুখিনু, ঐহাক লাকখিগে।" মদুদা থাঙ্গাল জেনেরেলনা উশবা সিংহদা হায়বকখি, "সাহেবশিংগা ঐখোয়গা তাইশিন্নবা শুকয়া য়াররোইদৌবনি।" তাঙ্গা অদুদা যুবরাজ লাকখি অদুগা থাঙ্গাল জেনেরেলগা ঙাইহাক ৱারী শান্নরগা চংখি। অদুদগীদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা অমুক্তা হুকুম পীরকখি, "সাহেবশিং অদু হাত্তোক্লবা শগুলিংবদা শীন্নশ্লো।"

থাঙ্গাল জেনেরেলগী হুকুম অদুগী মতুংইন্না নুমিদাংগী পুং ৯.৩০ রোম তাবা মতমদা কোনুংগী য়োংশুবা থাংজবা য়াইমানা সাহেবশিং অদুগী মখোঙশিংদা য়োম্লিং-ফলাংশিং চনশিনখি অদুগা মখুৎশিং অদু তুংলোমদা পূনশিনখি। উশবা অমদি ঘনসিং অনীনা নুমিৎ অদুগী অহীং নোংয়াই মতুংদা সাহেবশিং অদুবু পুথোক্লক্তুনা শগুলিংবা শগোলশেম্না ঘনসিংদা অমমম ওইনা শীন্নখি। নুমিৎ অদুগী নোংয়াই মতুং পুং অমা তাবদা ধনসিংনা পুথোক্তুনা মগুকশিং ককখি। বেংগুল খোংবা নুপা অদুগা সাহেব অনীগা মখোয় অহুমদি থাগুকক অমমমদা লোইশিনখি, অনী অমদি থাগুকক অনী অনী ককখি হায়না

বিচার মতমদা ধনসিংহনা জবান পীখি। অহানবদা সাহেবশিংবু হান্না ককখি অদুগা ইকোন কোনবদা বেংগুণখোংবা নুপা অদুগী মকোক ককখি।

কোনুংগী মাইবা অনীনা অককপা মকোকশিং অদুবু থল্লগা ঈড়াংলম্মী। মখোয়গী ঈ অদুনা কংলাশা অনীগী মচীন্দা তৈশিল্লম্মী। অদুদগীদি ধনসিংহনা অককপা মকোকশিং অদু পুরগা মাইবশিং অদুনা তাকপা মতুংইন্না নুংগোইবীদা খূবোম অমরোম লুনা কোম তৌরগা ফুমজিনখি। অদুগা মখোঙশিংদা থাংলম্বা য়োট্টিং-ফলাংশিং লৌথোকপদা মখোঙশিং অদু ককথংখি। হকচাঙশিংগী শরূকমখৈবু মী তরানা পুরক্লগা নাগা-বস্তিদা ফুমখি। 'মতম খোঙলৈ' হায়বা পুয়াদা চীংউ খোংনাং থাবনা (খোংলৈ থাবনা) হায়বীবমখিবা "কংলাশা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাররনি" হায়বদু নুমিৎ অদুদা তশেংনা চুমখি। ময়াংখাংগী চবাই থাঙ্গালনচিংবনা মেলবিন সাহেব অমসুং মিষ্টব ওঃব্রাইনবুসু মার্চ তাং ৩দা হাংখি।

কংলৈচাশিংনা বৃটিশ রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিনখি অদুগা মদুদা বৃটিশ লাশ্মী ১৭ শোকখি। মিসিজ গ্রিমউডনা অশোকপশিং অদুবু নীংথিনা সেবা তৌখি। মিসিজ গ্রিমউড, লেফটেনেন্ট গর্ডোন, অতৈ ওসিফাবশিং অমসুং লাশ্মীশিং পূল্লগা মী ১০০ মুক্লা অশোকপা লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরী অমসুং অতৈ সিপাইশিং পুরগা নুমিৎ অদুগী অহীং নোংয়াই মতুং পূং ২ তাবদা লোন্না ইম্ফাল থাদোক্লগা তোংজে মবীল্লোমদা চেনখি। মখোয়গী ইনা কূপ্না বেসিডেন্সি অদু মীতৈশিংনা মৈ থাদোকখি। কৈশুমশঙদা ইংরেজ ১৪০ মুক লৈহৌখি।

লম্বীদা মখোয় য়াম্না চিংন-চিংননা চৎলম্মী। মার্চ তাং ২৬কী অয়ুক পূং ৮ তাবদা মখোয়না কাছাড় লম্বী থেংনখি। পূং ১০ বোম তাবা মতমদা মখোয়না ৪৩শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রিগী লূচিংবা কেপ্তেন কাউলীবু লাইমতোন চীংথক্তা থেংনখি। কেপ্তেন কাউলীনা কাছাড়রোমদা অমুক হন্না মিসিজ গ্রিমউডকা চৎমিন্নবা তাখি। রেসন কোন্নদবদগী কেপ্তেন কাউলীগী কাঙবুদা য়াওরমখিবা রেসন অদু য়েন্নরগা চামিন্নখি। রেসম অমসুং নোংমৈ মক লৈরক্তবদগী মখোয়না য়াম্না থুনা য়াংনা মার্চ ২৬কী অহীংদগী কাছাড় য়ৌনবা চৎখি। তাং ২৭কী

অয়ুক্তা খৌবুম য়ৌখি, অদুগা তাং ২৮দা লেংবা খুলদা থুংখি। তাং ৩০দা মক্রু অদুগা ৩১দা শিলচর য়ৌখি।

কংলাশা মমাঙদা অঙৌবা মকোকশিং কেনখিবগী পাউ অদু তাবদা ইংলেন্দনা কংলৈপাক্তা ৱার দিক্লিয়ার তৌরকখি। খৃঃ ১৮৯১গী এপ্রিল তাং ২১দা খিবোমৈরোমদগী (কোহিমা রোমদগী) জেনেরেল কোলেটনা লুচিংদুনা লান্দারকখি। খুরাইলাকপা সনাখ্বানা লুচিংদুনা লাইশ্রম জম্বুবান, মেজোর মাব্য, অমু সুবিদার, হৈক্রুজাম্বা পোইলানচিংবনা মীতৈ লান্মী ১০০০গা লোয়ননা খিবোমৈগী লাঞ্জং অদুবু কংলাতোংবীদা থিংজিনখি।

এপ্রিল তাং ২১ অদুমক্তদা কাছাড়রোমদগী তোংজৈ মরীলদা বৃটিশনা লান্দারকখি। মদুদা সনাখ্বা কালাসনা হঞ্জবনা কংলৈপাক্কী লান্মী ১০০০ পুদুনা ঙানবা লৌরুংপুরেল, য়েংখোইবা পোইলা, লোংজম পোইলানচিংবা অথৌবশিংগা লোয়ননা লাইমতোন চীংথক্তা বৃটিশ লান্মীবু থিংখি।

তুমুরোমদগী বৃটিশনা লান্দারকখিবা অদুগীদি পুংজা খুদীংগী অতৎ-অথম লৈতনা মখোয়গী লান্মীশিং থাজিল্লকখি। ৱাংখৈ মৈরাবা মেজোরসু লান্মী ৭০০ পুদুনা খোংজোমলোমদা লাকখি। থৱায়বু পোম্বা ওইনা কৎনখি। মৈরাবা তুখিবা তাবদা পাউনা ব্রজবাসীবু কৈশুমশঙদগী থাদোক্লগা মমা লৈবাক্কীদমক্তা বৃটিশকী মায়োক্তা লান চঙহনখি। খোংজোম লানফমদা অথৌবা পাউনা ব্রজবাসীগী পুন্সি লোইশিনখিবগা লোয়ননা কংলৈপাক্কী নীংতম্বসু মাঙখি।

অদুদগীদি পৃকচেল শীকপা শাগেগী মৈতাল অশিবা মীথীবোং কয়ানা লৌতুনদুনা কংলৈপাক্কী অথৌবা কয়া ফাগৎলকখি। ট্রাইবুনেল অমা শেন্নগা কংলৈপাক্কী অথৌবা মঙা মপাল কাঙজৈবুং অমসুং জেলদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। ইংলেন্দগী পার্লিয়ামেন্টতা টিকেন্দ্রজিৎ হাৎপ্রবা মতুং ফাওবদা মীহাৎ অদুগী মরমদা চুম্মী লাল্লি য়েংনদুনা লৈখি।

# চীংদা মীতৈ খুল

হৌজিক হৌজিক চীংদা মীতৈ খুল অমা লৈ। ইং কুমজা ১৪৭০দা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা মীতৈ নিংথৌ কিয়াম্বদা কবোক তম্পাক কংলকখি। মীতৈ নিংথৌনা কবো তম্পাক্কী ঙমখৈ ঙাক্লনবা হায়দুনা মীতৈশিংবু চীংদা ক্না থাহন্দুনা খুন্দাহনখি। মরম অদুদগী খুন্দাহনখিবা খুল অদুবু ক্বাথা হায়না কৌখি। মসিগী চীংদা লৈবা মীতৈ খুল অসি ইম্ফালদগী মোরে য়ৌগদবা কিলোমিটব ১১রোম ৱাংলিঙে মফম অদুদগী কিলোমিটির মঙারোম চীংগী অকা-অকুমদা চঙশিল্লগা লৈ। চীংমীশিংনা লৈবা চীংলোন কয়াগী মরক্তা মীতৈগী খুল অমা লৈবসি য়াম্না নুংশিনীংঙাইনি।

মমাঙঙৈদদি মীনা বর্মাদা চৎপা তারবদি ক্বাথা ফাওরগা মংসা তারম্মী। মদুগীদমক্তা খোঙলম্বী অনী লৈরমখি--অমনা ৱাংজিংদগী হৈরোক, শামুকোম, শাদাং, কম্বোং খুল্লেন, লৈবী ফাওরগা ক্বাথা য়ৌরম্মী, অদুগা অতোপ্পা খোঙলম্বী অদুনা পল্লেলদগী আইমোন, সাইবোন, লাইমতোন, য়েংখোয়পন, তেংনৌপল, চামোন, খোঙগাং, লোকচাউ, সেবোঙ ফাওরগা ক্বাথা য়ৌই। ক্বাথাদগী খর চৎলগা কবোগী মংসা তাই।

ক্বাথাগী মনা-লোক নৎত্রগা মনা-ইম্বোলদা (কৌবংলোক) পানা-মনা য়াম্না ফংলম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুদা ক্বা থাহনখিবনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী

হাক্কক্তা (১৮৫০-১৮৮৬) বংলা লৈবাক্তগী মচিম্মনাও অনীশক মখোয়গী তুংইনবা মী খরগা মতু-মচাশিং পুদুনা কংলৈপাক্তা লাকখি। অহল অদুবু ক্বা থাবা হৈ হায়বগীদমক্তা মীতৈ নিংথৌনা ক্বাথাদা লৈহল্লগা ক্বা থাহনখি।

মীতৈ তারিবা ক্বাথা খুলগী চীংদোল অদুগী মমিংদি নোংথ্রকপী চীং হায়না কৌই। খা-অৱাং শাংনা মী তাবা খুলনি। ক্বাথা খুলগী পম্বোংদগী খুলগী হরাওবুং ফাওবদু ফারলোং অমা মখায়রোম শাংই। যুম ৪৫রোম যুম্লেং অনীথোক্লা পরেং শানা তাই। খুল অদুগী নোংপোক্তা য়াঙৌতুৰী, নোংচুপতা লৈবী খুল, অৱাংদা শাদাং চীং, মৈবমদা মোরে, অদুগা মোইরাংলাইজিদা খোওগাং লৈ। খুল অদুদা অঙোম, নিংথৌজম, ক্ষেতিময়ুম, লাইশ্রম, সোরোকখায়বম, তখেল্লম্বমনচিংবা যুম্নাকশিং লৈ। নিংথৌজম যুম্নামক্কী মীশিংনা য়াম্মী, মথংদা ক্ষেত্রিময়ুমনি।

সনামহী অমসুং লৈমরেল লাৎলি। হৌজিক্তি ক্বাথাগী খুঞ্জাশিং অয়াম্বনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌশ্লে। অনা-অয়েক থোরকপা মতমদা ডাক্তবগী খুদোংচাবা লৈতবনিনা মাইবা অমসুং মাইবীগী মতেংনা লায়েংলম্মী। খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবা মীশিংনা মিশনরী ডাক্তরশিংগী মতেং মরক মরক্তা ফংখি। অদুদগীদি খুলগী নিংথৌ ফাওবা খৃষ্টিয়ান ওনখি। মীতৈগী লাইনীং লম্বীদা চংহৌখিবা খুঞ্জাশিংদি অসুম অসুম য়ামশিল্লক্তদুনা খজিক্তা ঙাইহৌরে। ইং শোক ১৯৬০গী অদুৱাইদা ওজা অমু অমসুং ওজা কেরানী অনীনা খুল অদুদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম পুশিল্লকখি। অদুগা ইং শোক ১৯৭০দা কাছাড়দগী লাকপা মীতৈ মচা তোঞ্জাও কৌবা নুপা অমনা ক্বাথাদা খৃষ্টিয়ান ধর্মগী চর্চ লিংখৎলম্মী।

যুম খুদীংগী য়েৎলোম ওইরোমদা ক্বা পাম্বী হৌই। যুমশাদি মীতৈ তম্পাক্কী যুমশাগা মান্নে। ক্বা অহুমগী যুমনা য়াম্মী। কাংথোন অমসুং হিদাল্দা তুম্মি। যুম অয়াম্বা লাইখন তাই। মমাঙলোমদা কোক ওন্দুনা তুম্মি।

মখোয়গী ফিজেৎ-চাকচাদি মীতৈগা অদুম মান্নে। নুপীনা ফনেক শেৎলি, ইন্নফি ইল্লি। লৈশাবীনা ফনেক খোইখা শেৎলি, অদুগা মৌশিংনা ফনেক ফিদোল চিংখৎলগা শেৎলি। নুপাশিংনা খুদৈ শেৎলি, ওবোং ইল্লি অদুগা নহারোলশিংদি খোল্লাও শেৎলি।

ইমুং অয়াম্বনা ষণ, ইরোই, হূই, হৈদোং, ওক, য়েন্নচিংবা য়োকই। য়ূমদা য়োকপা শাশিংবু গুাকথোক্লবা য়ুমথোং খুদীংদা খূৎলায়শিং থম্নৈ। চাননবা ওক য়াম্না য়োক্রে, অদুগা য়ুসু শুংই। মখোয়দি শা চাই, য়ু থকই। মী অয়াম্বা কুচু শেংদে। অনা-অয়েক য়াওরক্লগা থৌ তৌবা, খয়োম লাকপা, চাবান থাবনচিংবা তৌনৈ। অহল অয়াম্বনা মন্ত্র হৈরম্মী। মখোয় মশানা 'ক্বাথা সনা লৈবাক' হায়না হায়নৈ। মখোয়না চীংদা লৈবা মরম্না তম্পাক্কী চাওখৎপগী নুংশিৎতি য়ৌদে।

নুপী হায়ন-শীংনবা মতমদা নুপা ময়ুমগী মীশিংনা নুপী ময়ুমদা য়ু পুরগা চৎনরম্মী। য়ু খরা নুপী অদুদা পীরম্মী অদুগা য়ু অদু নুপী অদুনা থক্লবদি নুপী অদুনা য়ারে, থক্লবদি নুপীনা য়াদ্রে হায়না লৌনরম্মী। মরম অদুনা নুপী অদুবু য়ু পীথক্লবা কন্না হোৎনরম্মী। খুলগী অহল-লমন্না য়ু থকই। মৌশিংনা চান-থক্লবা শীল্লি। লৈশাবীশিংনা অতোপ্পা য়ুম অমদা য়ু থক্লরম্মী।

শানৈ-য়ুনৈবনা লুহোংবগী মপূং ওইরম্মী। লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা নুপী ময়ুমগী অহল-লমন্না নুপী থিল্লি। মমাঙৈদদি নুপী ময়ুমদা চহী অহুম য়াওং ইনবা চৎনরম্মী। হৌজিক্তি মদু চৎনদ্রে। অঙাং পোক্লগা অঙাং অদুগী খোয়রী অদু বাথৌনা কক্লরম্মী। অঙাং অদুনা নুপা ওইরবদি মঙানি শুবা নুমিৎতা ইপান শোল্লি অদুগা নুপী ওইরগনা তরাক্লিশুবা নুমিৎতা ইপান শোল্লি। চহী অহুম শুরগা মনা হুৎলি। হৌজিক্তি তৌনদ্রে।

তমগী মীতৈশিংনা তৌবগুম্না শিরগা মৈ থাই। অরাপ্পা লমদা চৎখিবা য়াওরবদি চৎখিবা খুলগী মী অদু গুাইবা ওইনা অশিবা হকচাং অদু খাঙেনফমদা নুমিৎ খরনীমুক থম্লবসু য়াওই। অদুবু উদগী তাদুনা শিবা, শানা শোক্লুনা শিবা, অঙাং পোকপদা শিবা, থাঙ-তেন্না পান্দুনা শিবা নৎত্রগা আত্মাঘাট তৌদুনা শিবগী হকচাঙশিং অদুবুদি ফুম্নরম্মী। মংগারকপদা ইরুজবা চৎনৈ। থাশি নুমিৎতা মংদা চাক থাবা চৎনৈ। লা থারগা চাক্লক অনী থাই, মদু চাবা য়াদে হুন্দোক্রে। শোরাৎতি শোন্নীংবা মতমদা শোম্নৈ। শা চাবা, য়ু থকপনা শোরাৎকী মপূং ওই।

কাথাদা হরাও-কুম্মৈ য়াম্না লৈতে। য়াওশঙ, চৈরাওবা অমসুং লাই হরাওবা মপূং ফানা তৌই। য়াওশঙ শারগা মৈ থাই অদুগা নুপাগা নুপীগা অবের

তৈনৈ। শেল নিবা চৎনৈ। খুল অদুদা নোংপোক নিংথৌ হল্লাওই। পান্থোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌবু পান্থোইবীগী হান্নগী মপুরোইবা খাবনা হাৎকে হায়দুনা তান্নরকখিবদা ককচিংগী ইরুম নিংথৌগী মফমদা চঙজদুনা লৈখিবা মতমদা পান্থোইবীনা পোক্লম্বী মচানুপীনি হায়দুনা সন্দ্রিক চনীংখোম্বীবু থাজনৈ। কোবী চফুদা হাপ্লগা অঙাং সন্দ্রিক চনীংখোম্বীবু লৈপাক্তা ফুন্নমখিবদু তুমুরাকপনা থেংনদুনা মহাকপু য়োকপীখিবনি। মদুদগীনি মহাক্কী মচানুপীনি হায়দুনা মোইরাং থোইবীনা কবোদা লোই থাবকখিবা মতম অদুদা মতা শান্নখিবনি। খুল অসিদা লাইরেম্বী অনীদুগী লাইশঙ অনী লৈ। সন্দ্রিক চনীংখোম্বীগী লাইশঙনা পীকই।

হবাওরিঙৈদা তুমুলাকপগী মফমদা লোইপোৎ কাই। য়াচংবা মতমদা লাইবুং কাই। লাইবুংদা খুল্লাকপা (নিংথৌ), লুপলাকপা, য়ুপানবা, পাখঙ লাকপা, লৌমীলাকপা, লৌমী হিদংনচিংবশিং মকোক মথং নাইনা ফমই। হবাওবা মতমদা কোমায় শীজিন্নৈ। মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবা, চীংমীনচিংবা পুম্নমক য়াওই। মাইবীনা অয়ুক্তা লাইপাউ চেল্লি। য়ুম্বুরেনশিংনা য়েন অমমম লাইদা কত্তুনা উশীল শীল্লি। বাগী তোংজেদা হাইয়ু থক্লে। নুপীশিংনা শরেন চনবগী শা অথোংবা শিংজু শুবগা য়েল্লি। লাইরোইনা খাইদগী চাউবা কুম্মোনি। লাইরোই নুমিৎতা 'লাই তানবা' হায়বা থৌরম অমা নুমিদাংদা পাঙথোক্লে। মদুনা তাক্লিবদি হবাওরিঙৈদা লাকখিবা তীনমু-লাইমুশিং তাম্থোকখিবনি। নুপাশিংনা মখুত্তা চৈ অমমম পায়বগা তাল্লি অদুগ তাল্লকপা মতম অদুদা য়ুম খুদীংমক থোঙ লোনশিল্লি। মাঙ্গোল মচিদা, দাড়িদা, ফক্লাংদা চৈনা পোপ পোপ য়ৈরগা 'তাল্লো, তাল্লো' হায়না লাউরক্কনি অদুগা মীওই খরনা 'তাল্লে, তাল্লে' হায়না খুমগনি। অসুম্না তীনবু-লাইমুশিংবু খুলগী শম্থোংগী বাংমদা তাম্থোকই। মদুদা হরাওবা লোইশিল্লি। লাই হরাওরিঙৈদা কবো মচাশিংনা থাঙ হাইবা, চৈ হাইবা অমদি অতৈ-অতৈ নুংঙাই-নুংঙাইরবা মহৈশিং উত্তুনা হরাওবা অদুবু মপুং ফাহল্লি।

অন্দ্রোগী অহল-লমনশিংনদি কাথাশিং অসি অন্দ্রোদগী চৎখিবা মীয়োলশিংনি হায়রি। মখোয়না ঙাঙনরিবা লোলসু অন্দ্রোগীগা মান্নৈ। লৈফম অমসুং ঈশিং-নুংশিং খেন্নখিবদগী খরা খেন্নবা লৈখিবগী বাদনি হায়রি। তশেংনা

হায়বা তারবদি অন্দ্রোসু ক্কাথাসু অনীমক অসি চীংমী-তম্মী অনীমক্কী চৎনবীশিংনা তিন্নরগা শাবা শক্তম অমনি। ক্কাথা হায়বা খুল অসি কংলৈপাক্কী ইতিহাসকা শাগোন্নরবা মরুওইবা খুল অমনি। খুল অসিগী চাওখৎ-থৌরাং কয়া পায়খৎপীহৌবনা ফগনি। অদু নৎত্রবদি খুল অসি লাইবকথীবগী থীবা অদুম লৈরগনি। মদুনা মীতৈগী শক্তমদা অকায়বা পীগনি।

## মীতোপ চঙলকপা থিংহৌসি

সনা লৈবাক কংলৈপাক অসি য়াম্না ফজত্রবা ইমা লৈবাক্লি। মহৌশা লাইবেঙ্গীগা খুৎশেমগা লৈমিন্নরিবা অঙ্গং-অশা খায়বা লমদমনি। কংলৈপাক হায়বা মিং অসিদি চীংমী-তম্মী অনীনা হৌবকপগী রাফমগা মরী য়াম্না লৈনৈ। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা (চীংমীনা) কোয়না পনঙাকপা হায়দুনা শৈথানৈ। হৌজিকসু চীংশাং পবেং পবেংনা লেঙদনা হান্নগুম পনশাবি। অদুবু চীংমীশিংনদি হৌজিক পনঙাক্লিব্রা? মমাঙঙৈগী শংবান্নবা উমং-রামংশিং অদুবু ঙসিসু হান্নগুম লৈরিব্রা? চীংমী-তম্মী নুংশি-চান্ননা লৈবমখিবা অদুবু হৌজিক ফাওবসু লৈরিব্রা? মেরা থাউমৈ ঙসি ফাওবা থান্নরি। মদুগী কান্নববু লৈব্রিা?

মচিস্নানাও নুংশিনবগী মহুত্তা য়েংথীনবে, হাত্তোক্লরে অদুগা মপাঙ্গল কনবনা অচুম্বা শক্লরে। মপাম্ফোংদা অপূনবা শক্তম শাজরবসু নুংদদি কাঙলূপ নাইনা খায়দোক্লবগী য়ুম্ফম থোক্লি। মশা মশাগী অনীংবা নংত্রগা অপাম্বা ফংননবা অফোঙবা নংত্রগা অরোনবা লান তৌনরি। মতম খরগী মনুংদা অওনবা কয়া অমা লাকস্রে। হৌজিকসু অওনবা কয়া লাক্লি অদুগা মতুংদসু অওনবা কয়া লাকখিগনি। ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম অসি কায়খিবা য়াবগী চিংনবা লৈ। মদুগীদমক খম্ফম থোকই।

কংলৈপাক্কী অপূনবা পাক চাউবা বর্গ কিলোমিটর ২২,৩২৭ অসিবু চীং অমসুং তম হায়না অনীথোক্লা খায়দোকই। য়েলহৌঙৈদগী চীংমী-তম্মী অনীমক্লা লৈবাক অসিদা খুন্দামিন্নরক্লি। হৌজিক ব্রায়েল-থৌদাদা হেন্না খুদোংচানবগীদমক্তা চীংদা জিলা মঙা অদুগা তমদা জিলা মবি থোক্লা খায়দোক্লগা পূন্না জিলা মাপল লৈ। চীংগী জিলা মঙাদা তম্পাক্কী লমদা চৎনরিবা লেন্দ রেভিন্যু এক্ট অসি চৎনদে। চীংগী লমদা তম্পাক্কী মীতৈশিংনা খুন্দারুবা য়াদে, পটা পীদে। চীংগী জিলা মঙা অসি চীংমীশিংগী বিজার্ভ এরিয়ানি। অদুবু তমগী লমশিংদি তম্মীখক্তগী (মীতৈখক্তগী) ওইবা নত্তে, চীংমীশিংগীসুনি। তম্পাক্কী জিলাশিংদদি অথিংবা অমতা লৈতে।

য়েলহৌঙৈদগী হৌদুনা তম্পাক্কী লমদা খুন্দাবিবা মীতৈনা মশীং য়াম্বা মী কাঙলূপ অমা ওইনা লৈরকই। ইং শোক ২০০১গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না কংলৈপাক্কী অপূনবা মীশিং অসি লাখ ২৩,৮৮,৬৩৪নি। নুপানা লাখ ১২,০৭,৩৩৮নি অদুগা নুপীনা লাখ ১১,৮১,২৯৬নি।

জিলা জিলাগী মী মশীংঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | সেনাপতি | - | ৩৭৯,২১৪ |
| ২) | তমেংলোং | - | ১১১,৪৯৩ |
| ৩) | চুবাচান্দপুর | - | ২২৮,৭০৭ |
| ৪) | বিষ্ণুপর | - | ২০৫,৯০৭ |
| ৫) | থৌবাল | - | ৩৬৬,৩৪১ |
| ৬) | ইম্ফাল বেষ্ট | - | ৪৩৯,৫৩২ |
| ৭) | ইম্ফাল ইষ্ট | - | ৩৯৩,৭৮০ |
| ৮) | উখ্রুল | - | ১৪০,৯৪৪ |
| ৯) | চান্দেল | - | ১২২,৭১৪ |

খৃঃ ২০০১গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না ট্রাইবকী মী মশীংঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | আইমোল | - | ২৯৭৯.২০ |
| ২) | অনাল | - | ১৪৯৫৮.৪০ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩) | অঙ্গামী | - | ৯০৫.৬০ |
| ৪) | চিক | - | ৫৯৯০.৪০ |
| ৫) | চোথে | - | ২৬৯৮.২০ |
| ৬) | গাঙটে | - | ১২৬২৫.৮০ |
| ৭) | মাব | - | ৪৬৭৪৫.৬০ |
| ৮) | কবুই | - | ৪১৬১১.৬০ |
| ৯) | কচা নাগা | - | ২০২০৬.৪০ |
| ১০) | কোইবাও | - | ১৪৭০.৪০ |
| ১১) | কোইরেং | - | ১৫১৬.৮০ |
| ১২) | কোম | - | ১৫৭২৮ |
| ১৩) | লমকাং | - | ৫৫২৩.২০ |
| ১৪) | মাও | - | ৮১১৪৪ |
| ১৫) | মরাম | - | ১০৪৭০.৪০ |
| ১৬) | মরিং | - | ১৯০৫৬ |
| ১৭) | মোনশাং | - | ১৮২২.৪০ |
| ১৮) | মিজো (লুশাই) | - | ৯৮০১.৬০ |
| ১৯) | মোয়োন | - | ২৬২৭.২০ |
| ২০) | পাইটে | - | ৪৯৫৩৪.৪০ |
| ২১) | পকন | - | ৭১৫.২০ |
| ২২) | বালটে | - | ১৭৪.৪০ |
| ২৩) | সেমা | - | ৩৮.৪০ |
| ২৪) | সিমটে | - | ৮০৫৪.৪০ |
| ২৫) | জাওটে | - | ৪৫১.২০ |
| ২৬) | তাঙ্খুল | - | ১২,৬৪৪৬.৪০ |
| ২৭) | থাদৌ | - | ৯০৩৪৭.২০ |
| ২৮) | বাইফে | - | ২৪৭৪০.৮০ |

২৯) জৌ - ২০১২১.৬০

অপূনবা - ৬২০,৭৬৩.২০

মথক্কী লিষ্ট অসি আর্টিকল ৩৪১/৩৪২ কন্সটিট্যুসন (এসসি/এসটি) এমেন্টমেন্ট এক্টকী ১৯৭৬ মতুংইন্ননি।

মীতৈ পাংগলগী মীশীংনা, ১,৬৭,২০৪ ওইখি। মীকোক থীবা অদুদা মীশীং খ্বাইদগী য়াম্বা মীতৈগী মীশীংগা মপান্দগী লাকখিবা মীতোপ মীয়ানচাগী মীশীংগা পংখেন খেন্নদ্রে। মীতৈগী মীশীং হেনগৎপগী চাংদি নেম্মী। মী মশীংদি মহৌশানা হেনগৎফম থোকই, অদুবু মপান লমদগী চহী খুদীংগী লোন্না নৎত্রগা ফোঙনা ঈশিং-ঈচাউগুম চঙশিল্লক্কিবা মীশীংদি অঙকপা ফংনা হেনগৎলকই। নোংমতা লেপ্তুনা জিরিবাম ফাওরগা বঙ্গলাদেশতগী নারোন্দা হাইজিল্লক্কিবা মীতৈলোল খঙদবা/ঙাঙদবা মুসলিমশিং, মোরে অমসুং চুরাচান্দপুর ফাওরগা ম্যানমারদগী লোন্না চঙলক্কিবা চীংমীশিং, অতোপ-অতোপ্পা মফমশিংদগী হাইজিল্লক্কিবা নেপালিশিং অমসুং অতোপ্পা মীতোপশিংবু কংলৈপাক্তা চঙলকপা থিংহৌবনা চুমগনি। হৌজিক হৌজিক মীতোপ চঙশিল্লকপা লেপত্রি। মীতোপ অমা লাক্কনি অদুগা মহাক্তা থা খরা লৈরম্লগা চৎখিগনি। মহাক্তা অমুক হল্লকপদা মীতোপ মরি/মঙা লোয়নরক্কনি। ঐখোয়গী য়েলহৌ মীশিংদি এনকাউন্টর নৎত্রগা ফেক এনকাউন্টরদা সিপাইনা খরা হাৎ, শকখঙদবশিংনা খরা হাৎ, লানহৌবনা খরা হাৎ, নিশানা খরা হাৎ তৌদুনা নোংমা নোংমগী মী মশীংদি অসুম হস্থরক্কি। ইং শোক ২০০১গী মীকোক থীবনবু চুন্নবদি লাক্কদৌরিবা ইং শোক ২০১১গী মীকোক থীবদা মীতৈগী মীশীং অসি হস্থরক্তুনা মাইনোরিটি ওইবা য়াবগী থাক্তা লৈরি।

ইং শোক ২০০১গী মীকোক থীবদা ত্রিপুরাগী য়েলহৌ মীশিংনা লাখ তরেৎলোম ওইবা মতমদা মপান্দগী লাকখিবা মীতোপকী মীশীংনা লাখ কুন্দগী হেনখি। মদুনা মরম ওইরগা লমদম অদুগী লৈঙাক অমসুং শেম্মীৎলোন খুদীংমক মীতোপশিংগী মখুত্তা তাখি। ত্রিপুরাগী য়েলহৌ মীশিংগী অরাবা অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা তারক্লোই হায়বা লৈতে, চেকশিনহৌদ্রবদি ত্রিপুরাগী লাইবক

অদু তাবক্কদবা কুইদ্রে। হৌজিক হৌজিক জিরিগী মীশীংগী ১০০গী মনুংদা ৫০দগী হেনবনা মীতোপকী মীশীং ওইখ্রে। জিরি হায়বা লমসি ইরমদমনি হায়বা মমিংতা মগুাইরে। অদুগা গুসিমক ম্যানমারগী অরাকান্দগী মুসলমান কয়ামুক অথিংবা য়াওদনা লাক্কুনা মোরেদা খুন্দাররে। মপান্দগী মীতোপ ঈশিং-ঈচাউগুম চগুশিল্লক্লিবা অসি ইং শোক ১৯৫০ নবেম্বর ১৮দা মতমদুগী ভারত সরকারনা থারকখিবা চীফ কমিশনার হিমটনা হান্না চংনহনখিবা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম অদু লৌথোকখিবদগী ওইরকখিবনি।

মশা মশাগী শক্তম অমসুং সংস্কৃতি গুাকচনবগীদমক্তা ইন্দিয়াগী কন্সটিট্যুসন্না ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চংনহল্লি। মসিগী সিষ্টেম অসিনা ষ্টেট অদুগী মী নত্তবা অতোপ্পা ষ্টেট অমগী মীওই চগুলকপদা অথোরিটিগী অয়াবা য়াওদ্রবদি চগুহন্দে। মসিনা মরম ওইরগা ষ্টেট অদুদা মীতোপকী মশীং হেনগৎপগী চাং য়াম্না হন্থহল্লি। নাগালেন্দ অমসুং মিজোরামদা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চংলি। মদুনা মীতোপ চগুলকপা থিংনবগী উপায় অমা ওইরি। উপায় অসি ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক অসিদসু মতম অমদা লৈরম্মী। অদুবু মতম অদুগী সরকাবনা করি ব্রাখন্দগীনো অসিগুম্বা কান্নখ্রবা সিষ্টেম অসিবু লৌথোকখি। অহল-লমনশিংনা 'সাইকল টেক্স লৌরম্বা ককপগা ইন্নর লাইন পার্মিট ককপগা চংমিন্নখিবনি' হায়নরি।

ইন্নর লাইন পার্মিট অসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা চংনরম্বা তারবদি মীতোপ-মীয়ান চগুশিল্লকপবু থিংবা গুন্নমগদবনি। হৌজিক্তি মীশীং য়ামজদ্রবা য়েলহৌ মীশিংগী মচং-মওঙ মাঙখিবা য়াবগী চিংনবা নংত্রগা অকিবা লৈরক্রে। কংলৈচাশিংনা মখোয়গী মশাগী অব্রাংবা ব্রাখল্লোনশিং থাদোক্লগা মীতৌ তম্বা হৈনরকপ্রে। মপাম্থোংগী মতৌ-মরাংদা গুাওদুনা লৈপ্রে কংলৈচাশিং। মদুনা মরম ওইরগা শূদনা নুংগুাইনীংবা মীগী মশীং হেনগৎলক্রে। মপান্দগী অফবা মথৈগী মতৌ তম্বদি কায়দে, অদুগা ফত্তবা মথৈ খল্লগা মতৌ তম্বদি ফত্তে।

মীরৈবাক মচা ময়াম অমা ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক্তা লাক্লগা খুন্দাশিনপ্রে। ভোটর লিষ্টতা মখোয়গী মমিংশিং হাপচিনপ্রে। মখোয়গী মরক্তগী

ভোট লেপ্পগা এমএলএ ওইখিবা য়াওখ্রে। মতম খরগী মতুংদদি জিরিদা মীতোপ্পা ভোট লেপ্পক্লুনা ভোট কারকপা য়ানা লৈরে। ঙসি মমীৎ-মমায় খুমজিনবা মীতোপ কয়ানা রিক্সো থৌদুনা ইম্ফাল সহরদা লৈরি। মখোয়বু কনা কনানো হায়বা কনামতনা থিজিনদে। অদুগা অমুকসু ম্যানমারদগী মোরে ফাওদুনা ইম্ফালদা চঙলক্লিবা মীতোপশিং অসিবুসু অথিংবা অমতা পীরুদে। ঐখোয়না ম্যানমারদা চঙলগা খুন্দারুবদি য়াদে, খুন্দারুবদি লায়রদুনা চঙগে হায়রুবদা মখোয়গী মিলিটরি জুন্টাগী অকনবা আইন্না থিংই। মতম খর চঙজফম পীজরবসু মখোয়গীদা খুন্দাদুনা মখোয়গী মী ওইনা লৈরুবা য়াদে।

অমরোমদনা ম্যান্মারদগী লাকখিবা মীতোপ কয়াদি ঐখোয়গী ষ্টেটকী মীশিং ওইনা ওম্থোক্লগা লৈথোকখ্রে। মদুদা কনামত্তনা অথিংবা পীদে। খূদম অমা ওইনা হায়রবদা কুকি ময়াম অমা ম্যান্মারদগী নোংমা কাংদনা লোন্না চঙশিল্লকই। কুকিশিং অদুনা মখোয়গী লোলগা মান্নবা কুকি তাবা লমশিংদা মরুওইনা চান্দেল জিলা অমসুং চুরাচান্দপুর জিলাদা লাক্লগা খুন্দাদুনা লৈবদা কনানসু অপনবা পীদে। মখোয়বু অসাম রাইফলস অমসুং সিক্যুরিটি ফোর্সশিংনা অয়াম্বা মতমদা অথিংবা লৈতনা থাদোকই। মদুনা মরম ওইরগসু কংলৈপাক্তা মীতোপকী মশীং হেনগৎহল্লি।

মীতোপ চঙলকপা য়েংশিনবগা মরী লৈননা থবক তৌহল্লিবা পুলিসকী অমসুং ওমখৈ ঙাক্লিবা অসাম রাইফলসগী মীওইশিংনা ম্যান্মারদগী পুশিল্লকপা পোৎ মচা-মগু খরখক য়াম্না কৃপ্না য়েংশিনবগী মহুত্তা মপান্দগী চঙশিল্লক্লিবা মীওইশিং অদু মীতৈলোল খঙব্রা নৎত্রগা ঙাঙব্রা, মখোয়গী মমিংশিং, লৈফমনচিংবা খঙননবগা মরী লৈনবা চে-চাংশিং য়াওব্রা হায়দুনা য়াম্না কৃপ্না য়েংশিনগদবনি।

লমদম অসিগী য়েলহৌ মীশিংবু মীতোপশিংগী খয়াত্তগী কন্নবা ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক অসিদা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চৎনহনবা মথৌ তাই। ঙসি ঙসিমক লোন্না চঙলক্লুনা খুন্দাশিল্লক্লিবা মীতোপশিং অসি মরমদমদা নীংথিনা হললহনখিনবা লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা হোৎনফম থোকই। ম্যান্মাররোমদগী

ফোবেন্নব কয়া চঙশিল্লকই। ইন্দিয়াগী ফোবেন্নর এক্ট ১৯৪৬ অসি ইন্দিয়াগী শরূক অমা ওইরিবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা চৎনদবগুম তৌরি। নোংমা-নোংমগী শক্তম মাঙশিল্লকপদা নত্তনা মীশীং হেনগৎপগী চাং নেমথরক্লিবা কংলৈচাশিংগী করিগুম্বা থৌশিল অমত্তা সরকাবনা তৌবীদবা অসি য়াম্না লাইবক থীবনি।

মপান্দগী মীতোপশিংনা ঈশিং ঈচাউগুম চঙশিল্লক্লিবা অসি ঐখোয়গী লমদম অসিগী নাৎ, ফুকপ অসিবু মাঙহন্নবা অখন্নবা থৌশিল অমগী মখাদা কনাগুম্বা খবনা থাজিল্লকপ্রা নৎত্রগা কৌশিল্লকপ্রা হায়বসি সরকারনা খুদক্তগী হৌনা মীৎয়েং চঙহৌবা চুমগনি। মশানা মশাবু ঙাকচবা ঙমজদ্রবদি কংলৈপাক অসিদা মীতোপ্না পানখিবা তাবনি, অদুগা কংলৈচাশিংনা মবীল চুল্লক্কবা তাবনি। অদুদগীদি ঐখোয় য়াম্না য়াবক্কনি। মরম অদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ইন্নব লাইন পার্মিট সিষ্টেম নীংথিনা চৎনহন্দুনা মীতোপ চঙলকপা থিংহৌসি।

# শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওসি

চৈবাওবা হায়বা অসি থাবলচোংবগুম্বগী হবাও-কম্বো নত্তে, তবায়-তবায়না লৌবা য়াদে। মসিদা খুন্নাইগী ওইবা অথূপ্পা পান্দম অমা লৈজে। ঐখোয়গী ইনাৎ অমসুং কুমশীং কুম্বাবদা য়ুম্ফম ওইবা মকওইবা থৌবম অমনি। মসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী খোঙথাং অমসুং তুংকোইবা পান্দমবু উৎলি। চৈবাওবদি লৈনুং লোঞ্জা পাখঙবা মতমদগী (খ্রী ষ্টিবি) হৌবকখিবনি। অদুবু চৈথাবদি মৈদিংগু কিয়াম্বা হাক্তগী (ইং ১৪৮৫) লৈঙাক ৱায়েলগী মচাক্পা নম্না চৎনবকখি।

ইবুধৌ পাখঙবগী মতুংদসু মশু-মচাশিংনা মথৎ-মথৎ নিংথৌ ওইবা মতমদা কায়দনা চৎনরক্লবা মীতৈগী মকওইবা থৌবম অমনি। চৈবাওবা নুমিৎকী মাঙওইননা পানা মবিগী লৈকাইলাকপশিংনা মাগী মাগী পানাগী ফিজেৎ মচু শেত্তুনা খোকৱা অশাংবা অমগী মতোন্দা শবীক থাংলগা পায়দুনা শগোল তোংলগা শবীক্কী শ্রীং শ্রীং লাউবা মখোল খোকহন্দুনা লৈরক খুল্লক্তা 'ঙসিদি চহী লোইবে, হয়েংনা চহী অনৌবা হৌগনি' হায়না লাউদুনা চৈরাওবা হৌখি। চহী খুদীংগী পানা মরিগী অখন্নবা নুপা মবিনা চহীগী মশিল ওইনা লৈবাক্কী অৱা-অনানচিংবা ফত্তবা পুম্নমক পুহল্লম্মী, অদুবু ইং শোক ১৪৮৫দা মৈদিংগু কিয়াম্বনা নুপা অমখক্তদা পুম্না পুহলগে খনখিদুনা হিয়াংলোইবু চৈথাবা হাপখি।

হান্না চৈ পায়দুনা লাউরম্বদু থাদোক্লগা 'ব্রাংগুম সুদোন তান্না লাংহৈ কুমশীং খুদীংগীসু পোইরৈ ইদাইরেমশিংনা চৈথাবা হায়না কৌরগা থৌ পুরসনু' হায়না কিয়াম্বা নিংথৌনা লাউথোকখি। মদুদগী হৌদুনা চৎনরকপদগী হৌজিক ফাওবদা চৈথাবা মশীং ৫০০দগী হেনগ্রে। চহী তরেৎ খুন্তাকপা মনুং অমসুং বৃটিশকা কংলৈ অথৌবশিংগা শোক্লখিবা লান মতুংদা মতম খরা লেপপ্পবসু, নিংথৌ পানবা চহীশিংদদি চৈথাখিবা ঙাক্তনি। চহী চহীগী খল্লকখিবা চৈথাবা মীওই অদুনা লৈবাক্কী অনা-অয়েক, অন্না-অনা ফত্তবা লাংফমনচিংবা পুগনি হায়না ফোঙদোক্লখি।

নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তগী হৌরদুনা গোবিন্দগী মমাঙদা চৈথাবগী ব্রাশক লৌবগী চৎনবী অমা হৌদোকখি। হৌজিক নিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওবগী মতমদসু চহী খুদীংগী থৌরম পাঙথোক্লি। চৈথাবনা চোংথোক্লক্লগা কখোকপগা লোয়ননা চৈথারিবনি। মরম অদুনা চৈথাবনা লৈবাক্কীদমক্তা তৌরিবা থবক অসিগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎকদবনি, নৎত্রবদি ঐখোয়গী খুন্নাইনা করম্না চাওখৎপা ঙমগনি?

চৈরাওবা নুমিৎকী অয়ুক্তা চেঙ, থোইদিং, অনৌ-অপেৎ, উহৈ-ব্রাহৈ, লফোই-লতৎ, থুম, কখোক, অথুম-অহাওনচিংবা হাপ্তুনা মেক্রুক থাউমৈগা লোয়ননা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং লৈমরেন্দা কৎকনি। কনাগুম্বনা মীতৈ ঙমু য়াওনা কৎনবসু য়াওই। মথেল-লুকোই থোংলগা লাদা চাকলুক শেমদুনা কোম্বোংদা থাদোকনৈ। মদুদি লম্মাবা-তুম্মাবা, লৈশেম্বা-তুশেম্বা, লমঙাকপা-তুঙাকপা অমসুং কোকচাই হনু লৈখমদা তীনকোকপীয়ু লাইকোকপীয়ু হায়দুনা কৎকনি। থোং-থাক্লবা মথেল-লুকোইদু লা-মচেৎশিংদা খরা খরা হাপ্লগা যত্রা পাবা, ফুজা লাইরু, য়োৎশবী মখোঙ অহম, চাকখুম-লৈরং, চেঙফু, হৌদোং-চাকচাফম, চেঙহী চফু, কোৎ, শীংগৈ, ফৌগুখোং, শঙ্গোন, চুরিতাফমনচিংবা কৎপা য়াবা তীনখুল-লাইখুলনচিংবা মফমশিংদা কৎকনি।

চহী ২০০০ হেনবগী পুব্রারী লৈজরবা লমদম অসিগী খুন্নাইগী পুজিনা চাওখৎলমখিবা অদু মশাগী মপুং ফাবা পুব্রারী লৈজখিবদগীনি অমসুং চহী

খুদীংগী চৈরাওখিবদগীনি। অদুবু মতম খরদি হিন্দু ধর্ম লাকখিবদগী চরক পূজাবু মীতৈশিংনা মীতৈগী চৈরাওবা ওইনা পাঙথোক্লম্লিবনি, হৌজিকমকসু পাঙথোক্লবা য়াওরি। ঐখোয়গী ইনাৎ, শেম্মীংলোন অমসুং কুম্বালোনবু মদুনা শিথহনখি। কংলৈগী ব্রাখল থাদোকহল্লগা ইন্দিয়াগী ব্রাখল খলহনবগী শাফু অমা লাকখি। অদুবু নীংতম্লা চহী লিশিং লিশিং কয়া পাল্লকপগী পুম্বারী লৈজবা লৈবাক অমা ওইবনিনা ঙসিদি ইনাৎকী মপাঙ্গল কনখৎলকপগুম তৌরে। লৈরিবা পাঙ্গল অসিবু কনহন্নবা চৈরাওবনা মথৌ হাপ্লা ঙমগনি।

লৈবাক অসিদা হৌজবা মহয়-মরোংশিং, হৈপাল-লৈপালশিং য়োকখৎনবা, থোক্লিবা পোত্থোকশিং শীজিন্নদুনা য়োকখৎপীরগা লমদম অসিগী শেম্মীংলোন চাওখৎনবা হোৎনবা হায়বা অসিনা চৈবাওবগী মরুওইবা পান্দম অমা ওইনা লাকখিবনি। মৈদিংঙু নিংথৌশিংগী মতমশিংদা লমদমসিগী পোত্থোকশিং চাওখৎনবা নীংথিনা হোৎনরমখিবদু হিন্দু ধর্মদা থব্রায় য়াওশিনম্রবা নিংথৌশিংগী মতমদদি মদু ওইখিদ্রে। মসিগী অওনবা অসিগী মবক্তা অদুঙৈগী কংলৈ য়াকায়রোল অদু নৌহৈনা শকপা তারকই।

চৈরাওবগী মরুওইবা য়ুম্ফমদি কুম্বালোননি। মীতৈনা লমতা থাদা চহী লোইরগা শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওই। হিন্দু, ইস্লাম, ইজীপ্টশিয়ান্নচিংবনা হান্নগী পরীং কায়দনা চৎলি। গিনিস ব্রার্ল্ড রেকোর্দতা ইং ১৯৩৩দা চনস্ত্রবা ঐখোয়গী শগোল কাঙজৈ (পোলো) অসি 'কাংচৈলোন' পুয়াগী মতুংইন্না বিঃসিঃ ৩১০০ ওইগদবনি হায়রি। বিঃসিঃ ১৪০০দা পানখিবা নিংথৌ কাঙবনা পোলোগী নীতি-নিয়মশিং শেমদোকখি হায়রি। কংলৈ পুম্বারীগী ওইবা কুম্বালোন অমসুং থাপালোন্দা য়ুম্ফম ওইবা ব্রাফমশিং অসিবু মালেমদা শক খঙহনস্ত্রবনি। অদুবু হৌজিক্কী মীরোলনা জ্ঞান নীংথিনা তাবা ঙমদ্রি।

হৌজিক্তি চৈরাওবগী থৌরম অসি শজিবু নোংমা পানবা নুমিৎতা হেন্না হেন্না পাঙথোক্লরক্লে। মীতৈ লাইনীং চুম্না চৎপা মীতৈশিংনা শজিবু নোংমা পানবা নুমিৎতা চৈরাওই। চরক পূজা নুমিৎতা চৈরাওগদবনি অদুগা শজিবু নোংমা পানবা নুমিৎতা চৈরাওগদবনি হায়বা অনী অসিগী মনুংদা করম্বনা চুম্বনো

খঙবা তাববদি মদুগা মবী লৈননা ইবমখিবা পুয়াশিংনা অবোইবা ৱারেপ পীবা ঙমগনি। পুয়াশিং অদুবু নৈনবগা অচুম্বা অদু খঙগনি।

'চৈলাউবগী মসিল' হায়বা পুয়া অদুদা চৈবাওবগী মবমদা য়াম্না ফজনা ইবি। মসিদা চৈরাওবগা মবী লৈনবা শীংথেকশীংথাবা-শীংশংগগী ৱারোলশিং ইবি হায়দুনা মসিবু 'মসিল সিংতেক সিংসং' হায়নসু কৌই। পুয়া অসিদা অসুম্না ইবি, "লমতা শীংথেক থা।। সাচিফোই লাকযেন সিং, হৈপোক সিংসং লৌনা ৱাই।। সচিফোই কুম হৌনা, লাকয়েন তাইপাপবু, নমু মীকোক থোংপকী, লৈপাক মীপুম সিলহেন হৌনা।।" মসিনা তাকপদি— শীংথেকশীংথাবগী থৌবম লমতা থাদা পাঙথোকই, কুমগী লাকয়েন তাইবা হায়বদি অবীবা চহীগা অনৌবা চহীগা তাইনবগী থৌবমদা হৈবোক চীংদা শীংথাববুসু শীংশংলি অদুগা শক্তিবু থাবু কুমহৈ থা ওইনা মীয়ামগী অফবা ওইনবা থৌবম পাঙথোকই অদুগা সিলহেন্দুনা থবক লেপ্পগী হৌনবীসু মীয়াম্না শক্তিবু থাদা ঙাকই।

চৈবাওবগী অচুম্বা নুমিৎতি শক্তিবু নোংমা পানবনি হায়না পুয়া অসিনা অসুম্না তাক্লি, "চৈলাউপা হয়েংনি হায়বগী নুমিতাংতা লমতা থাসিতা খোইয়ুম লাইয়াম্না থাংচা অহানপতগী চয়োল থাংচা ৩তা সিংথাখিপপু হৈপোক চীংগী লাইফমতা সিংচংকনি।" মসিনা চৈবাওবগী অচুম্বা নুমিৎ অদু শক্তিবু থাগী নোংমা পানবনি হায়না তাক্লে। "চৈলাউপা হয়েংনি" হায়বা অদুনা লমতাগী থাশিবু তাক্লে। মসিদা কবিমতা চিংনফম থোক্লে। হিন্দুগী 'চবক পুজা'গা মীতৈগী চৈবাওবগা তোংশিন্নবা তৌবোইদবনি। ঐখোয়গী ইনাৎপু কনগদবনি। 'চৈবাওবা' কৌবা ইনাৎ অসিগী মবমদা নীংথিনা ইবল্লিবা 'চৈলাউপকী মসিল' হায়না কৌবা পুয়া অদুনা চৈবাওবগী নুমিৎ পীবমখিবা অদুনা অবোইবা ওইগদবনি।

থা ১২গী অহৌবা থা অসি শক্তিবুনা ওই হায়দুনা 'নুমিৎ চৈচংলোন' হায়বা পুয়া অদুনা হায়বি। চহীগী অহৌবা নুমিৎসু শক্তিবু নোংমা পানবনা ওই। পুয়া অসিনসু চৈরাওবগী অশেঙবা নুমিৎতি শক্তিবু নোংমা পানবনি হায়রি।

'ঝাচেৎলোন পথুপ পুয়া'গী মতুংইন্না শজিবু নোংমা পানবা নুমিৎপু তাইবঙপান ফাওননবা মপুনা তবং পাউ পীখিবা নুমিৎনি অদুগা নুমিৎ অসি খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বি। শজিবু থাগী তবেৎনি পানবা নুমিৎতা কোংবা লৈথোং ফাৎপগী থৌরম অসি ঙসি ফাওবা পাঙথোক্লবি। মসি চৈবাওবগা থাদোক্লবা য়াম্রবা থৌবম অমনি। পুয়া অসিদগী খঙলিবদি শজিবু নোংমা পানবা নুমিৎতা লাইনিংথৌ সনামহীবু লুকোয় কৎলগা চৈবাওবনি। মসি য়েল্লহৌগুদগী চৎনবক্লবা থৌবম অমনি।

চহী অমদা শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থৌবান, লাংবন, মেবা, হিয়াঙ্গৈ, পোইনু, ৱাকচিং, ফাইবেল অমসুং লমতা হায়দুনা থা ১২ লৈ। থা ১২ অসিগী মমিংশিং থোনখিবগী মবী-মখোঙ ইশিন্দুনা থম্বীবমখিবা পুয়া অদুগী মমিং 'থালোন পুয়া' কৌই। পুয়া অদুনা শজিবু থাবু নীংথিনা শীংথাবম্মী। চৈবাওবা হায়বা অসি শজিবু থাদা পক্লুনা লৈ অদুগা শজিবু নোংমা পানবদা চৈবাওই হায়না খঙহল্লম্মী।

লায়থুং-লায়না কোক্লবা হীদাক কাঙলোন, ঈড়াৎ-উশিন্নচিংবগী মবমদা ইবমখিবা 'পোৎশেন্নোন পুয়া' হায়বদুনা শজিবু নোংমা পানবগী চৈবাওবগী থৌবমদা মীওইবগী শিংলী ১০৮দা তোংদুনা লৈবকপা লায়থুং ১০৮বু কোকহন্নবা কাঙলোন ইবি। পুয়া অদুদা অসুম্না ইবি, "কুম অমগী শচিফু নোংমা পানবা চৈলাউপতা তীল ১০৮গী মচিনচাক থাক্লনি...।" মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে—চৈবাওবগী থানা শজিবু থানি অদুগা অশেঙবা নুমিৎ থাবান্না নোংমা পানবনি। চৈরাওবগী থৌবম অসি শজিবু থাগী অহানবা নুমিৎতা পাঙথোকই হায়নসু 'নিংথৌ চহী' কৌবা লাইবিক্তা ইবি। পুম্নমক অসিনা মবম ওইবগা মীতৈ লাইনীংগী চহীগী থৌবম চৈবাওবা হায়বসিগী অশেঙবা নুমিৎতি শজিবু নোংমা পানবনি। মদু নত্তনা অতৈ অমা ফংবা ঙম্লোই।

মীতৈ লাইনীংগীদি থাবান থাবানগী অফ-ফত্ত য়েংলগা লাইগী থৌরম পুম্নমক পাঙথোকই। চহী অমগী থা ১২ লোইশ্রবা মতুংদা অহানবা কৌবা অনৌবা থা অদু শজিবু থা ওইগনি অদুগা অহানবা হৌবা নুমিৎ অদুনা থাবান

নোংমা পানবনা ওইগনি। থাবানগী মতুংইন্না মীতৈ লাইনীংনা চহীগী লাইথৌ পাণ্ডথোকপদি থাবানগী ইহান-হানবা নুমিৎতা পাওথোকফম থোকই।

শজিবু নোংমা পানবা হায়বা অসি হিন্দুগী বসন্তা ঋতুগী মনুং চল্লি। মসিদি য়াম্না ঈংলন্নদগী অঈংবা লোইশিল্লকপা অদুগা য়াম্না শাবসু ওইদ্রিবা অঈং-অশা থোং মান্নবকপা লংদাই নুমিৎনি। অসিগুম্বা চহী চহীগী অঈং-অশা লোম্নবা, অনৌবা য়েন্নীং হুন্দুনা হৈপাল-লৈপাল শাংকায়বকপা মতমদা চৈবাওবনি। নুংঙাইবা মতম অসিগা চৈবাওবগা শাগোন্নদুনা চৎমিন্নবমথিবা অসিমক মরম চপ চাই।

অসিগুম্বা নুংঙাইবা, পূক্লিং মকা লম্বা অমসুং হৈবাং-লৈবাংনা হবাওজবা মতমদা চহী হৌবগী চংনবী অসি চাইনীজশিংনসু তৌই। মসি কবিসু ঙক্লীংঙাই ওইদে। ইজিপ্ট লৈবাক্তসু ঋতু অসিদগী অনৌবা চহী হৌই। মিশ্র লৈবাক্তনা চৈবাওবগী থৌরম অসিবু 'টোথ' হায়না কৌদুনা কংলৈপাক্কী চৈবাওবগা মান্ননা তৌই। পাবস্য লৈবাক্তসু 'নাউবোজ' কৌদুনা থৌবম অসি পাণ্ডথোকই। মীতৈশিংনা য়েলহৌঙৈগী নাংকী কাণ্ডলোন মতুংইন্না শজিবু নোংমা পানবদা চৈবাওগদবনি।

হৌজিক্তি শজিবু নোংমা পানবদা চৈবাওবগী থৌবম অসি হেন্না হেন্না পাণ্ডথোক্লবক্লে। মীতৈ ইপানাং-ইপুনাংকী কাণ্ডলোন চৎপা অমদি মীতৈ লাইনীং লম্বী চুম্না থিগৎলক্লিবশিংনা শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওই।

শজিবু নোংমা পানবদা চৈবাওবগী ঈচেল অসি হৌজিক্তি কনখৎলক্লে। ঙসিদি খুন্নাইগী হকচীনবা মীংয়েং চিংশিল্লকপদগী মপূং ওইবা ঈচেল অমা ওইরক্লে। চহী চহীগী ঈচেল অদু অসুম-অসুম কনখৎলকপদগী মীতৈ চৈবাওববু ষ্টেটকী জেনেবেল হোলিদে লিষ্টকী মনুং চনপ্লে। মসি অনৌবা মীবোলগী য়াওল ঈহৌ অমনি। ইনাং কনবা হায়বসি ইজাতিবু কনবনি। পূম্নমক অসি য়েংলগা ঐখোয়না শজিবু নোংমা পানবদা চৈবাওসি।

# মীতৈ নুপী

মালেমদা মীতৈ নুপীগী মফম কন্দুনা লৈবনি। লমদম অসিবু মালেমদা শক তাক্লকখিবদা নুপীশিংগী থৌদাং য়াম্না য়াওবকখি। মীতৈ খুন্নাইগী চাউববা থৌদাংশিংগী পোৎলূম মযাম অমা মীতৈ নুপীশিংনা পুবর্কখি। মখোয়গী মথৌ য়ামখ্রে। ঐখোয়গী খুন্নাইগী ইমা-ইবেন কয়ানা মীতৈ লৈবাক অসিবু কল্লকখিবনি। মখোয় লৈরমদ্রবদি মীতৈ খুন্নাই অসি লৈবমখিদবা য়াই।

লানফম কয়াদা য়েক্লবা কয়াবু মায়থীবা পীদুনা মীতৈ লৈবাকপু কনখিবী লৈমা লিম্বোইগুম্বী, তাংজখোম্বী, খুবাই লৈমা সনাথোনবীনচিংবা থৌনা ফবী মীতৈ নুপী কয়াগী ময়বীশিং লৈ। মীতৈ খুন্নাইবু শেম্নদা অমদি মীতৈ লৈবাকপু ঙাকপদা মবৌশিংগী পাঙ্গলতনা চহী কয়া নিংথৌবোলগী পবিং কায়হল্লমখিদবা লৈমবোল লৈনুং য়াইবীবোক্তী থৌনা অমসুং লৈমা তনুনা নিংথৌবু কনখিবগী থৌদোক কয়াবু কাউবা ঙমনদ্রি। মশামক্তী মপুবোইববু হাৎলগা লমদম অসিবু মাঙহল্লকখিবগী লমন খুমখিবী লৈমবেল থম্বালবু ঙসি ক্লাওবা মীতৈ ঐখোয়না উকাইখুম্নবা উংনবি। মোইরাং থোইবীগী থৌশিংবা মতৌবুসু য়াবীনবি। চহী তবেং খুন্তাকতৈদা নিংথেম হেবাচন্দ্রনা গুবিলা খৃৎপু লিংখত্নুনা অরাগা থেংনখিবদা য়াম্না তেংবাংখিবী থৌনা ফবী মীতৈ চনু লৈফোনবুসু ঐখোয়না কাউদে।

লমদম অসিগী নুপীশিংনা খুম্নাই অসিবু কন্নবা অমদি লৈবাক অসিগী

অশেঙবা শক্তমবু মাঙখিদনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবকখি। লৈবাক্কী খুদোংথীবা নংত্রগা অৱাবা অমা হেক লাকখিবদা মখোয়না মাঙজিল্ল থানা হেক্তা চোংথোবকখি। মীখা পোনবা হৈনবকখিদবী মীতৈ নুপীশিংনা শাফম-লানফমশিংদা মথৌনা হেক্তা উথোক্লবকখি। মখোয়গী থৌনা লিংজেলবু মালেমদা খঙহনখিবদি নুপীশিংতনা লাম্ছেংনখিবা ইং শোক ১৯০৪গী অহানবা নুপীলান অমসুং ইং শোক ১৯৩৯-৪০(৪১) অনীশুবা নুপীলান হায়বা থৌদোক অনী অদুনি। থৌদোক অনী অদুদা মখোয়গী অপূনবা শক্তি পুথোকখি অদুগা কংলৈপাক্কী শক্তম শাগংখি অদুগা মীতৈ খুন্নাইবু কনখি।

থৌনা ফবী মীতৈ ইমাশিংনা মীতৈ লৈবাক্কীখক্তগী নত্তনা ভাবত পুম্বগী ওইনা বৃটিশ সবকাববু তাম্থোকখিনবা নুপীলান হৌখিবনি। মখোয়না খূৎলায় পায়দনা থৌনা-লিংজেল ফুদোক্লগা নোংমৈ অমসুং সজিনগা লম্বা তৌখিবনি। হৌজিকসু লমদম অসিগী কবিগুম্বা খুদোংথীবা অমতং থোবকপদা নুপী ময়াম হেক্তা হৌনবকই। মখোয়দা ঐখোয়না ঈকাইখুম্নবা উৎফম থোকই।

লমদম অসিগী নহাবোলশিংনা নিশাগী ঈপাক্তা ঈবাক্লদুনা শিগদবদগী কন্নবা হায়দুনা অহীং-মীংশেল খাঙলগা ইমা-ইবেনশিংগী অপূনবা খূৎপুনা 'নিশা বন্দ' তৌই। মখোয়না অচৌবা থৌদাং লৌদুনা অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনৈ।

অদুগা অমুকসু মবাল লৈজদবা মীশিংবু সিপাইনা নংত্রগা লানহৌবা কাঙবুনা নংত্রগা শকখঙদবশিংনা ফাদুনা পুবা নংত্রগা হাংপা তোয়না তৌবকপদগী খাঙবা গুম্নবক্তদুনা য়ুমগী কুপনোমগী মথক্তা মীতৈ ইমা-ইবেনশিংনা মখোয়বু কন্নবা 'মৈবা পায়বী' হায়দুনা চোঙথোক্লকই। মখোয়না থেংনবিবা অৱাবা অমসুং খুদোংথীবশিং কয়া অদু নুপাশিংনা থেংনবা ঙস্কী ৱা লৈতে। মবম অদুনা মখোয়বু থাগৎফম থোকই। মখোয়গী মবক্তা চেঙ-চঙবা নংত্রগা মৈতাল অশিবা য়াওরকপসিদি লাইবক থীবনি।

হীরম কয়াদা মীতৈ নুপীশিংনা তোপ-তোপ্পা মথৌনা উত্তুনা মালেমদা মীতৈ খুন্নাইবু শকতাক্লি। শান্নবগী লমদা মখোয়না মালেমগী জাতি ময়ামগী

ওইনা মকোক থোংলকপা কয়া য়াওরি। তশেংনা হায়রবদা মীতৈ নুপীশিং অসি মালেমগী ওইনা মমিং লৈরবনি। মখোয়বু মতীকচানা ঈকাইখুম্নসি। মখোয়নসু মখোয়বু ঈকাইখুম্নফম ওইনবা হোৎনসনু।

য়ুমগী থৌ ময়াম অমা পুবতা নত্তনা খুন্নাইগী নৎত্রগা লৈবাক্কী থৌ পুজরিবী মীতৈ নুপীবু মীতৈ নুপানা শীংথাবীদবা অমদি কবেম্নবীবা চুমদে। কখোকপগী পূকচেলগা লোয়ননা খুন্নাইগী য়াইফনবগীদমক্তা থোক্লক্নুনা থবক তৌজবিবী নুপীশিংবু কনা কনাগুম্বশিংনা থীনা ঙাঙনবী। মদুনা মখৌনা ফুদোকচগদবী মীতৈ নুপী কয়াবু হেক হেক মমু য়েথেকপী।

হৌখিবা মতমগী থৌদোকশিংনা মীতৈ নুপীশিংগী থৌনা, হৈশিংবা অমদি অফবা মতৌশিংবু ঐখোয়দা খঙহল্লি। মবম অদুদগী ঐখোয়না মখোয়বু ঈকাইখুম্নবি। অদুবু হৌজিক্কী মীতৈ নুপীশিংনা তুংগী মীবোলদা কৱি খঙহনগদৌবিবা?

ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা ফংনবা হোৎনবদা নুপীশিংদা নুপাশিংনা শাবমচৎ চৎলি। অসিগুম্বা শারমচৎ চৎপগী অফোঙবা অমসুং অবোনবা থৌদোকশিং কয়ানি মীতৈ লৈবাক অসিদা থোক্লিবা! নুপীনা শা ওইবকপদি নুপানা শা ওইরকখিবদগীনি। ঐখোয়গী ইবক্তা মীনা শা ওনবা কয়া লৈবে। মখোয়দি শাবক্তা লৈগদবনি। শানা মীবক্তা লৈববদি মী মথং-মথং শোক্লক্কনি। মীবক্তা লৈবা শাশিংবু মতম চানা য়াবকহৌদ্রবদি মীতৈগী খুন্নাই অসি মাঙখিগনি। হিংবদা মতীক চাদবশিংদি মালেমদগী নোংমদি শোযদনা মাঙখ্রগদবনি।

মীতোপ-মীয়ানচাশিংনা থবক শূনীংদবা মীতৈ নুপাশিংবু উশীত্তে অমসুং হম্বনা য়েংই। মদুদি হৌনশানি। মখোয়না মনীংতম্না ইম্ফাল ময়োল্দা চুম-শো পায়দুনা লৈ। সবকারগী অথূবা নৎত্রগা অতেনবা মীৎয়েংনা মদুবু উদে, উরবসু উশিন্নদে। ঐখোয় মীতৈদি শীজবা খরদা চাবগা মাক্লোজাও ওইনা পেম্মোক্নুনা লৈথোকই। মসিদবু কনানা মীতৈবু উশীৎপীগদগে? থবক শূদনা কোম্না হিংনলবা শেমখিবা অতনবগী লম্বীদা চৎখিবদগী মীতৈশিংগী মরায়বক শেঙ্গাউ পায়বা মীতোপ-মীয়ান কারবাররবালাশিংগী মখূত্তা তাগ্রে।

হিংনা হিংনা শিরবা মীতৈ নুপাশিংনা মচন-মচেশিংবু ঙাকপী-শেনবীবগী মহুত্তা মখোয় মশামক্তা মাঙহল্লি অমসুং মাঙহন্নবা হোৎনরি। মসিগী তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা মীতোপ-মীয়ানচাশিংনা লৌরি। মীতৈ নুপীশিংনা মীতৈ নুপাশিংদগী লাপথোক্লগা মীতোপ-মীয়ানচাশিংগা চারৌ-মৌরৌনবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মীতৈ কৌবা ফুরুপ অমা লৈরম্মী হায়বা ফাওবা খঙনহৌররোই।

চৎনবীগী মিংদা মীতৈ নুপীশিংবু অনম-অহা চূহনখি। মীতৈ নুপীবু মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎতা মপুরোইবগী লুখাক পীজবগী চৎনবী অমা মীতোপ-মীয়ান লাইনীং লৌঙেদগী চৎনরকখি। হূই-হৌদোং ফাওবা পঙশিনখিনি হায়দুনা লুখাক পীজনদবনি। য়ুম্বুবেনবী ওইবক্কদবী নুপী অমবু মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎমক্তদা অতম্মনা লুখাক পীজদুনা পঙশিনহনবা অসি য়াম্না চুমদে। অদুগা অমুকসু লাইমিং লৌবা নুমিৎতসু চনামৃতনি হায়দুনা বামোনগী খোঙবী মচুম পীথক্লরম্মী হায়নৈ। অদুগুম্বা তুক্কচবা চৎনবীগী মখাদা লৈখিবা খুন্নাইগী চাদা-নাউদাদি কমদৌনি? মঙাল য়াওদবা অমম্বগী মশক্তি। মতীক চাবী মমা অমা ফাওবা কংলৈপাক অসিদা লৈবক্তবা কুইবে। অনম-অহা চূহনবীরবা অমদি য়ুম্বাল্লোনগী কাঙলোন খঙদবা মমানা মতীকচাবা, লাইপোক ওইবা মচা পোকপা হৌনদে। মসি পূম্নমক মীতোপ-মীয়ান লাইনীংগী লাল্লোংনা থোকহনখিবনি।

হৌজিক্তি মীতৈ নুপীশিংগী অশোয়বা কয়ামুক লৈরক্লে। মখোয়না মখোয় মশাগী মনাৎপু থৌওই-ব্রাওইরক্লে, ফিজেৎ-চাকচা কাম্লক্লে, য়ুম্বাল্লোন খঙলক্লে, মশা মশাগী অপাম্বা য়েংদুনা চৎনরক্লে, মীতৈ নুপীনি হায়বা ফাওবা কাউথোক্লরক্লে, ব্রাঙাঙ-ব্রাতা ফজরক্লে, লমকেৎ-লমহাইবী ওইনরক্লে, মপুরোইববু থৌওইরক্লে অদুগা মীতোপ-মীয়ানচাদা ময়ুম পান্নরে। মীতোপ-মীয়ানচাদা ময়ুম পানবা হায়বা অসিদি মাইনোরিটি তারবা নৎত্রগা তারগদবা ফুরুপতদি ফুরূপ অদু মুথৎনবা অরায়বা লম্বী অমা ওইগনি।

ঙসি থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিনা মরম ওইরগা হয়েং ভুংদা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা ফল লাক্কদবনি। ঙসি খুন্নাই অসি পূম্মাঙ-মাঙবমক্তি ওইদ্রি।

থীজ্বা তৌদনা অচুম্বা লম্বীদা চঙশিনগদবনি, মদুতনা অফবা ওইগনি। নুপীশিংগী থাক অসি মসি য়ৌরে হায়না মশা মশানা খঙজরগা মখোয়না অরানবা লম্বীদা চঙশিল্লুরবসু মশানা ৱারকচরগা হন্দোক্লকপতনা অচুম্বা ওইগনি। অচুম্বা লম্বীদা চঙশিনগে হায়বরদি ইমা ইমুইনু অহোংবীনা পামজবা লমচৎ-শাজৎ চত্তুনা ঈড়াং-থৌনি তৌবা কান্নগনি।

ফুঙ্গাদা লৈবা লাইনা মরুরে হায়বগী ফুঙ্গা লাইরু হায়না কৌরি। ইমা ইমোইনু অহোঙবীগী খুভম ফুঙ্গা লাইরুদা য়ানরি। ইমা ইমোইনুনা য়ুমথোং খুদীংগী ফুঙ্গা লাইরুদা লৈদুনা মীওইবগী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবী। মদুগী মথক্তসু অৱা-অনা নংদনবা, চারোল-শুরোল শোয়দনবা নৎত্রগা থৌনা ফাবা/ফবী মচা পোক্লনবা, নুংঙাই-য়াইফনবা অমদি পূন্সি তোলোইনবা ইমা ইমোইনুনা ঐখোয়দা অফবা লীচৎ-শাজৎ তাকপী।

তাইবঙ য়ুম্বানবদা য়ুম্নুবীনা মপুরোইবা অমদি মচা-মশু পূম্নমক অৱা-অনা নংহল্লোই, থবক ইন্থাং তৌবদা মায় পাকহনগে হায়রবদি অফবা লীচৎ-শাজৎ চৎকনি, ৱাঙাঙ-ৱাতা ফজগনি, মীকৌ-মীরম ফবী, মীনুংশি খঙবী, পূকচেল চাউবী, মপুরোইবা অমদি অহল-লমনগী য়াথং ঙাক্লা চৎপী ওইগনি। নোং হেক ঙানবগা লম-তু শেংদোক্তুনা লু-নান্না থম্লগা ঈরু-মায়থজদুনা অশেঙবা ফি শেৎলগা নুমিৎ, সনামহী, লৈমরেল অমদি ফুঙ্গা লাইরুনচিংবা খুরুমগনি। অদুগুম্বী নুপীনা য়ুম্বানবা ইমুংদা ইমোইনু ইমানা হরাও-হরাওনা লৈবীদুনা লাই ফত্তবা/ফত্তবী অমতা লৈহল্লোই। অদুগুম্বা ইমুং অদুদা লৈবা মীশিং অদুদি নুংঙাই-য়াইফগনি।

য়ুম্নুবী নুপীনা চীন্থীবী, ঈশৌ-লাংগনবী, চৎপদা খোঙথাং মখোল হৌবী, মীৱা ঙাঙগনবী, লমকেৎ-লমহাইবী, মীনুংশি খঙদবী, মীগী মপোৎ মিহৌগনবী, মপুরোইববু থৌওই-ৱাওইদবী, মনুং-মপান শেংদবী, ফি কোমগনবী, মচা-মশুবু নীংদবী ওইদুনা লৈবা ইমুংদা ইমা ইমোইনুনা মীৎকুপ অমা ফাওবা লৈনীংদে। ইমানা লৈনীংদবা ইমুং অদুদি মতম পূম্নমক্তা ৱাগনি অমসুং শিরুম-নারুম তৌদুনা হিংগনি। অসিগুম্বা ইমুংশিংনা অয়াম্বা ওইনা মীতৈ লৈবাক অসিদা লৈরবদি

মীতৈ খুন্নাইদি মাঙজবা তারে। মরম অদুনা মীতৈ খুন্নাইবু কন্নবগীদমক্তা মীতৈ নুপীশিংনা ব্রাখল মুন্না খম্থবীবা চুম্লে।

চিরবা মতম অসিদদি মীতৈ নুপীশিংনা লমচং-শাজং চুম্বা তাই, থৌনা লৈবা তাই অমসুং কখোকপা ওন্না তাই। মীতৈ নুপাশিংনসু মখোয়বু লাকথুবীদনা মতেং পাঙবীবা মতম ওইবে। হৌজিক্কী মীতৈ নুপীশিংনা ঐখোয়গী লাইওইন্নবী থৌনা ফবী মীতৈ ইমাশিংবু নীংশিংবীরগা তুংগী চঙ-চঙ লাউবা মীতৈগী মীরোল অমা থম্বীরম্নবা হোৎনবীয়ু।

# নাগালেন্দ অমসুং নাগালিম

নাগালেন্দগী নাগাশিংগী তোঙান-তোঙানবা লোল ৩০ মুক লৈ অমসুং ট্রাইব মখল মখল লৈ। মখোয়গী অপূনবগী ওইবা মশাগী ফাওন-লোল লৈজদে। মখোয় অমগা অমগা য়াম্না য়েংথীনরম্মী অমসুং হাৎনরম্মী। মখোয়গী ওইবা অইবা ইতিহাস লৈজদে। মখোয়গীনি হায়বা নীংথিনা তাকপা য়াবা লম লৈরমখিদে। 'নাগা' হায়বা মিং অসিসু মপান মীনা থোনবীরম্বনি। তোঙান-তোঙানবা ট্রাইব খুদীংগী খুল খুদীংমক তৌনীংবদা তৌদুনা লৈনরম্মী। ট্রাইব অমতনা অতোপ্পা ট্রাইব নৎত্রগা খুল অমদা শাসন তৌবগী ব্রাফম লৈরমখিদে। নাগাগী সমাজদি খুঙ্গং-খুঙ্গংগী সমাজ ওইরম্মী।

নাগালেন্দ অসি ইং ১৯৪৭কী মমাঙদা ঙমখৈ লৈরবা নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইরম্মী হায়দুনা দাবী তৌই। মদুদি অচুম্বা নত্তে, য়ুম্ফম য়াওদে। মমাঙঙৈদা নাগা হিলস অমসুং টুয়েন্সাংগী লমশিং অসি চুম্নগী অকক্লবা ঙমখৈ লৈনদবা খুলশিংগী মফমশিংনি, আইন লৈরমখিদে, অঙম-অঙম্বা মী মকোক কক্লবগী চৎনবী লৈরম্মী। খুলশিং অদুগী মরক্তা খৎন-চৈনবা অমদি হাৎন-শুনবা কয়া থোক্লম্মী। মখোয়দা পূনশিন্নবগী ব্রাখল অমতা লৈরমখিদে। মসিনা তাকপদি ইং ১৯৪৭কী মমাঙদা নাগালেন্দ হায়বা ঙমখৈ লৈবা লৈবাক অমা লৈরমখিদে হায়বনি। ইং ১৯৫০দদি নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট হায়বা অমা আসামগী

মনুংদা লৈরকখি। ইং ১৯৫৭ তদি এনঃঈঃএফঃএঃগী ট্রুয়েন্সাং ফ্রন্টীয়ার দিভিজন অসি নাগা হিলসকী লমদা তিনশিনখি। মসিদি আসামগী মনুংদা লৈবা নাগা হিলসতগী ওইবা শাসননি। বৃটিশ অমসুং অহোম নিংথৌশিংনা মখোয়গী খৎনবা অমদি মী মকোক কক্লবগী লানশিংদা খূৎ থিংজিল্লমখিদে। ইং ১৮৬৬তা অঙ্গামী লম অদুগা ইং ১৭৭৫দা লোথা নাগাশিংগী লম অদুগা পূনশিন্নখি। অদুদগীদি বৃটিশ ওফিসার অমা য়োখাদা থমখি (ইং ১৮৮৯)।

দিমাপুর হায়বা লম অসিদি উমং-য়ামং কোক্লুনা কাছাড়িশিংনা ইহান হান্না খুন্দাখিবনি। মফম অসিদা কোনুং অমা শেমগক্লুনা মখোয়না চহীচা কয়া পানখি। কাছাড়িশিংনা মখোয় মশাবু দিমাসা হায়নসু কৌজখি। মখোয়না লমদম অসিবু দিমাপুর হায়না থোনখি। দিমাপুর (দিমা-পুর) হায়বদি দিমাসাশিংগী লৈবাক হায়বনি। 'দিমা' হায়বদি দিমাসাগী শমজিনবা য়াহৈ অদুগা 'পুর' না লৈবাক হায়বনি। দিমাসাশিংদি অহানবদা আসামগী মরুওইনা কামরূপকী অদুয়াইদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী তোবর্বান তোবর্বান্দা লৈরম্মী। মতম অদুগী য়াম্না তোয়না থোকপা শা-লান অতে মরম কয়াদগী মখোয়গী কাওবু অমা নোংপোকলোমদা অসুম অসুম লাক্লুনা ধানশিরি (ধনশ্রী) তুরেলনা কোনবা লমদা য়ৌরকখিবনি। মতম অদুদা লমদম অসি শা-কৈ নওনা মী অমতা তারমখিদে। মখোয়না শোঙলবা উমং-য়ামংনচিংবা অদু য়াম্না য়ানা কোক্লুনা খুন্দা লৈতাখিবনি। মখোয়না চহী ৪০০ রোম মফম অসিদা লৈদুনা ফজরবা কোনুং অমা শেমগৎখি।

অদুবু নোংপোকলোমদগী হাইজিল্লকখিবা হেন্না খূৎকন পাঙ্গলবা অহোমশিংনা দিমাসাশিংগী মথক্তা হন্না হন্না লান্দারকখি। ইং ১৫৩৬তদি মখোয়গী নিংথৌ মায়থীখি। মখোয়না মমৈথংদা মাইবোংদা কোনুং শেমদুনা অনৌবা লৈবাক অমমুক শেমখি। খুঙ্গং অমা অনীদংদি মপা মপুগী খুভম ঙাকপা ওইনা লৈহৌখি। ইং ১৮২৬তা অয়া লান লোইরদুনা ইংলিশশিংগা অয়াশিংগা তৌনখিবা য়ান্দাবু সন্ধীগী মতুংইন্না ইংলিশশিংনা আসাম লৌশিনখি। লৈঙাক শাসনগী থৌশিল মতুংইন্না মখোয়না জিলা কয়া শেন্নকপদা দিমাপুরবু শিবসাগর জিলাগী মনুং চন্লহন্নখি। মসিগী মতুংদা চোয়জাইননা তাবা চীংশাং ময়াম অমা

পূনশিল্লগা মখোয়না নাগা হিলস কৌবা জিলা অমসু আসামগী মনুং চন্না শেমখি। মসিগী জিলা অসি চীংগী চীং ঙাক্তনি। লৈবাক ঙাক্লোনগী থৌরম থৌশিলদা খরা খুদোংচাবা তম্পাক্কী লম মচেৎ অমা থিরকপদা দিমাপুর ওইখি। অসুম্না ইং ১৯২২দা সাহেবশিংনা দিমাপুরবু শিবগাসর জিলাদগী লৌথোক্লগা নাগা হিলস জিলাদা হাপচিনখি।

মসিদগী চহী ৫০ রোমগী মতুংদা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা নাগা লালহৌবশিং পেন্নবা হায়দুনা আসামদগী নাগা হিলস জিলা শেৎতৎলগা নাগালেন্দ ষ্টেট শেম্বদা দিমাপুরসু য়াওহনখি। দিমাসাশিংনা মতম অদুদা দিমাপুরসে মখোয় মপা-মপুগী লমনি হায়দুনা নাগালেন্দ ষ্টেট শেম্বদা মখোয়গী মপা-মপুগী লম মখোয়দা হন্দোকপীফম থোকই হায়না দাবী তৌহৌখিদে।

মহারাজ গম্ভীরসিংহনা ইম্ফালদগী আসাম য়ৌবা ফাওবগী লম্বী চীংলক্তা শেন্নম্মী। মদুদা নাগাশিংনা মরুওইনা অঙ্গামীশিংনা থাঙ-তা, নূংনচিংবা পায়রগা লম্বী শেন্নিবা থবক শূবা মীশিংদা লান্দাখি অদুগা অশি-অনা কয়া অমা থোকহনখি। মখোয়গী চীংগী লমদা লম্বী শেম্বা য়ারোই হায়দুনা শাথীবা মওঙ অমদা থিংখি। অদুবু মহারাজনা অঙন্বী থাদুনা লম্বী অদু শেমখি। লম্বী অদু 'মণিপুর রোড' হায়না খঙনরমখি, অদুগা হৌজিক্কা নেম্লেল হায়বে ৩৯ হায়না খঙনরিবসিনি। মহারাজনা নাগাশিংবু জ্ঞান তাহন্দবা য়াদ্রে হায়দুনা পূক্লিংদা ফাওখি। মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লাক্ল-ফানবা য়াদবা নাগাশিংবু নমথনবা হোৎনখি অদুগা থিবোমৈ (কোহিমা) লৌশিনখি (ইং ১৮৩২)। মদুবু নীংশিংনবা হায়দুনা নূংপাক মথক্তা মহারাজনা খোঙ্গুল হক্তুনা থম্লমখি। মদুগীদমক চৎনবী হরাও-কুম্মে অমা পাঙথোকপদা নাগা খুলশিংনা ইরোই অমা, হামেঙ অনী অমসুং ওক ১০০ পুথোকখি। মদুগী মতুংদা শা-ষণ ৬০০ মহারাজদা লোইপোৎ ওইনা পীরকখি।

মালেমগী অহানবা লাঞ্জাউদা নাগা ঈহৌগী মরূ হুনখি। লাঞ্জাউ অসিগী মনুংদা (ইং ১৯১৪-১৯১৯) নাগা ৪০০০ রোম লেবর কোর ওইনা ফ্রান্সতা থারম্মী। চাওখৎলবা জাতিশিংনা মখোয় মখোয়গী জাতিশিংগী অপাম্বশিং ফংনবা

অমদি য়াইফনবা কন্না লাম্ফেংনবদু উবদা নাগাশিং অদুগী থম্মোয়দা মখোয়গী য়াম্না চাওখত্তনা লৈরিবা ফীভম অদুবু পান্নকখিদে। মখোয়না ফ্রান্সতা চৎলুবদা শেল অমদি ফিশিং য়াম্না ফংলকখি। ইং ১৯১৮দা মখোয়না ফ্রান্সতগী হল্লকখিবা মতুংদা মখোয়গী মরক্তগী নাগা ২০গা নাগা খুল্লাকপশিং অমদি সরকারগী থবক তৌবা ওসিফার খরগা নাগাশিংগী অপাম্বশিং ফংনবা 'নাগা ক্লব' হায়বা লূপ অমা কোহিমাদা শেমখি। লূপ অদুবু মতম অদুগী বৃটিশ দিপুটি কমিশনার মিষ্টর চালর্স পোলেনচিংবনা শৌগৎখি।

অনীশুবা মালেমগী লাণ্ডাউদি নাগালেন্দদসু শোক্লখি। মালেমগী লাণ্ডাউশিংনা নাগাদা য়াম্না কান্নবা পীখি। অনীশুবা লাণ্ডাউনা নাগাশিংগী মনুংদা অমতা ওইবগী শক্তম অমা শাগৎপা হৌখি। লানফম অদুদা জাপানগী লাম্নীশিংনা হুন্দোক্লম্বা খূৎলায়শিং অদু নাগাশিংনা মমৈথংদা সিক্যুরিটি ফোর্সশিংগী মায়োক্তা শীজিন্নখি।

ইং ১৯৪৬তা 'নাগা ক্লব' হায়বা লূপ অদু নাগা নেশনল কাওন্সিল (এনঃ এনঃসিঃ) হায়না মমিং ওনখি। মদু মিষ্টর চালর্স পোসেগী থৌদাদা ওইখিবনি। অদুমহায়না চুম্নগী ক্লব মচা অমনা নেশনল কাওন্সিল অমা ওইখি।

নাগা ঈহৌগী ইতিহাস অসি য়াম্না শাংই। নাগাশিংনা নীংতম্বা তানবদা য়াম্না অৱাবা নংখি অমসুং অশি-অনা কয়া থোকখি। মখোয়গী আশা অদু ওইথোক্তদরা নৎত্রগা ওইথোকলোইদরা হায়না চিংনবা ফাওনখিদবা নত্তে। নেশনল শোশলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ (এনঃএসঃসিঃএনঃ) শেমদ্রিঙৈগী মমাঙদা নাগা নেশনল কাউন্সিল (এনঃএনঃসিঃ)না নাগাগী মনীংতম্বা লৈবাক অমা শেম্নবগীদমক ইন্দিয়াগী মায়োক্তা খূৎলায় পায়বগী লানহৌ চথরকখি।

এনঃএনঃসিঃগী লূচিংবা ফিজোনা কু অমদা লোৎলগা নাগালেন্দ থাদোকখি। মহাক্না পেরুভিয়ান পাসপোর্ট পায়রগা ইং ১৯৬৩দা বৃটেন য়ৌখি। নাগালেন্দদা শক্তি য়াম্না লৈবা বৃটিশ বেপ্টিষ্ট চর্চনা মদুগী থৌরাং তৌখিবনি হায়না কন্না চিংনবা পোকনখি। মহাক্না বৃটেন য়ৌরকপদা লোর্দ বরট্রেন্দ রুসেলনা মহাকপু য়াম্না নুংশিনা তৌখি অদুগা অনৌবা মরূপ অমা ওইখি।

মহাক্না নাগাগী ঈহৌ অদু শান্তি ওইনা য়াশিন্নবা অমা পাম্মী হায়রকখিবা অদুদা লোর্দ বরট্রেন্দ রুসেলনা পেনখি। এনঃএনঃসিঃগী লাম্মীশিং অদু ফিজোগী মখাদা লৈ অমসুং মহাক্না হায়বা য়াগনি হায়বদা রুসেলনা নুংঙাইজখি।

ইং ১৯৯২গী জানুবারি ৩০দা আসাম রাইফলসনা বৃটিশকী মী অনীখকপু (দেভিদ ব্রার্দ অমসুং ষ্টেফেন হিলবু) নাগালেন্দ বর্মা ওমখৈদা নাগা লালহৌবশিংগা খুৎলায় পুদুনা চৎলম্বগী ফাখি। মখোয়না বিঃবিঃসিঃ টিভিগী মীশিংনি হায়না হায়জিল্লম্মী। অদুবু ব্রাহং-পাউহং নীংথিনা তৌবদা মখোয় অনীমক য়ুঃকেঃদা য়ুম্ফম ওইবা 'নাগা ভিজিল'গী মীশিং ওইরমখি। মখোয় অনীমক্না মরাল কয়ামুক বৃটেন্দা তৌরুবগী থা তরুক জেলদা লৈরমখিবদা ফিজোগী মমৌ (নীস) রানো সোনিজানা মখোয় অনীদা নাগাগী ঈহৌগী অকনবা ঈথিল পীখি। নাগা ভিজিলনা গুৱাহাটি হায় কোর্টতা মখোয় অনীবু থাদোক্লবা কন্না হোৎনখি। মদুদা নাগালেন্দগী মতম অদুগী চীফ মিনিষ্টর ভামুজোনসু রানো সোনিজাগী মতেং পাংখি।

ইং ১৯৭১ ফাওবা য়ুঃএসঃএঃনা নাগা লালহৌবশিংবু শৌগৎখি অমসুং থৌগৎখি, অদুগা লানগী খুৎলায়শিংসু পীরম্মী। ইন্দিয়াবু য়েংথিবগী থবক অদু ধাকা-বেংকোক-লন্দ-পিন্দি-পেকিং ফাওদুনা তৌরম্মী। য়ুএসএনা নাগাগী লুচিংবশিং অদুদা শেল, খুৎলায়শিং অদুগা অরোনবা পাউতাকশিং য়াম্না পীরকখি। ইং ১৯৫০দগীদি সিআইএনা থবক তৌবা হৌরকখি, অদুগা নাগা ঈহৌদা শেল য়াম্না থাধরম্মী। য়ুএসএনা নীংতম্বা বেঙ্গল অমা শেম্নবা অরোনবা থৌরাং অমসু তৌরমখি। মদু ইষ্ট পাকিষ্টান, ৱেষ্ট বেঙ্গল, আসাম, নাগালেন্দ, মণিপুর, ত্রিপুরা, সিক্কিম অমসুং ভূটাননা শাগদবনি হায়না খন্নখি। ইন্দিপেন্দেন্ট বেঙ্গলগী কেপিটেলনা কলকতানা ওইগদবনি হায়দুনা তোখায় তানীংবা লুচিংবশিং অদুনা য়ানখি। ইন্দিপেন্দেন্ট বেঙ্গলগী মনুংদা গ্রেটর নাগালেন্দ অদুগা মিজোশিংগীনা গ্রেটর মিজোরাম শেম্বগী ব্রাফমসু য়াওখি।

খৃষ্টিয়ান মিশনরিশিংনসু নাগাশিংবু চহী ১০০দগী হেন্না শৌগৎখি। নাগাশিংগী ব্রাঙাঙলোয়শিংদি বৃটিশ অমসুং অমেরিকাননা ওইখি। খৃষ্টিয়ান ধর্মনা

নাগাশিংবু পুনশিলহন্নবগী শক্তি অমা ওইখি। বৃটিশকী মী রেভরেন্দ মাইকেল স্কোটনা খুদম অমা ওইখি। মহাকপু ইন্দিয়াদগী মে ৩, ১৯৬৬তা তাদ্বোকখি। বৃটিশশিংনা নাগা ক্লব শেম্বদা অমদি সিমোন কমিসনদা মেম্মোরেন্দম পীশিনবদা লমজিং পীখি।

ইন্দিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টর, পণ্ডিত নেহরুদা (জুন ৩০, ১৯৫৬) ফেদরেল গভর্নমেন্ট ওফ নাগালেন্দনা অসুম্না হায়খি, "Naga territory is not and has never been a part of Indian territory. And we cannot give out our country". মদুদা মণিপুরগী নাগা তাবা লমশিং য়াওখিদে। মণিপুরগী তাংখুল অমসুং অতোপ্পা নাগা কাণ্ডলুপশিংদি মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মখাদা লৈরম্মী। সীজ-ফায়ারগী ড্রাফ্ট তৌরিঙৈদা হায়বদি মে ২৭, ১৯৬৪দা পণ্ডিত নেহরু শিখি। অদুবু সেপ্টেম্বর ৬, ১৯৬৪দা সীজ ফায়ার এগ্রীমেন্ট অদু ফেদবেল গভর্নমেন্ট ওফ নাগালেন্দ অমসুং গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগগী মরক্তা সোই তৌনখি।

ফেদরেল গভর্নমেন্ট ওফ নাগালেন্দগী প্রেসিদেন্ট ওইরমখিবা মিষ্টর স্কেটো সু সেমানা নাগা ঈহৌদা য়াওরম্বদগী ওগষ্ট ১৬, ১৯৭৩ ইংদা তোকথোক্লগা রাজ্য সভাগী এমঃপিঃ ওইখি। মহাক্না মহাক্কী মোত অমা অসুম্না পীরম্মী, 'Even if we get independence, Naga would not be able to live together. We will fight among ourselves as there is a lot of tribal politics."

সেপ্টেম্বর ১৯৭৫দা নাগা লালহৌবগী লুচিংবশিংনা নাগাগী নীংতম্ববু তুংওইনরম্লগা সরকারগা য়ানবা অমদা লাকখি। নবেম্বর ১০, ১৯৭৫দা ফিজোগী মনাওনুপা কেভি য়াল্লানা লুচিংবা মীওই তরক্লা শাবা কাণ্ডবু অমনা আসামগী গভর্নর এল পি সিংহবু শিল্লোংগী রাজ ভবনদা উনখি অদুগা শিল্লোং একোর্দকী বা খন্নখি। নবেম্বর ১১, ১৯৭৫ ইংদা সরকারগা এনঃএনঃসিঃগা শিল্লোং একোর্দ সোই তৌনখি। মদুদা এনঃএনঃসিঃনা য়াখিবশিংদিঃ-

1. To accept the solution of Naga problem within

the framework of Indian constitution.

2. Absure violence, bring out armed men, and

3. To surrender weapons and resolve the residual problems through discussion.

ওগষ্ট ১৫, ১৯৭৬তগী ওগষ্ট ১৭, ১৯৭৬ ফাওবা এনঃএনঃসিঃ জেনেরেল সেক্রেটরি টিঃঐচঃ মুইভানা নেশনল এসেমব্লি কৌখি অদুগা এসেমব্লি অদুদা শিল্লোং একোর্দপু কন্না য়াখিদে। শিল্লোং একোর্দপু য়াদবগী চে অদু আইজাক চিশি সু অমসুং টিঃঐচঃ মুইভানা মথংশীৎনা এনএনসিগী ভাইস প্রেসিদেন্ট অমসুং জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা সোই তৌখি। মখোয় অনীনা লুচিংলবা শিল্লোং একোর্দপু য়ানীংদবা নাগা লালহৌবশিংনা নেশনল সোশলিষ্ট কাওন্সিল ওফ নাগালেন্দ (এনঃএসঃসিঃএনঃ) লিংখৎখি। আইসাক চিসি সুনা এনঃএসঃসিঃএনঃগী চ্যেরমেন, অপ্পর ম্যান্মারগী হেমিস নাগা এসঃএসঃ খপ্লাংনা ভাইস চ্যেবমেন অদুগা টি ঐচ মুইভানা জেনেরেল সেক্রেটরি ওইখি।

এসঃএসঃ খপ্লাংনা আইজাক চিশি সু অমসুং টিঃঐচঃ মুইভাবু ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকা লোন্না ৰা তান্নরে হায়না চিংনবা হৌরকখি। অদুদগী এনঃএসঃসিঃ এনঃ অনী থোক্লকখি--এনঃএসঃসিঃএনঃ (আইএম) হায়বা অমগা এনঃএসঃ সিঃএনঃ (কেঃ) হায়বা অমগা।

তাংখুলশিংনা এনঃএসঃসিঃএনঃ (আইঃএমঃ)গী য়াঙলেন শক্ত ওইরে অদুগা মখোয়না মশীং য়াম্লে হায়না নাগালেন্দগী নাগাশিংনা লৌনবা য়াওরকখিদবা নত্তে। মখোয়না রাজনীতিগী লমদা পায়শিল্লগা নাগালেন্দবু নৈবিরকপা য়াই হায়না কিনবা য়াওরকখি। নাগালেন্দগী নাগাশিংনা মণিপুরগী তাংখুলশিং অসি নাগা নত্তে অমসুং মখোয়বু নাগালেন্দগী নাগা সমাজদা তিলহল্লোইদবনি হায়বসু য়াওরি। টিঃঐচঃ মুইভানা নাগাশিংগা লোয়ননা চৎমিন্নবা কুইদ্রি, মহাক্না নাগা শাদুনা ৰা ওাঙবগী হক নৈতে হায়নবসু য়াওনরি।

এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ)না সোভরেন্টিগী ৰাফম পঞ্জরবসু নাগা মীয়ামদি দিমান্দ অসি ফংলরোইদবনি হায়না খঙনবা হৌরকখি। মসিগী মতুংদা

লাক্লিবা ৱাফমদি নাগা তাবা লম মখৈ এদমিনিষ্ট্রেটিভ য়ুনিট অমগী মখাদা পুজগে হায়বা অসিনি। ৱাফম অসি লাকপদা মণিপুর, আসাম অমদি অরুনাচল প্রদেশকী ওমখৈ কায়বা য়াবগী ৱাফম চেন্নরকই। মসিদা ফুরূপ মশেলগী মরক্তা নীংকোক নীংকোক তৌনরক্লি। মণিপুরদদি ৱাফম অসিগী মায়োক্তা নোংমতদা মীওই ১৮ শিখিবগী যৌদোক থোকখি। মরম কয়া অমনা মণিপুরগী ওমখৈবু কায়হল্লোই হায়দুনা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মমাঙথক্তগী ফোঙদোক্তুনা লাক্লি। ৱাফম অসি হন্দক্তা ফমখিবা পার্লিয়ামেন্ট মীফমদা য়ুনিয়ন হোম মিনিষ্টর পি চিদম্বরমনা অমুক্তা নত্তনা অহন্নক হন্না মণিপুরগী ওমখৈ কায়হল্লোই হায়বগী অচেংপা ৱাফম ফোঙদোকখি। মসিনা তাকপদি এনঃএসঃসিঃএনঃ (আইঃএমঃ)না নাগা তাবা লাম মখৈ এদমিনিষ্ট্রেটিভ য়ুনিট অমদা পুশিল্লক্তুনা নাগালিম শেম্বা হায়বদু ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা য়াদ্রে হায়বনি। অদুবু ময়াং তাৎ ওইগদৌরিব্রা?

মহাক্কী মথক্তা হেক উবগা ফাবা য়াবগী কেসশিং লৈরিবা মুইভাবু মহাক্কী পোল্লফম সোমদল চংপা অমদি মীয়ামগী মীটিংশিং তৌবা য়াবগী অয়াবা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা পীরকখি। মহাক্লা চংপা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরগা তান্নবা তৌখিদে। মদু ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মণিপুরবু যৌওইদবগী ৱানি। দিল্লীনা এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ) লুচিংবা মুইভাদা নোনবগুম তৌবা অদুগা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরবু ঈকাইখুম্নদবগুম তৌবা অসিনা মুইভাবু ঙাকচাউ থেকহনখি। মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর মাঙজৌননা কৌরগা ৱা তান্নরল্লবদি ফগদবনি। মরম অদুনা মণিপুরনা মুইভাবু মণিপুরদা চঙহনখিদবা অদু অচুম্বা ফিরেপনি।

মুইভানা মণিপুরদা চঙগে হায়বদি মণিপুরবু থুগায়রগা নাগালিম শেমগে হায়বনি। মরম অদুদগীনি মহাকপু মণিপুরগী য়েক্লবনি হায়রিবসে। মহাক্লা নাগাশিং অমসুং নাগা নত্তবশিংদা হূ কামশিল্লগে হায়বনি। দিল্লীনা মুইভাবু মণিপুরদা চঙবা য়ানবগী থোঙ হাংখিবা অদুগা মণিপুরনা মহাকপু চঙহনখিদবা অসি ন্যু দিল্লীনা শান্নবা লীলা ঙাক্তনি। ন্যু দিল্লীনা এনঃএসঃসিঃএনঃ (আইঃএমঃ) অমসুং মণিপুর সরকারদা নমথাক তৌবনি। নমথাক অদুনা ৱাওগী

যৌদোক্তা মীওই অনীগী মথক্তায় লৌগ্রবনি।

মতাং অসিদা য়াহং খরদং ইন্দিয়া গভর্নমেন্টদা হংজনীংই—

(১) নাগাশিংদা করিগীদমক্তা অখন্নবা রাজনীতিগী খুদোংচাবা পীরক্কিবনো?

(২) নাগালেন্দদা শেল হেন্না থাথরিবা করিগীনো?

(৩) করিগী মুইভাবু ভিঃভিঃআইঃপিঃ ওইনা লৌরিবনো?

(৪) মুইভাগী মথক্তা এফঃআইঃআরঃ লৈনা লৈনা মহাকপু মণিপুর সরকারগা তান্নদনা মণিপুরদা থাজিল্লক্লবা যৌরাং তৌখি। মুইভাবু আইনগী মথক্তা লৈব্রা?

(৫) ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী মনুংদা মুইভা করম্বা থাক্কী ফীভমদা লৈবগে?

(৬) ইং ১৯৯৭তগী হৌরকখিবা সীজ ফয়ারগী য়ারী হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দ্রিবা অসিগী মরম করিনো?

(৭) বৃটিশ লাক্লিংঙেগী মমাঙদা নাগাশিং অসি রাজনীতিগী ওইনা নীংখা তন্নব্রা?

(৮) নাগালেন্দখক্তদা সীজ ফায়ার লৈরগা মণিপুরদা এনঃএসঃসিঃ এনঃ(আইঃএমঃ)বু মনীং তৌহল্লিবা করিগীনো?

(৯) এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ)না নম-নমদুনা মণিপুরদগী শেনফম কয়া অমা পাম্বে মখল মখল পুথোক্লগা খোমগংলি। মসিবু য়াব্রা?

(১০) নাগাশিংনা লৈরিবা লমশিং অসি অমতা ওইনা পুন্সিল্লগা গ্রেটর নাগালেন্দ নংত্রগা নাগালিম শেম্লবগীদমক্তা কুকিশিংবু তাম্থোক্লবা খোঙজং অমা এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ)না চঙশিল্লকখিবদা কুকি ময়াম অমা হাৎখি অদুগা মখোয়গী য়ুম কয়া অমা মৈ থাখি। অদুবু মখোয়না কুকি পুম্নমক তাম্থোকপদি ঙমখিদে। নাগা অমসুং কুকিবুদি খায়বুং খায়বুং তাহনখি। মাও অমসুং সেনাপতিদা কুকি

৯০০দগী হেন্না হাৎখি, য়ুম ৩৬০ হেন্না মাঙহনখি, কুকি ১০০০ রোমগী য়ুম লৈহনখিদে। অদুগা অরাং-নোংপোক ইন্দিয়াদা য়েলহৌ মী লীশিং লীশিং হাৎখি। মদুগী মরাল অদুনা মহাক্না চহী ৪৭তগী হেন্না মণিপুরগী রাংমদা লোত্তুনা লৈখি। মহাক্কী মথক্তসু কেসময়াম অমা লৈপ্লবনি। মরম অদুদগী মহাক্না হোম মিনিষ্টরদগী ভিঃভিঃআইঃপিঃ এস্কোর্ট নিজখি অমসুং ফংখি। মদুবু চুন্না?

এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ)না হৌজিক গ্রেটর নাগালেন্দ নংত্রগা নাগালিম নংত্রগা সাওদর্ন নাগালেন্দ তাক্লি। মদুদা মীতৈশিংবু নাইতোম তাহন্নবা থৌরাং তৌই। মদুদা মীতৈশিংবু নাগাগী য়েক্লবা ওইনা উহল্লি। মদু অফবা নত্তে। ইতিহাসনা শাক্কীনি। গুমখৈ অমুক য়াংথোকপনা মীয়ামগী সমস্যাশিং কৈদৌনুংদা কোকহনবা ঙম্লোই। মালেম পূম্বা অমতা ওইনা খন্নরবা মতম অসিদা অখূবা মীৎয়েংনা ঐখোয়দা করি কান্নবা লীগনি?

ইমা লৈবাক কংলৈপাক (মণিপুর) অসি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা নংত্রগা এনঃএসঃসিঃএনঃ(আইঃএমঃ)না শেমখিবা নত্তে, মখোয়গী নত্তে, মণিপুর মীয়ামগীনি, চীংমী-তম্মীগীনি। কংলৈচাশিংনা মশাগী তুংগী লাইবক লেপচগদবনি। ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক অসি য়োনগদবা পোৎ অমা নত্তে নংত্রগা কনাগুম্বা খরগীদমক্তা লীথোকখিগদবসু নত্তে। মীতৈগা তাংখুলগা অনীগী মরক্তা য়েলহৌগুদগী লৈনরক্লিবা মরী অদু ঐখোয়না খঙই। মুইভানা নাগালেন্দগী নাগাশিংগী লোলশিং অদু খঙলম্লোই, অদুবু মীতৈলোন্দি খঙলমগনি। তাংখুলগা মীতৈগা মচিন্ননাও ওইনবগী ৱারীসু লৈ। মীতৈগী লাই হরাওবদা মমাঙগুদগী হৌদুনা তাংখুল য়াওরক্লবনি। তাংখুলশিংনা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর ওইখি, এমঃ পিঃ ওইখি, অচৌ-অচৌবা ওসিফারশিং ওইখি অমসুং ওইরি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু মাঙহনগে খল্লিবা এনঃ এসঃসিঃএনঃ (আইঃএমঃ)বু ঐখোয়না করম্না য়াগনি?

মতম অমদদি মুইভানা ঐখোয়গী লমদম অসি মালেমদা য়াম্না ফজবা লম

অমনি হায়রমখি। মরম অদুনা মহাক্না ইরৈবাক অসিবু মচেৎ-মচেৎ থোক্না খায়দোক্লগে খনবীদবা ফৈ। মহাক হৌজিক অহল ওইরে, নারে। থম্মোয় পেত্থরকপা য়ারে। হৌজিক্তি নাগা অমসুং নাগা-নত্তবশিংগী হকচাঙ অমসুং পূক্রিংদা অৱাবা পীফম থোক্লে। নাগা অমসুং মীতৈগী মরক্তা মতম কুইনদগী লৈরক্লবা নুংশিবগী লীপূন অদু চেৎশিলহনবিরম্বনা চুমগনি। অদু ওইরবদি মহাকপু মীয়াম্না তরাম তরাম ওক্কনি অদুগা মহাকপু শান্তিগী চেম্পিয়ননি হায়না লৌনগনি।

## নাগা নেশন হায়বা অমা লৈরব্রা?

নেশন অমা হায়বা অসি মীওইবা কাগুলূপশিংনা শেম্বনি। অদুবু মীওইবা কাগুলূপ অমা লৈরে হায়দুনা নেশন অমা হেক্তা ওইবা য়াদে। নেশন অমা শেম্বদা পুবারীগী লীক্লমচংতা মীওইবনা য়েলহৌঙেদগী খুন্দা লৈতাদুনা লৈমিন্নরকপগী অপূনবা শক্তম অমা দরকার ওই। নেশন অমা হায়বা অসি খাগুগুথকী নত্তে, মসি মতম শাংনা মীওইবা কাগুলূপশিংগী অচেংপা থীতম অমা ওইনা লাকপদগী ওইরকপনি।

নেশন অমা ওইবা তারবদি মীওইবা কাগুলূপশিং অদুনা ঙাগুনবা ফাওন-লোল অমা মশাগী ওইনা লৈগদবনি। ষ্টেট অমা ওইবদদি ফাওন-লোল লৈত্রবসু য়াই। অদুগা ফাওন-লোল লৈবখক্তনসু নেশন অমা ওইবা য়াদ্রি, অপূনবা নংত্রগা মান্নবা শেম্মীংলোনগী পুন্সিরোল অমসু লৈতবা য়াদে, অদুগা অমতা ওইবা হিংনবগী মওঙ অমসু লৈবা তাই। নেশন অমা ওইবদা কম্মন ইকোনোমিক লাইফ অমা লৈবা দরকার ওই।

য়েলহৌঙেদগী অমগা অমগা চারৌ-মৌরৌনদুনা মতম শাংনা নিয়ম অমগী মখাদা চত্থরকপা লীক্লমচং অদুনা নেশন অমা শেমগৎলকপনি। নেশন অমা হায়বা অসিদি নেশন অদুগী মনুংদা নেশন অদুগী মশক তাকপা শক্তম অমসু লৈগদবনি। শক্তম অসি অতোপ্পা নেশন অমদগী মতৌ তমদুনা শেম্বা য়াদে। মরম পুন্নমক অসিদগী 'নাগা নেশন' হায়বা অমা লৈরব্রা হায়না হংনীংই।

য়েলহৌঙৈদগী নাগাশিংসে মনীংতম্বা নেশন অমা ওইনা লৈরম্লগা বৃটিশনা লৌশিনখিবা নত্তে। অদুবু বৃটিশনা ইং ১৯৪৭তা ইন্দিয়া থাদোক্লুনা চৎপ্রবা মতুংদা নাগাশিংনা হান্নগী ফিভমদা হন্জিলহনগদবনি হায়রকখি। হান্নগী ফীভমদি করিনো? ভাবনা শাদুনা ঙাঙবা নৎত্রগা ইবা য়াহৈশিংবু অচুম্বনি হায়না লৌগদ্রা? বৃটিশ সরকারগী মখাদা লৈখিবগী মমাঙদা নাগাশিংগী রাজনীতিগী নীংতম্বা ফীভম অমা লৈরম্রা? নেশন অমা ওইরম্বা তারবদি করম্বা লৈঙাক-য়ায়েল অদুগী মখাদা লৈরম্বা ওমখৈ অদুনা কদায়দনো? করম-করম্বা ফুরূপশিংনা পূল্লগা নেশন অদু শেম্লম্বগে? মখোয় কদায় কদায়দা খুন্দারম্মী? মখোয়না পূন্না লৈমিন্নরম্বগী মওঙ-মতৌ করম তৌরম্বগে? নিংথৌ পানবা লৈবাক অমগী মখাদা লৈরম্রা? মীখল তৌরগা খনবা মীশিংগী লৈবাক ওইরম্রা? অসূপ্পা লৈবাক ওইরম্রা? মণিপুরগুম্বা মশাগী ওমখৈ অমগী মখাদা মরোমদোম লৈঙাকচবা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা অমা ওইরম্রা? য়াহংশিং অসিগী অশেঙবা পাউখুমশিং অদু থিদোক্লবদি অচুম্বা অদু খঙলক্কনি। মীনম্বা য়ারোই। অচুম্বা অদু খঙলবা মতুংদা নাগা নেশন হায়বা অমা লৈরম্মী নৎত্রগা লৈরমদে হায়বা খঙলক্কনি।

পুবারীগী অচুম্বা অদু খঙদনা ভাবনা শাগৎলকপা পোৎশক্তা অচুম্বনি হায়না য়েৎপা চুম্লোই। অচুম্বা অদু য়াওদনা পঙহায়দা হায়নবা নৎত্রগা য়েৎনবা চুম্লোই। হৌজিক ফাওবা 'নাগা' হায়বা মমিং অসিসু মমাঙঙৈদগী লৈরক্লবা মমিং অমা নত্তে হায়বা খঙনম্রি। থাঙ্গৈশেংনমক্তি বৃটিশশিংনা ঙরাংতা থোল্লম্বনি। মদুদা মণিপুরগী চীংমীশিং অসিদি য়াওখিদে।

নেশন অমা হায়বসি করিনো? "A nation is a historically evolved, stable community of people, formed on the basis of common language, territory, economic life and psychological make-up manifested in a common culture?"

নাগাশিংগী খুল মচা মচা লৈরম্মী। খুল অমনা খুল অমদা লানশিল্লগা লৈবাক ঙাকপদি ওম্লরমখিদে। খুল খুলদুগী খুল্লাকপা নৎত্রগা নিংথৌনা মাগী মাগী খুলদু ঙাকচরম্মী। নাগা নেশন অমা লৈরম্মী হায়রবদি নাগাশিংগী অপূনবা

সরকার অমা লৈরমফম থোক্তব্রা? বৃটিশকী দিংসিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা য়েংদুনা কোহিমাদা লৈরম্মী। মদুনা মরম ওইরগা কোহিমাবু নাগা নেশনগী কোনুংনি হায়বা য়াব্রা? নাগা নেশনগী ওইবা ফিরাল লৈব্রা? মণিপুরগীদি মচু তরেৎনা ওইবা ফিরাল লৈজে। মথকলোমদগী হৌরগা মথং-মথং অঙাঙবা, অত্তৌবা, অমুবা, হঙ্গামপাল, মুলাং (অমুবগা অঙাঙবগা লাংবা), মঙ্গা মচু অমসুং শংবান্নবনা ওইবা ফীরালনি মণিপুরগীদি। মণিপুরদৌনা নাগালেন্দগী মশাগী ফিরাল লৈজব্রা?

মণিপুরগীদি চীংমী-তম্মী অনীমক্কী ওইবা ময়েক লৈজে। ময়েক অদুদি হৌজিক্কী মীতৈ ময়েক অসিনি। চীংমী মায়চৌশিংনা মীতৈ ময়েক্তা পুয়া কয়া ইরম্মী। অদুগা অমুকসু তম্মীশিংগী য়েক-সলাই লৈবগুম্না চীংমীশিংগীসু লৈ। নাগালেন্দগী নাগাশিংগী মশাগী ময়েক লৈজদে অমসুং য়েক-সলাই লৈতে। মদুগীসু মথক্তা নেশন অমা ওইনা নেশন অমা ওইবগী শেল নৎত্রগা শেল ময়েক লৈগদবনি। নাগাশিংগী মদু লৈব্রা? মণিপুরগীদি লৈরম্মী। বৃটিশনা লাক্লিঙৈগী মমাঙদদি নাগালেন্দদা পৈশানা পোৎ লৈবা চৎনরমখিদে, পোৎকা পোৎকা শিন্নরম্মী। নাগাশিংগী 'নাগা নেশন' হায়বা অমা লৈরম্লবদি নেশন অদুগী লাম্মীশিং লৈরম্ফম থোকই। অতোপ্পা লৈবাকশিংনা লান্দারকপদা ঙাকথোক্লবা নাগাশিংগী লাম্মী লৈরমখিব্রা? লৈবাক মীয়াম য়াইফনবগীদমক্তা য়েংশিনবগী থৌশিল-থৌরাং করম তৌরম্মী? ব্রাহংশিং অসিগী অচুম্বা পাউখুমশিং অদুনা নাগা নেশন লৈরমখিদে হায়বা তাক্কনি।

নাগাশিংদি অকনবনা অচুম্বা শকপগী মওঙদা হান্না লৈরম্মী। মখোয়না খুল অমদগী য়ুম্লোন্নবা খুল অমদা চঙলগা য়েক্রবগী মকোক কক্রম্মী, অদুগা অককপা মকোক অদু মখুলদা পুরকপা ঙম্বা মীশক অদুবু অথৌবনি হায়না ঈকাইখুম্নরম্মী। মদুবু নেশন অমগী মনুংদা ওইথোকপা য়াব্রা? মতম অদুদা নাগাশিংনা নেশন অমা ওইবগী থাক্তা [illegible] লৌগদৌরিবনো? লৌবা য়াদে। মসিবু অখণ্ড-অহৈ[illegible]গদ্রা? অদুননি [illegible] নেশন হায়বা অমা লৈরম্না?' হায়না হংনরক্লিব[illegible]



